# ꯁ꯭ꯄꯤꯔꯤꯆꯨꯌꯦꯜ ꯂꯥꯏꯐ

# স্পিরিচুয়েল লাইফ

# SPIRITUAL LIFE



Dalai Lama
Spiritual Leader of Tibet
Nobel Peace Prize Winner in 1989



Mother Teresa
(Roman Catholic Nun)
Founder of "Missionaries of Charity" in Calcutta
Nobel Peace Prize (1979), Bharat Ratna Winner

**কংলৈ মাইচৌ তরেৎ : (Seven Spiritual Leaders of Manipur)**

| | |
|---|---|
| ১) লৌরেম্বম খোংনথাবা (খোংনাংথাবা) | ইং কুমজা ১২৭৫- ১৭৪৯ |
| ২) গনক হৌবা) | ইং কুমজা ১২৭৫ - ১৭৪৯ |
| ৩) নো াঙ্গোল লুখোই) | ইং কুমজা ১২৭৭- ১৭৪৯ |
| ৪) মো | ইং কুমজা ১২৭৭ - ১৭৪৯ |
| ৫) খোংঙ তপীগা/হাওবা) | ইং কুমজা ১২৭৭ · ১৭৪৯ |
| ৬) খারম থাদোহ | ইং কুমজা ১২৭৭ · ১৭৪৯ |
| ৭) শামুরৌ চিগোং | ইং কুমজা ১২৭৯ · ১৭৪৯ |

Dr. Ak. Dhiren Meitei

**Spiritual Life**



***Published by:***
Konsam Micheal Singh
Thoubal Melaground, Police lane



..........................

By:- **Dr.Ak. Dhiren Meitei**

First Edition 1st July, 2010
Copies 1000



Price:- Rs. 50/-

***Printed at : Goura Offset Printers, Thoubal Wangmataba***
***P.O. Thoubal - 795138, Manipur***

"মীবু শেন্বীবা ঙম্বা Man-Making, ঙাকপিবা ঙম্বা Forgiveness, ধর্ম্ম (Dharma) লৈবা মীওইশিংদা কথোকচবা লাইরিক"

**Acknowledgement**

লাইরিক অসিবু Print তৌনবা অমদি Publish তৌনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং, অচৌবা মতেং পীবিরকখিবা ঐগী নুংশিজরবা ইয়াম্বা Mainam Rajen Singh, Executive Officer, Thoubal Municipal Council, Thoubal, Ak. Bowjit Singh, Asst. Engineer, Hoticulture (CADA) Konung Mamang, Imphal, Mr. Okram Chaoba Singh, Coach. SAI, Imphal, Ningombam Gojendro Singh, Social Worker, Thoubal Ninombam অমদি Dr. Ak. Jhalajit Singh. Additional S.P., Imphal West বু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু অফবা, অচুম্বা চৎনবা য়াবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্নবা হোৎনবদা Suggestion কয়া পীবিরকখিবা Dr. Priyokumar Thounaojam, Top Khongnangmakhong, Imphal East বুসু থাগৎচরি।

# PUBLISHER'S VIEW

স্পিরিচুয়েল লাইফ কৌবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা স্ক্রিপচরগী ৱাহৈ পরেং খুদিংমক অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তা ওই। লাইরিক অসিদা স্পিরিচুয়েল ৱিজডম্ Spiritual Wisdom মপুং ফানা য়াওই। মীওইবনা করম্বা অচুম্বা লিচৎ শাজৎ চৎকনি হায়বা লাইবিক অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি।

"স্পিরিচুয়েল লাইফ" কৌবা লাইরিক অসিবু একে ধীরেন মৈতৈনা ইবিদুনা মীয়ামদা অচুম্বা অশেংবা স্পিরিচুয়েলগী পুন্সি মরেল অমা তাকপিবগীদমক্তা অইববু থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা ইরিবা হোলি স্ক্রিপচরশিং অসি পাবদা হেন্না মপুং ফানা খঙনবগীদমক্তা খুদম কয়া অমদি ৱারি মচা কয়া যাওশিন্দুনা অপাবশিংদা পুক্রিং জ্ঞান হেন্না ফংহল্লি। অসিগুম্বা হোলিগী লাইরিকশিং অসি হৌজিক্কী মতম, পুঙজা অসিদা য়াম্না মক ওইবা অমা ওইরে ...মাদি মীওইবনা খঙদদুনা জ্ঞান তম্দদুনা অরানবা লম্বীদা চেক্তা চৎপা যাওই।

ঐহাক্না খঙ্জে অমদি থাজে মদুদি হৌজিক্কী স্পিরিচুয়েল ওইবা মীওই হায়রগদি লাইশঙদা মতম চুপ্পদা লাই নিংগদবা নত্তে, মীওইবগী ৱাখল, হকচাং অমদি থৱায় অহুম অসি স্পিরিচুয়েলগী নিয়ম নিতি ঙাক্না চৎলগা, ইশা অসি মপুং ফাবা অচৌবা মী অমা ওইরবা মতুংদা মীওইবগী সেবা তৌবা ঙম্বা অদু ওইবা তাই। শম্না হায়রবদা ইশাগী কল্লক মীহৌবা ওইজবা থাদোকপা, অদুগা মীওইবদা সেবা তৌবা ঙম্বা অদুনি। ইংলিস্তা হায়রগা Renunciation & Service হায়না কৌবা য়াই। মসিগী খুদম অমা পিবা য়াবা মীওইশিংদি Nobel Peace Prize ফংখ্রবা Buddist Monk Spiritual leader Dalai Lama অমদি Father of the Nation হায়না মিংথোল ফংখিবা মহাত্মা গান্ধীজিনা মহাক্কী অরোইবা পুন্সিগী শরুক্তা স্পিরিচুয়েল ওইখিবা অসি পনবা য়াই। ঐহাক্না অরোইবদা আশা তৌই মদুদি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অচুম্বা স্ক্রিপচরশিং অসিনা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি লম্বী চৎপা মতমদা কান্নবা শোইদনা পীগনি।

Thoubal
1st July 2010

Konsam Michael Singh
Centre In-charge
SAI - STC, Imphal

## A WORD
### —— FROM THE AUTHOR ——

ঐহাক্না হোলিগী লাইরিক ময়াম অমা পাজরুবা নৈনজরুবগী মতুংদা, মদুদগী খণ্ডলকপশিং অদু অমুক হন্না ইথোক্তুনা "স্পিরিচুয়েল লাইফ" কৌবা লাইরিক অসি ইজখিবনি। মীওইবগী চাওখৎপগী সিভিলাইজেসন্গী লমজেন্না, মীওইববু অরানবা লম্বীদা লমজিংবিবা, হ্যমেন ইথিক্সকী ব্রাংমদা চৎহনবা, মীওইবনা মীওইববু মাংতাক্লবা শিনবা, Software অমদি T.V. Civilization না মীওইববু অরানবা পুন্সি লম্বীদা চৎহনবা, মীওইবগী মীনুংশি Humanity মাংথরকপা ফিভম মতম অসিদা মীওইবনা মশাগী আত্মা সেলফকী অশেংবা অচুম্বা জ্ঞান অদু খণ্ডবা থিবা দরকারগী মতম ওইরে। ঐহাক্না আশা তৌই মদুদি স্পিরিচুয়েল লাইফ কৌবা লাইরিক অসি খর নৈনরগদি অচুম্বা অশেংবা মীওইবগী পুন্সি লম্বী অদু খরদি খণ্ডবা ঙমগনি। লাইরিক অসিবু হেন্না ফগৎহন্নবা অমদি হেন্না অচুম্বা মওংদা পুথোক্লবা পীবিরকপা suggestion খুদিংমক হরাওনা লৌজগনি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা মীওইশিংনা ইশা ইশাদা কান্নবা খর ফংবা ঙম্লগদি অইবা ঐহাক্কী হোৎনজরুবা মহৈ অদু ফংলে হায়না লৌজগনি।

Thoubal,
1st July, 2010.

Dr. Ak. Dhiren Meitei

# TABLE OF CONTENTS


| Chapter | | Page |
|---|---|---|
| 1. | স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন | ১ |
| 2. | আত্মাগী নুংঙাইবা | ৪ |
| 3. | ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মরুপ | ৭ |
| 4. | ঈশ্বরগী লক্ষ্মীদি অমখক্তনি | ১০ |
| 5. | রিনুনসিয়েসন্ | ১৩ |
| 6. | ঈশ্বরবু খুরুমজবা | ১৬ |
| 7. | থরায়গী ওইবা পুন্সি | ১৯ |
| ৪. | ধর্ম্ম চেনবা মী | ২২ |
| 9. | মোদরেট লাইফ ষ্টাইল | ২৬ |
| 10. | য়ুম্বান কৈবানবা | ৩০ |
| 11. | স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজ | ৩৪ |
| 12. | ঈশ্বরগী ব্রাহৈ | ৩৮ |
| 13. | রেজিষ্টেন্স এন্দ নন-রেজিষ্টেন্স | ৪২ |
| 14. | ঈশ্বরগী থবক তৌবা | ৪৬ |
| 15. | থবক তৌবগী মহৈ | ৫০ |
| 16. | লমচৎ শাজৎ কেরেক্টর | ৫৩ |
| 17. | ঈশ্বরগী মচা | ৫৭ |
| 18. | সয়তানগী ফত্তবা ব্রাখল | ৬১ |
| 19. | ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা | ৬৪ |
| 20. | ব্রহ্মাচারি | ৬৮ |
| 21. | লাইনিংবা | ৭২ |

| | | |
|---|---|---|
| 22. | চিঞ্জাক অমসুং ৱাখল | ৭৬ |
| 23. | হোলি ওইবা মী | ৮০ |
| 24. | অচুম্বা থবক্লা তুংগী অফবা ওইবা | ৮৩ |
| 25. | হোলিগী নিংতম্বা | ৮৬ |
| 26. | ৱাশকপা ফত্তে | ৮৯ |
| 27. | মেডিটেসন্ | ৯৩ |
| 28. | অচুম্বা লম্বী | ৯৬ |
| 29. | মীওইবগী গুণ | ৯৯ |
| 30. | ৱায়েল বিচার | ১০৩ |
| 31. | অহেনবা পাম্বা | ১০৬ |
| 32. | সেক্স ইন্দ্রি কন্ট্রোল তৌবা | ১১০ |
| 33. | হ্যুমেন নেচর | ১১৬ |
| 34. | নোরোক্কী থোঙ্গাল অহুম | ১২০ |
| 35. | অরানবা শক্তি | ১২৬ |
| 36. | মীওইবনা শেম্বা লাইরবা | ১৩৩ |
| 37. | সন্যাস/ব্রহ্মাচারি | ১৩৭ |
| 38. | Reference | ১৪০ |
| 39. | Glossary | ১৪১ |
| 40. | Holy Scripture | ১৪৩ |


***********

# Chapter - 1

# স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন

সংসার অসিদা ঐখোয়না অচুম্বা অশেংবা লম্বীদা চৎকে হায়রগদি ঐখোয়না ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা চৎপা তাই। সংসারগী অশেংবা অচুম্বা ডিসিপ্লিন অমা হায়রগদি স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন অমা নত্তনা লৈত্রে। স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা চৎলিবা মী অদুনা মশাগী সেল্ফ রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙমগনি। স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন হায়বসি করিসু নত্তে মসি শম্লা হায়রবদা প্রোসেস ওফ প্যুরিফিকেসন্নি হায়বদি পুক্লিং হকচাং ব্রাখল অশেংবা অচুম্বদা থম্লবা হোৎনবনি। মতাং অসিদা খুদম অমা পীবা য়াই মদুদি ঐনা ঈশিং গ্লাস অমা তুরেলদগী লৌরুরে, শোক্লুরে। ঈশিং গ্লাস অদু অফবনি অশেংবনি হায়বা হেক্তা য়ারোই মরমদি ঈশিং অদুদা অমোৎপা খরদি শুকশোই শোইদনা য়াওগনি। ঈশিং অদু ফিল্টর ডিস্টিলেসন তৌদ্রিবা মখৈদি অশেংবা ঈশিং হায়না কৌবা য়ারোই। ফিল্টর তৌরবা মতুংদা অশেংবা ঈশিং অদু ঐখোয়না থক্কনি। মসিগা চপ মান্নানা মীওইবগী হকচাংনা সংসার অসিদা তিল্লকপা/লৈরকপা মতমদা অমোৎপা শেংদবা ময়াম অমা চংলকই। অমোৎপা শেংদবা ময়াম অদু হকচাংদগী শেংদোকপা অমদি দরকার ওই। মসিবু স্পিরিচুয়েল প্যুরিফিকেসন কৌই। হকচাংদগী অমোৎপা শেংদবা ময়াম অদু শেংদোকপা ঙমদ্রগদি মীওইপোক পোকপগী অর্থ লৈত্রে। অমোৎপা শেংদবা হকচাং অদুনা ফত্তবা মীনুংশি লৈতবা থবক ওাক্তা সংসার অসিদা তৌরক্কনি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি অমোৎপা শেংদোকপগী মহুত্তা অমোৎপা ফত্তবা চংহন্দবনা হেন্না ফৈ। চপ্ চাবা খুদম অমা নৈনসি। য়ুম্বু মপু অমনা মহাক্কী পোৎ-চৈ, মান-চাং অদু চেকশিনহৌদবদগী হুরানবনা হুরানখি। মমৈথংদা মপুনা মতম চঙনা য়াম্না ৱানা থিদুনা মহাক্কী মান চাং খরদি ফংখি। মসিগী মহুত্তা মপু অদুনা মহাক্কী পোৎচৈ অদু মহাক্কী মনাক্তা সেফ- কষ্টডিদা চেকশিন্না থম্লম্লগদি হুরানবনা কৈদৌঙৈদসু পোৎচৈ অদু হুরানবা ঙম্লম্লোই। মপুনা মীৎশিং নাশিংনা লৈরগদি হুরানবা লৈরগসু পোৎচৈ হুরানবা ঙম্লোই। মসিগা চপ্ মান্ননা ঐখোয়গী ৱাখলদা ফত্তবা ময়াম খল্লগসু ফত্তবা ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লগদি অফবা অদুমক ওইগনি। ফত্তবা ৱাখল লৈরগসু ঈশ্বরবু কিদুনা ফত্তবা থবক অদু তৌবা ঙমদবা, হুরানবা লৈরগসু মপু লৈ হায়দুনা পোৎ চৈ হুরানবা ঙমদবা হায়রিবা ফিভম অসিবু স্পিরিচুয়েল এব্রেক্কন কৌই। মসিনা তাকপদি অঙাং ওইরিঙৈদা স্পিরিচুয়েল লাইফ হান্না চংহৌবনা ফৈ। অহল ওইরগা স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবদি মতম চংঙি, অমোৎপা শেংদোকপা চংঙি, অৱা অনা খাঙবসু তাই, য়াম্না ৱানা হোৎনবা মতুংদা স্পিরিচুয়েল লাইফ ফংঙি। অহল ওইরগা স্পিরিচুয়েল লাইফ ফংবা মরম্না নহা ওইরিঙৈদা অচুম্বা লম্বী খঙদবনা অমোৎপা শেংদবা ফত্তবা খরদি সংসার অসিদা লংথোক্লম্মী। মরম অসিননি সংসার অসিদা অফবা ফত্তবা অনীনা শারিবসি।

অশেংবা অচুম্বা খঙনবগীদমক করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা মুর্ত্তি অমা ঈশ্বরনি হায়রগা নিংজরগা লাৎচরগা স্পিরিচুয়েল লাইফ ফংবা লায়না ঙম্মী হায়না শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়বিরম্মী। মরম অসিননি হিন্দুশিংনা মুত্তি লাৎপা চৎনৈ। হায়রিবা মুর্ত্তি অদু শ্রীকৃষ্ণ ওইবা য়াই, শ্রীরাম ওইবা য়াই। মুত্তি অদুগী শক্তম অদু আইডিয়েল ওইবা মীওই অমদি ওইগদবনি। অমরোমদা খৃষ্টানগীদি মুর্ত্তি লাৎপা য়াদে। মখোয়গীদি ইংশোক লৈজবা যীশু খৃষ্টতবু নিংজবা খক্তনি। হিন্দু খৃষ্টান অনীগী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। ধর্ম্ম হায়বসিদি আইডিয়েল ওইবা ফিদম্নফম ওইবা অচুম্বা ওইবা অদুবু তমজবা চৎচবা খক্তনি।

মীওইবগী হৃকচাংদা থৱায় লৈবা মরম্না অচুম্বা অরানবা খঙবা ঙম্মী। অদুবু ঐখোয়না অচুম্বা অদুদি পুথোক্লবা হোৎনবা দরকার ওই। মরম অসিননি

স্পিরিচুয়েল লাইফ অমা ওইনবা হোৎনবদা লাইশঙদা, টেম্পলদা, চর্চতা, মসজিদতা চৎবা দরকার অমা ওইরিবসি। টেম্পল খুদিংমক স্পিরিচুয়েল ইন্সটিট্যুসন্নি। লাইশঙদা চৎবা পামদ্রগসু হোলি বাবল, হোলি গীতা, হোলি কোরান পাবা দরকার ওই। হায়রিবশিং অসি স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা মীশিংনা অহৌবদা তৌগদবা মথৌনি। মথংদা হোলি স্ক্রিপচরশিং অসি চহি ৫ - ১০ ফাওবা প্রাক্টিস তৌবা দরকার ওই। হোলি স্ক্রিপচরগী নিয়ম নিতিশিং ঐখোয়গী ঈ-তোংশিংদা চংশ্রগদি হায়বদি ব্লড সার্কুলেসন সিষ্টেমগুম্না সিষ্টেম অমা ওইনা লৈখ্রগদি মী অদুগী পুন্সি অদু স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইরে। সংসার অসিগী অফা-অপুনগী বোন্দেজদগী মনিংতম্বা ফংলে, মনিংতম্না চৎলে। লাইশঙদা ধর্ম্মগী মীংদা অজা-পুজা য়াম্না তৌবা, অচৌবা চাক্লেন শিনবা, রিলিজিয়স সেরেমোনি য়াম্না চাউনা পাঙথোকপনা স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইবা নত্তে।

— ( ***** ) —

## "মী টুসি হৌগৎকনু, ষণ টুসি হৌগৎলু"

– Meitei Scripture –

মসি হায়বগী অর্থদি মী টুসি অদু ফত্তবা মী অমনি, মশা মতোম্তগী হিংজবগী পাঙ্গল থৌনা লৈজদে, মীগী মতেং লৌদুনত্তা হিংগে হায়বনি, মীথিনগাই ওইবা অমনি, মীবু মাংন-তাকনবা শিনবা মীনি। মী টুসি অদুবু হৌগৎলুরগসু হ্ পানবা ফত্তবা মীনিনা মাংন তাক্র বা অদুমক্ শিল্লক্কনি। হায়রিবা ফত্তবা মরমশিং অসিদগী মী টুসি ওইবনি। মী টুসি অমনা অফবা অচুম্বা থবক অমত্তা পাংথোকপা ঙম্লোই। থবক অমা তৌবদা অয়েৎপা অদুমক ওইগনি। মী টুসিদগী লাপ্পা লৈবা তাই।

ষণ টুসি হৌগৎলগদি মতোমতা চৎপা ঙমদুনা চৎখি। অয়েৎপা করিমত্তা পীরমদে। মী টুসি হৌগৎপগী মহুত্তা greatness ওইনবা হৌৎনৌ।

# Chapter - 2

## আত্মাগী নুংঙাইবা

মীওইবা ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা হায়বদি স্পিরিচুয়েল লাইফতা চঙবা হায়বসি হেক্তা ঙমদে। হায়রিবা লম্বী অসি ক্লাসিকেল ওই। অহানবদগী অনীশুবদা, অনীশুবদগী অহুমশুবদা মথং মথং কাখৎকদবনি। মসি ইংলিসতা হায়রগা ডিগ্রী গ্রেজুয়েসন অমনি। অহানবদা মীওইবনা হকচাং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্মী। মসিগী নুংঙাইবদি সনা-লুপা, লন-থুম, নুপী-অঙাং, ফুরা-দলাল, অচৌবা ফম পায়বা, নিংথৌ ওইনিংবগী মওং মতৌনি। শম্মা হায়রবদা ব্রান্ডলি এঞ্জোয়মেন্টনি নৎত্র গা পুরা ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবনি। ব্রার্ন্ডলি এঞ্জোয়মেন্ট খুদিংমক অহৌবদা য়াম্মা নুংঙাইবা ফংই। সেন্স প্লেজর পুরা ফংঙি। অদুবু হায়রিবা নুংঙাইবগী মতম অসি য়াম্মা শাংনা চৎতে। অরোইবদদি অৱাবা শোইদনা মায়োক্লে। হায়রিবা ফিভম অসিদা অৱাবগী স্লো চৈথেং মথং-মথং লাক্কনি। অৱাবগী স্লো- চৈথেং লাকপা হৌরকপদা স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা ঐখোয়না অনীশুবা ক্লাসতা লম্বীদা চঙশিনবা তাই। অনীশুবা অদুদি ইমুং-মনুং ফেমিলি অমগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মিংখৈ, অচুম্বা স্ক্রিপচর শকচ-শোঞ্জদুনা নুংঙাইনা লেঞ্জবা অসিনি। অনীশুবদা লৈরিবা ফিভম অসিদি ব্রার্ন্ডলি লাইফ, ব্রার্ন্ডলি এঞ্জোয়মেন্ট খরদি ওই। মসিগী নুংঙাইবা অসিদসু অৱা-অনা খরদি থেংনৈ। মরমদি ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎতা ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা খরা য়াওবননি।

স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইনিংবা ঐখোয়না অনীশুবা ক্লাস অসিদগী অহুমশুবা অরোইবা ক্লাসতা কাখৎপা তাই। অহুমশুবগী নুংঙাইবা অসিদদি ঈশ্বরবু মশক খঙদুনা নুংঙাইবনি। সেল্ফকি নুংঙাইবনি, আত্মাগী নুংঙাইবনি, থৱায়গী নুংঙাইবনি। মতাং অসিদদি ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা লমচৎ শাজৎ পুরা থাদোক্কে। অৱা-অনা করিমত্তা লৈত্রে। থৱায়গী ওইবা লমচৎ শাজৎ চত্নুনা, থৱায়গী ওইবা চিঞ্জাক চাদুনা, থৱায়গী ৱাখল খল্লে, থৱায়গী ৱাহৈ ঙাঙলে, থৱায়গী ওইবা থবকসু তৌরে। মীগা খৎন-চৈনবসু তৌদ্রে। সনা লুপা লন-থুম নুপী অঙাং ফেমিলিগী ৱাফম অমত্তা লৈত্রে। কল্লক মীহৌবসু লৈত্রে। থৱায়গী চিঞ্জাক চাবনা পৈশা য়াম্না দরকার ওইদ্রে, কন্না থবক শুবগীসু দরকার ওইদ্রে। থৱায়গী ওইবা চিঞ্জাক খরা চারগা ঙমজবা খরা মীওইবগী সেবা তৌবা অদৃখক্তনি। মীগী অৱা-অনা য়াম্না উরুবা য়াদে। মীওইবনা অৱা-অনা য়াম্না তারিবসি ফুল ৱার্ল্ডলিনেস ওইবদগীনি। কনা অমত্তনা মতেং য়াম্না পাংবসু ঙম্লোই। মশা মশানা অরানবা অদু শেমদোক্কদবনি। অহুমশুবগী নুংঙাইবা অসিদদি সেন্স প্লেজর পামদবা মরম্না অৱা-অনা করিমত্তা থেংনদে। মসিগী নুংঙাইবা অসিবু অনন্দ/ব্লিস, ঈশ্বরগী নুংঙাইবা, মনীংতম্বা স্পিরিচুয়েল লাইফ কৌই।

মীওইবা খরগী পুক্সিদি অহানবগী ক্লাস অসিদা অদুম লোই। অদুগা মীওইবা খরদনা অনীশুবা ক্লাসতা লোই। অদুগা মীওইবা অশিংবা খরদনা অহুমশুবদা লোইদুনা অনন্দা/ব্লিস ফংদুনা পোকপগী মহৈ ফংদুনা মালেম অসিদা মিংচৎ থম্লম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী ওজা নাইনা তম্লগদি অনন্দা/ব্লিস অসি অঙাং ওইরিঙৈদা হেক্তা ফংবা ঙম্মী। য়াম্না লুরিবদি অনন্দা/ব্লিস ফংনবা তাকপা ঙম্বা ওজা কয়া লৈতে। য়াম্না ঙকপা অমনা মীওইবা অয়াম্বা মশাগী ইন্দ্রি মঙাগী সেন্স প্লেজর কন্ট্রোল তৌবা ঙমহৌদবদগী অহানবদগী অনীশুবদা কাখৎলুরগা অমুক হন্না অহানবদা কুমথরকই হায়বদি অমুক হন্না ৱার্ল্ডলিনেস ওইরকই। মরম অসিননি মীওইবনা পোকপগী অর্থ লৈত্রিবসি। য়াম্না ঙকপা অমনা করিসু অচৌবা ফম পায়দবা শক্তিসু লৈতবা মী খরনা থৱায়গী ওইবা চিঞ্জাক চারগা থৱায়গী ৱাখল, থৱায়গী ৱাঙাঙ, থৱায়গী ওইবা মীওইবগী সেবা তৌরগা পৃথিবী

অসিদা মমিং থল্লম্মী। মীশিং অদু খুদম খরা পনবা য়াই মদুদি যীশু খৃষ্ট, মহাত্মা গান্ধী, মাডর টেরেশানি। মখোয় অসিনা মমিং চৎলিবগী মরমদি থৱায়গী ওইবা মীনুংশিগী ওইবা থবক তৌই। হৌজিক্কী মতমদসু অচৌবা ফম পায়বা শক্তি লৈবা মী খরসু মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ট্যাগ তৌদুনা হ্যুমেনিটিগী লমদা থবক তৌদুনা পৃথিবীদা মিংচৎ থল্লম্মী। মালেমদা ফাওরিবা মী খুদিংমক স্পিরিচুয়েল লাইফকা মরি লৈনৈ। স্পিরিচুয়েল লাইফ ফংনবা হোৎনবদা লাইশঙদা পুরা লৈগদবা নত্তে। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি স্বামী বিবেকানন্দনা মহাক্কী ছাত্র-ছাত্রিশিংদা লাইরিক তম্বা তাকপীবা লোইরবা মতুংদা নখোয় চৎলো মালেমগী মফম খুদিংদা থবক তৌরুরো, ঐগী নাক্তা লৈরগনু। উপাম্বী অচৌবা অমগী মখাদা অতোপ্পা উ-পাম্বী অচৌবা অমমুক হৌবা ঙল্লোই। অমগা অমগা য়েৎশিন্নরনু।

— ( ***** ) —

"ইনাকখুনবা চাম্মনা লায়রবা অমা হৌগৎপা ঙমদে"

– Meitei Scripture –

মসি হায়বগী অর্থদি লায়রবা মী অদু মশা মতোম্ত্তগী হিংজবগী পাঙ্গল থৌনা লৈজদে, শুনিংদে-চৎনিংদে, নিরগতা চাগে হায়বনি। সংসার অসিদা করম্না পুক্সি হিংগদগে হায়বা খংদে, জ্ঞান য়াওদে হায়বনি। নিরগতা চাব-থকপা ওইবনিনা ইনাকখুনবা চাম্মনা হঞ্জিন-হঞ্জিন্না পীনিংদে হায়বনি। মীওইবনা য়াম্না লায়রবা অমা ওইরকপসি কাহেনবা ৱার্ল্ডলিনেস ওইরকপদগীনি।

# Chapter - 3

## ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মরুপ

স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা মীশিংনা মুর্তি নৎত্রগা ফিদম্নফম ওইবা শক্তম অমা লাৎচবা খুরুমজবনা স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবদা য়াম্না মতেং পাংঙি। ফিদম্ন ফম ওইবা শক্তম অদু খৃষ্টানগীনা যীশু খৃষ্ট ওইবা অদুগা হিন্দুগীনা শ্রীকৃষ্ণ নৎত্রগা শ্রীরাম ওইবা য়াই। ইমেজ ৱার্শিপ চথবা নৎত্রগা আইডিয়েল অমা তম্বা মতমদা হকচাংদা/ৱাখলদা অরানবা অমোৎপা চংহন্দে। মসিনা প্যুরিটি ওফ মাইন্দ শেম্বদা মতেং পাংঙি। মতম মতমগী পিলগ্রিমেজ তীর্থ চৎপসু স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবদা মতেং পাংঙি। স্পিরিচুয়েল লাইফ হায়বসি করিসু নত্তে মীওইবগী মাইন্দ অসি অচুম্বা আইডিয়েল অমদা কন্সেন্ট্রেসন তৌবা অদুখক্তনি। মরম অসিননি মীওই খরনা অয়ুক্তা, নুংথিলদা, নুমিদাংদা মতম খরা কাইথোক্নুনা মানা-মানা পামজবা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌদুনা হকচাংগী অপাম্বা টেম্পটেসন সৈতানগী ৱাখলদগী হকচাংদগী লাপথোক্লবা হোৎনজে। ঐখোয়না লাইশঙদা লৈবা মতমদা নৎত্রগা অচুম্বা চৎপা মী অমগী মনাক্তা লৈবা মতমদা ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা ৱাঙাঙ, ফত্তবা থবক অমত্তা তৌনিংদে। মরমদি ঈশ্বরবু কিবা নৎত্রগা অচুম্বা চৎপা মী অদুগী মমাংদা ফত্তবা থবক তৌবদা ইকায়জবা পোকপা নৎত্রগা কিবা পোকপা অসিনি।

হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি নহাক্লা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎকে হায়রগদি ঈশ্বর ওইবা মী নৎত্রগা অচুম্বা চৎপা মীগা মতম চুপ্পদা তিন্নৌ লোয়নৌ।

ঈশ্বরগী ব্রাখল, ব্রাঙাঙ থবক অদু নহাক্না শোয়দনা চৎলক্কনি। মতাং অসিদদি হোলি স্ক্রিপচর পাবগী দরকার ওইদ্রে। চহি খরগী মতুংদদি নহাক্কী লমচৎ- শাজৎ অদু পুরা হোলি ওইরক্কনি। ফত্তবা থবক অমত্তা তৌরক্লোই। অচুম্বা ব্রাখলদা অচুম্বা ব্রাঙাঙদা, অচুম্বা থবক্তা সিস্টেম অমা ওইনা লৈখিগনি। মসিগা ওন্ন- তৈনবদা ফত্তবা অরানবা মীগা শঙ্গ/মরুপ ওইরগদি ফত্তবা হায়বদু তপ্না তপ্না ওইরক্কনি । মতাং অসিদা ফত্তবা মী হায়বসি কনানো? সংসার অসিদা ফত্তবা মীদি লৈতবা য়ারোই। ফত্তবা লৈবদগী অফবা থোরকপনি। ফত্তবা মী হায়বসি অন- ইথিকেল অমসুং ইম্মোরেলগী থবক তৌবা মী অদু ফত্তবা মী কৌই। মসিগী অর্থদি মীওইবগী চৎনবীগী ব্রাংমদা অমদি মীওইবগী লমচৎ- শাজৎকী ব্রাংমদা থবক তৌবা অদুনি।

মী অমগী লমচৎ শাজৎ য়েংগে হায়রগদি মী অদুগী তিন্নবা শঙ্গ/মরুপশিংদা হান্না য়েংউ হায়বদুনি। স্পিরিচুয়েল লাইফ চংগে হায়রগদি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইবা মীগা মরুপ ওইবা তাই। লোয়ন- লোয়ননা হকচাং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবশিংসু হান্না থাদোকপা তাই । ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা থিবা থাদোক্ত্রি মখৈ অচুম্বা লম্বীদা চংবা য়ারোই। ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা খুদক্তা থাদোকপা য়ারোই তপ্না তপ্না মথং মথং নাইনা থাদোক্কদবনি।

স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইরবা মীশিংনা হোলি ওইবা মফমদা লৈবা তাই। হায়রিবা অসিদগী লাপথোকপা তারগদি ব্রার্ল্ডলি লাইফ ওইরক্তুনা ব্রার্ল্ডলি এনজোয়মেন্ট হেক্তা পাম্লকই। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি তোপ তৌদুনা, লাইনিংদুনা, অচুম্বা চত্তুনা মুণিগী পুন্সি মরেলদা লৈরুরবা মুণি কয়া অমা ঙাইহাক্কী ওইবদা খন্থহৌদবদগী মায়াগী নুংঙাইবগী লাংদা থুদুনা মুণিগী পুন্সি মরেল থাদোক্তুনা ব্রাল্ডলি লাইফ ওইখিবা কয়ানি । শম্না হায়রবদা লাইনিংবা মীনা নুপী লোনবা অমদি মচা ময়াম অমা পোকপা অদুগুম্বনি। স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা নুপাশিংনা মতম চুপ্পদা নুপীগা লোয়নদুনা লৈগনু অদুগা স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা নুপীশিংনসু মতম চুপ্পদা নুপাগা লোয়নদুনা লৈগনু। অসুম্না তৌরগদি নুপা নুপীগী য়ুম পানবগী লম্বীদগী লাপথোক্না লৈবা ঙম্মী। স্বামী বিবেকানন্দদি নুপীশিংগা লোয়নবা মতমদা মহাক নুপী অমগুম্না খল্লি। মসিগী অর্থদি নুপা- নুপী

অনী অসি চপ মান্নে, মান্নবা সেঙ্গনি, সেম সেঙ্গনি। স্বামী বিবেকানন্দদি ১০০ দা ১০০ স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইখি।

য়ুম পানবা মীসু স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবা য়াই। মী খরদি মচা মশু শেল্লবা লোইরবা মতুংদা চহি ৫০ গী মতুংদা স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবা হৌই। মী খুদিংমক মশাগী চহি তাঙ্কক অমদা স্পিরিচুয়েল লাইফ চংগদবনি। মসিনা মীওইবনা রিনন্সিয়েসন, সেলভেসন অমদি ট্যাগ তৌবা ঙম্মী।

স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইরবা মীশিংদি মশাগী শক্তি লৈজৈ মখোয়গী ব্রাঙাঙনা মীশিংবু শুমহৎপা ঙম্মী মশাগী সুপরনেচরেল পৱার ফংজৈ। য়াম্না ঙকপা অমনা সুপরনেচরেল পৱার লৈজরবা মীনা অরোনবা অরানবা থবক তুমিন্না কনা খঙদনা তৌরুবদগী মহাক্কী সুপরনেচরেল পৱার মাঙখিবা কয়ানি। মরম অসিননি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইরবা মীশিংনা সেন্স প্লেজর থাদোকউ হায়রিবসি।।

—( ***** )—

খন্নরিঙৈ - ঙাংনরিঙৈদা তেঙ্গোল তুমলে।

— Meitei Scripture —

মসি হায়বগী অর্থদি থবক অমা হয়েং হংচিৎ তৌগে হায়না থাদোক্কুনা থম্বদগী তৌবা ঙমখিদবনি। মীওইবনা পুন্সিগী পান্দম অমা পাংথোককে হায়না খল্লগসু মশাগী ৱিল - পৱার লৈতবা মরমনা পাংথোকপা ঙমখিদবা অদুবুনি। মতম হায়বা অসিনা কনাবুসু ঙাইবিদে। মীওইবদি মতমদা থবক তৌবনি । মীওইবনা কাহেনবা ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা অদুগা তৌগদবা থবক পান্দম্মা য়াংনা লাইনা লৌবনা মপুং ফাবা থবক পাংথোকপা ঙমদবনি।

# Chapter - 4

## ঈশ্বরগী লম্বীদি অমখক্তনি

হিন্দু খৃষ্টান মুস্লিম ধর্ম্ম তোঙান-তোঙান্না লৈজরগসু, মমিং তোঙান-তোঙান্না থোল্লগসু, স্ক্রিপচর তোঙান-তোঙান্না লৈরগসু ঈশ্বরগী লম্বীদি অমখক্তা ওইগনি। মীওইবগী ধর্ম্মদি, মীওইবগী পম্বুংদি অমখক্তা ওইগনি। মান্নবা মীওইবগী কাংলুপ্তা তোঙান-তোঙানবা ঈশ্বরনা শেম্বীবা শাবীবা হৌনদে। মীওইবগী ধর্ম্মদা য়াম্না খেৎনবা থল্লিবা মী অদু মশাগী স্পিরিচুয়েল নোলেজ ৱাৎপা মরম্মনি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী অচুম্বা স্ক্রিপচরশিংদি মীওইবনা লৌশিনগদবনি, য়েৎনবগী মফম পীরোইদবনি। ধর্ম্ম চেনবা মীনা মীনুংশি লৈনা থবক তৌই নাপল কাদে। মীওইববু সেবা তৌবা অসি ঈশ্বরদা সেবা তৌবা অমগুম্না লৌজে। ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক খাংবা কল্লি, মীনুংশি লৈ। ধর্ম্ম চেনবা মীওইশিংগী অরোনবা অমা লৈজে মদুদি মখোয়না ঈশ্বর খুরুমজবা প্রেয়ার তৌবা মতমদা অচিকপা মফমদা মেডিটেসন তৌগনি অদুগা মীগী সেবা তৌবা অমদি ডিভোসন্নেল প্রাক্টিস খুদিংমক প্রাইবেট ওইনা তৌগনি। থবকশিং অসি মীয়ামদা খঙহনবা পামদে, মথৌ পাঙথোকপা খক্তনি। মীয়াম মমাংগী ওইবা থবক তৌবা পামদে। ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক নোল্লুকই। উহৈ পানবা উপানবী মরু লুকই হায়বদুনি।

লাইনিংবা ডিভোটি অমনা মহাক্কী ফেমিলি পুংকাও কাউবা য়ারোই।

ডিভোটি অমনা তৌগদবা ময়াম অমা লৈ মদুদি মহাক্কী মমা- মপাবু সেবা তৌবা অমদি মহাক্কী নুপীবুসু সেবা তৌগদবনি। হায়নবা অমা লৈ মদুদি লোর্ড চৈতন্যা মহাপ্রভুনা সন্যাসি ওইরমদাইদা মহাক্কী মমা- মপাবু মপুং ফানা সেবা তৌরম্মী। মপুং ফাবা ডিভোটি অমা ওইরবা মতমদদি মসিগী থবক অসি তৌগদবনি হায়বা ওব্লিগেসন লৈতে। মহাক্না নিংজবা ঈশ্বরতমক নুংশিজে। মতাং অসিদা মহাক্না মমা- মপা নুপী অঙাং ফেমিলিগী ওইবা কয়া তপ্না তপ্না কাউরকই। মায়াগী ওইবা পোৎশকশিং, হকচাংগী অপাম্বা, হকচাংগী অৱা- অনা পুম্নমকসু কাউবা ঙম্লকই। মসিগী মতুংদা স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা পুন্সি লম্বী চংথবা হৌরকই। হোলি লাইরিক্তা হায়নবা অমা লৈ মদুদি য়োৎ অসি হন্না হন্না মৈ ইক্লবা অমদি নুঙথংনা হন্না হন্না থারবা মতুংদা য়োৎ অদু অশেংবা ষ্টিল ওল্লকই। মসিগা চপ মান্ননা ইচম চম্বা মী অমনা মাগী পুন্সিগী অৱা- অনা ফংলবা মতুংদা হায়বদি ৱার্ল্ডলিগী চৈথেং, ৱার্ল্ডলি ব্লো ফংলবা মতুংদা ৱার্ল্ডলি লাইফ থাদোক্তুনা অশেংবা পুন্সি স্পিরিচুয়েল লাইফ লম্বীদা চংলকপনি। মী অমনা হেক্তা স্পিরিচুয়েল লাইফ চংবা নত্তে। অহানবদা ৱার্ল্ডলি লাইফ ওইবা ঙাক্তনি। স্পিরিচুয়েল লাইফ হায়বসি অচুম্বা অশেংবা পুন্সি লম্বীনি। লম্বী অসিদগী হেন্না শেংবা পুন্সি লম্বী অমত্তা লৈতে।

ঈশ্বরগী লাইরিক গীতাগী মতুং ইন্নদি মায়াগী পুন্সি অসিদা গুণ অহুম লৈ। গুণ অহুম অসিদা মীওইবা খুদিংমকপু বাইন্দ তৌই। অহানবদা সাটভা গুণনি। গুণ অসি অফবা অৱাংবা থাক্কী মীগী গুণনি। অদুবু মসিগী গুণ অসিদা নোলেজগী ওইবা লৌশিং শিংবা অমদি নুংঙাইবা পাম্বা য়াওই। মথংদা ময়াই ওইবা গুণ রাজা গুণনি। গুণ অসিদা সেন্স প্লেজরগী পাম্মী, ৱার্ল্ডলিনেস ওইবগী গুণনি। অরোইবগী গুণদি টামাস গুণনি। গুণ অসিদি মশাগী নোলেজ লৈতে, তনবা তুম্বগী গুণনি। শম্না হায়রবদা শা- ঙাগী গুণনি। স্পিরিচুয়েল লাইফ চংগে হায়রগদি মায়াগী গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপা তাই। অহানবা টামাস গুন্দগী, অনীশুবদা রাজা গুন্দগী, অহুমশুবদা সাটভা গুন্দগী নাম্থোকপা ঙম্লগদি ঐখোয় মায়া সংসার অসিদগী নীংতম্বা ফংলে, মসিবু ডিভাইন ফ্রিদম কৌই। মীওইবনা পোকপদা তানগদবা নীংতম্বদি ডিভাইন ফ্রিদমনি। মসি নত্তবা

অতোপ্পা নীংতম্বা ফ্রিদম অমত্তা লৈতে। মায়াগী গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপদি য়াম্না লুবা থবক অমনি। ঙসি মীওইবা ঐখোয়না ফুনরিবা হাৎনরিবা থৌদোক ল্লাথোক কয়া থোক্লিবা অসি মায়াগী গুণ অহুম অসিনা থোকহনবনি। গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোক্লগদি ঈশ্বর ফংলে, শান্তি ফংলে, সেল্ফ ফংলে। মতাং অসিদা হায়নবা অমসু লৈ মদুদি নহাক্না মীওইবগী প্রোব্লেম সোল্ভ তৌবা ঙম্লোই। নহাকতমক প্রেব্লেম অদুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনৌ হায়বদি গুন অহুম অসিগী ল্লাংমদা । গুন অহুম অসিদগী নাম্থোকনবগী অরাইবা পাম্বৈদি ভক্তি যোগনি। ভক্তি যোগগী অর্থদি নহাক্না পামজবা ঈশ্বর অদুদা প্রেয়ার তৌবা অমদি ঈশ্বরগী মীংখৈ অদু মতম চুপ্পদা শকচ- শোঞ্জবা অমদি মেডিটেসন তৌবা অসিনি। মসিনা খ্বাইদগী লায়বা পাম্বৈনি। মরু ওইনা খঙজিনগদবা অমদি হকচাং বোডিগী অপাম্বদি মায়াগী গুণ অহুম অসিদা লৈ। মরম অসিননি ঐখোয়না পুক্নিগী অরোইবদা ল্লারীবসি। অদুগা থল্লায়গী সেল্ফকি অপাম্বদি মায়াগী গুণ অহুম অসিগী ল্লাংমদা লৈ। অল্লাবা নুংঙাইবা লৈতে। সনা লুপা পামদে। ওইজবা থিদে, নুংশিবা নুংশিদবা লৈতে, ইকায় খুম্নবা খুম্নদবা লৈতে, মরুপ য়েক্লবা লৈতে। শেন্দোং য়াম্না তানবা এন্টরপ্রাইজ পামদে। মীখা পোনবা লৈতে। হায়রিবশিং অসি স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা মীনা প্রাক্টিস তৌবগী মখা পোল্লি।।

—( ***** )—

## উচিগী ল্লারেপ

— Meitei Scripture —

মসি হায়বগী অর্থদি তৌবসু তৌবা ঙমলোইদবা পাংথোকপসু পাংথোকপা ঙমলোইদবা থবক্তা মীয়াম পুন্না অরাংবা মিটিং ফমবনি। হায়রিবা মিটিংগী ল্লারেপ (উচিগী ল্লারেপ) অসিনা মীওইবগী মতমবু মাংহনলি, লাংহনলি, লৈবাক ইরাং থোকহনলি, মমিৎ তাংবা মীনা লমজিংবগা চপ মান্নে। উচিগী ল্লারেপ লৌবা মিটিংদগী লাপ্পা লৈয়ু। উচিগী ল্লারেপ্পা য়াওরিবা অদুদি হৌদোংগী মঙকশমদা উচি কনানা শেংগাও - শরিক শিবা ঙমগনি? পুম্নমক অসিগী অর্থদি অরানবনা অচুম্বা শাদুনা ঙাংবনি।

# Chapter - 5

## রিনুনসিয়েসন

স্পিরিচুয়েল লাইফ পান্বা মীনা মশাগী ইন্দ্রিগী সেন্সকী মীখা পোনবা বোন্দেজদগী নীংতম্বা ফংবা তাই। হকচাংগী অপান্বা লষ্ট, অশাওবা এঙ্গর অমদি কল্লক মীহৌবা গ্রীদ কন্ট্রোল তৌবা তাই। মীওইবগী কাহেনবা অপান্বা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা থম্লিবা মখৈদি মীওইবগী য়েক্লবা এনিমি হায়বদু মশানা অদুম শেম্লকই। মসিগী অর্থদি ওইজবা সেল্ফিস থিদুনা লনথুম সনা- লুপা পৈশিং দুনা নিংথৌ ওইবদৌনা শক্তি শীজিন্নরবা মতমদা মসিগী মায়োক্তা য়েক্লবা থোরকপা হায়বদুদি মশানা অদুম তাবনি। হোলি লাইরিক্তা হায়বা অমা লৈ মদুদি শক্তি পব্রার লন- থুম খুদিংমক অমুক লাকই, অমুক চৎখি হায়বদি মী অমখক্তদা পুরা তুংদুনা লৈতে। মিৎকুপ খুদিংগী অহোংবা নাই। মরম অসিনা মীওইবগী অপান্বা অদু ঈশ্বরগী মাইকৈদা থম্বা তাই। মসিগী অর্থদি নশাগী কা হেনবা ওইজবা থীনু পৈশিনবগী ব্রাখল থাদোকউ, শক্তি অমদি মনি পব্রার শীজিন্নগনু। মতম চুপ্পদা রিনুনসিয়েসন তৌ, ট্যাগ তৌ। অসুম্বা তৌরগদি য়েক্লবা অমত্তা লৈররোই। ঈশ্বরগী মী ওইরে, গোডমেন ওইরে।

সংসারগী পোৎশকশিংদা অপান্বা থম্বা অদু ট্যাগ তৌরগা, রিনুনসিয়েসন তৌরবা মতুংদা ঈশ্বরগী নুংশিবা লম্বীরোমদা চংশিনবা হোৎনবা তাই। মীওইবগী অশাওবা পোকপা অদুসু থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী নুংশিবা ডিভাইন লভ লোমদা

চংশিনবা তাই। মীওইবগী লষ্ট, কল্লক মীহৌবা, অশাওবা, অত্তবা ব্রাখল খুদিংমক মীওইবগী হকচাংদা ফাওই। হায়রিবশিং অসি মুৎথৎপা য়াবা নত্তে। অদুম ওইনমক হায়রিবশিং অসি লাইরিক তম্বীবগুম্না চুমথোকপিদুনা অচুম্বা অশেংবা লম্বীদা চৎহনবা য়াই। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্লা হায়নবা অমা লৈ মদুদি নহাক্লা ঈশিং গ্লাস অমা তুরেলদগী শোক্লে। হায়রিবা ঈশিং গ্লাস অদু পুরা অশেংবা ঈশিংনি হায়বা য়ারোই। মরমদি ঈশিং অদুদা ফত্তবা অমোৎপা খরদি য়াওরমগনি। ঈশিং অদু ফিলটর তৌরবা মতুংদগীদি অশেংবা ঈশিং কৌবা য়ারে। মসিগা চপ মান্ননা পোৎশক অমা নৎত্রগা জীব পানবা মীওইবসু সংসার অসিদা মতম খরা লৈরকপদা অমোৎপা খরদি হেক্তা য়ানশিল্লকই। হায়রিবা অমোৎপা অসিনা ফত্তবা ব্রাখল, ফত্তবা ব্রাঙাঙ, ফত্তবা থবক হেক্তা তৌরকই। হায়রিবশিং অসি লাইরিক তম্বীবগুম্না চুমথোকপা অমা দরকার ওই। চুমথোক্লবা মতুংদদি মী অদুগী লমচৎ- শাজৎ অদু অচুম্বা অশেংবা পুন্সি লম্বী অমা ওইরকই। হোলি লাইরিক্লা হায়নবা অমা লৈ মদুদি তুরেলগী ঈশিং হনগৎনা চেন্দে, মখাদা চেন্থে। মসিগী অর্থদি সংসার অসিদা লৈবা জীব খুদিংমক মায়া সংসারগী ঈচেলনা পুদুনা চৎলি। মায়া হায়বদি অরানবা হায়বনি অশেংবা নত্তে। ঐখোয়গী হকচাং অসি মায়াগী হকচাংনি অদুগা ঐখোয়গী থব্রায়না অশেংবনি, অচুম্বনি। থব্রায়দি পোকপা শিবা নাইদে।

স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইগে হায়রগদি য়াম্না মরু ওইবা গুণ অনী লৈবা তাই। অহানবদা, মতম চুপ্পদা অচুম্বা ব্রাখল, অচুম্বা ব্রাঙাঙ, অচুম্বা থবক তৌবা তাই। অনীশুবদা মী অদুগী পুন্সি অদু ব্রহ্মচারি সিষ্টেমদা চৎপা তাই। ব্রহ্মচারিগী পুন্সি হায়বসি হিন্দুদা হায়রগনা লম্বোইবা সন্যাসি অদুগা বুদ্ধিজমদা হায়রগনা বুদ্ধিষ্ট মোঙ্ক ওইবনি। হায়রিবা গুণ অনী অসি লৈতবা মীদি ঈশ্বর ফংবা ঙম্লোই। মতাং অসিদা ব্রাহং অমা লাকই মদুদি সন্যাসি ওইদ্রগদি ঈশ্বর ফংবা ঙম্লোই হায়রবনিনা য়ুম পানবা মীদি ঈশ্বর ফংলরোইদ্রা? মতাং অসিদা রামকৃষ্ণনা অসুম্না হায় মদুদি য়ুম পাল্লবা মীনা মতম লৈরিঙৈদা নুপী অঙাং ফেমিলি, লনথুম মায়াগী পোৎশকশিংদা অপাম্বা কল্লক মীহৌবা থাদোক্লুনা রিনুনসিয়েসন তৌদুনা সন্যাসিগী ব্রাখল, সন্যাসিগী ব্রাঙাঙ, সন্যাসিগী থবক

তৌরক্নুনা পুক্সিগী অরোইবা শরুক্তদি ঈশ্বর শোইদনা ফংগনি হায়বসিনি।

হোলি লাইরিক্লা অসুম্না ইরি মদুদি মীওইবগী ব্রাখলদা অমোৎপা শেংদবা ব্রাখল মরুওইনা মীবু মাঙন- তাক্লবা শিনবগী ব্রাখল, মীগী মপোৎ মরল মীহৌবা অমদি সেক্সকী ব্রাখল খল্লিমখৈদি অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বীদা চঙবা করিমত্তা ঙম্লোই। মশাগী পাঙ্গল থৌনা খুদিংমক অরেম্বদা মাঙগনি। অমোৎপা ব্রাখল লৈবা মরম্ন া অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বীদা চঙবদা মহাক্কী পাঙ্গল শক্তি অদু ব্রাৎতুনা লৈ। মরম অসিননি অচুম্বা স্পিরিচুয়েল লাইফতা চঙবা মী হায়বদি মোক্ষ নৎত্রগা সন্যাসি অমনা সেক্সকি ব্রাখল, সেক্সকি ব্রাঙাঙ সেক্সকী থবক পুরা থাদোকই। মসিবু ইংলিস্তা এবসোল্যুট সেলিবেট লাইফ কৌই।

মসিবু অব্রাংবা থাক্কী অচুম্বা লম্বী স্পিরিচুয়েল লাইফ কৌই। স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা মী অমা নৎত্রগা য়ুম পানবা মী অমনা এবসোল্যুট সেলিবেট লাইফ অসি অহৌবদা পুরা প্রাক্টিস তৌবা ঙমদ্রগসু মফম মতম চানা শেমদুনা রেগুলেসন অমগী মখাদা নৎত্রগা ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা সেক্স লাইফ চথবা য়াই। মসিগী মতুংদা তপ্না তপ্না য়ুমপানবগী লম্বী লষ্ট থাদোক্নুনা এবসোল্যুট সেলিবেট লাইফ ওইরক্নুনা স্পিরিচুয়েল লাইফ চঙবদা য়াম্না প্রোগ্রেস লৈরক্কনি।

**************

**"Feel like Christ & you will be a Christ; Feel like Buddha & you will be a Buddha"**

***- Scripture -***

# Chapter -6

## ঈশ্বরবু খুরুমজবা

স্পিরিচুয়েল লাইফ পাম্বা মীনা অফবা ব্রাখল খনবা অমদি অফবা লমচৎ- শাজৎ চৎপা, তম্বা হায়বসি দরকার য়াম্না ওই । প্যুরিটি ওফ মাইন্দ অমদি মোরেল ডিসিপ্লিন লৈবা ফাউন্দেসন অমগী মখাদা চৎলগদি ভক্তগী লম্বীদা লায়না চৎপা ঙমগনি। ঐখোয়না নিংজবা ঈশ্বরদা মতম লৈবা খিবিক্তা প্রেয়ার তৌজবা অমদি থব্রায় য়াওনা ডিভোসন তৌজবা অসি য়াম্না দরকার ওই । ঐখোয়না পামজরিবা নিংজরিবা ঈশ্বর অদু ফংদ্রি ফাওবদি মহাক্তবু খুরুমজবা প্রেয়ার তৌজবা লেপ্পা য়াদে। খুরুমজবা প্রেয়ার তৌজবা খক্তনা মপু ঈশ্বর মহাকপু ফংজবা ঙমগনি। ঈশ্বরবু ফংলগদি সংসারগী মায়াগী অফা- অপুন বোন্দেজদগী নীংতম্বা ফংলে। মসিনা ঐখোয়না শিবা মতমদা হায়বদি সংসার ব্রার্ল্ড অসি থাদোক্লমদাইদা অব্রা- অনা অমত্তা লৈররোই। নুংঙাইনা ঈশ্বর মহাক্কী ব্রাখলদা সংসার অসি লায়না থাদোকপা ঙমগনি। মরম অসিননি মীওইবগী পুক্নিগী অরোইবা শরুক্তা ঈশ্বর নীংবা তম্মু হায়রিবসি।

ঈশ্বর হায়বসি শক্তম অমগী মওং মতৌগুম্না হায়বদি ফোর্ম অমা ওইনা লৈবরা নৎত্রগা লৈতব্রা হায়বগী ব্রাহংদা হোলি লাইরিক্লা অসুম্না পাউখুম পীরি মদুদি নহাক্লা নিংজবা ঈশ্বর অদুদা তৎপা লৈতনা প্রেয়ার তৌজৌ, খুরুমজৌ। নহাক্লা অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসি প্রেয়ার তৌবা মতমদা শীজিন্নবা য়াই। "হো তাইবঙ শেম্বা মপু ঈশ্বর! নহাক্কী শক্তম অদু লৈরিবরা নৎত্রগা লৈতবরা হায়বদু ঐহাক্লা খঙজবা ঙমজদ্রে। ঈশ্বর নহাক্কী মওং মতৌ লৈরগসু লৈত্রগসু, ঈশ্বর

নহাক্কী থৌজাল হৈবা কৃপা, ঙাকপীহৈবা, অন্না- অনাদগী কনবীবা ঙম্বা থৌজাল অদু ঐঙোন্দা পীনবিয়ু। ঈশ্বর নহাক্কী থৌজাল ফংলবা মতুংদা ঐহাক্সু ঈশ্বরগী থৌজাল অদু মীওইবদা অমুক হন্না পীবা ঙমজগে।" অসিগুম্বা ঈশ্বরগী ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নদুনা তোয়না তোয়না ঈশ্বরবু খুরুমজরগদি ঈশ্বরগী থৌজাল হৈবা ৱাখল, ঈশ্বরগী থৌজাল হৈবা ৱাঙাঙ, ঈশ্বরগী থৌজাল হৈবা থবক অদু শোইদনা ঐখোয়দা চংলক্কনি। অশেংবা ঈশ্বরগী মওং মতৌ নেচর অদু ঈশ্বরবু থাজদুনা খুরুমজরিবা মী অদুদা চংলক্কনি। শম্মা হায়রবদা ঈশ্বরগী ৱাখল, ঈশ্বরগী ৱাঙাঙ, ঈশ্বরগী থবকশিং অদু মী অদুগী ৱাখলদা ৱাঙাঙদা, থবক্তা চপ মান্ননা সিষ্টেম অমা ওইনা লৈরক্কনি। ঈশ্বর হায়বদুদি মপালদা লৈবা শক্তম নত্তে। ঈশ্বরদি মীওইবগী ৱাখলদা হকচাংদা কলচর তৌগদবনি। ঐখোয়গী ৱাখল, ঐখোয়গী হকচাং অসি ঈশ্বরগী ৱাখল হকচাংগা মান্নখ্রগদি ঐখোয় ঈশ্বরগা চপ মান্নরে হায়বা য়ারে। ঐখোয় মীওইবগী অচুম্বা লম্বী হায়বদি ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎলিবা মখৈদি খুদোংথিবা অমত্তা থেংনরোই। মসিগী অর্থদি পোকপা শিবগী অন্না- অনা লৈতে। য়াম্না লুরিবদি মীওইবনা অচুম্বা লম্বী ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা ঙমদবা অসিনি। অরানবা লম্বীদা হেক্তা চৎপা অসিনি। মায়া সংসার অসিনা ঐখোয়গী ইন্দ্রি মঙা মীৎ, নাকোং, হকচাংবু অরানবা লম্বীদা হেক্তা পুই। স্পিরিচুয়েল লাইফকী লাইরিক/পারা ইবা মতমদা হকচাং বোডিগী অপাম্বা অমদি থৱায়গী সেল্ফকী অপাম্বা তোয়না তোয়না পল্লি। হকচাং বোডিগী অপাম্বদি মায়াগী পোৎশকশিংনি, গুণ অহুমগী লমচৎ- শাজৎনি। অদুগা থৱায়গী সেল্ফকী অপাম্বদি অচুম্বনি অশেংবনি। শম্মা হেক হায়রবদা হকচাং বোডিগী অপাম্বদি অরানবনি, শেংদবনি।

ঐখোয়না মায়াগী হকচাং অসি অরানবনি শেংদবনি হায়রগদি মায়াগী হকচাং বোডি অসি থিনা ফত্তনা তুকৎচনা থমসিরা? মায়াগী হকচাং থিনা তুকৎচনা থম্বা য়াদে মরমদি মায়াগী হকচাং বোডি লৈবনা অচুম্বা অশেংবা থৱায় আত্মা অমা লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অরানবা লৈবনা অচুম্বা খঙবা ঙম্মী, অমোৎপা লৈবনা অশেংবা খঙবা ঙম্মী, অমম্বা লৈবনা অঙানবা খঙবা ঙম্মী হায়বা অদুগুম্বনি। অচুম্বা অশেংবা থৱায় অমা লৈ হায়বগী খুদম অমা নৈনবা য়াই মদুদি মায়াগী হকচাং বোডিনা ফত্তবা য়াম্না তৌনিংঙি। খুদম খরদি নিশা য়াম্না চানিংঙি, হুরান্নিংঙি, নুপী ময়াম অমা লোনবা, মী ফুবা- হাৎপা তুপ্পা অসিনচিংবা। হায়রিবশিং অসি তৌবদা মতম খরগীদি হকচাংনা নুংঙাইবা

য়াই অদুবু অরোইবা মতমদদি তৌরিবা ফত্তবগী মহৈ অদু হকচাংদা শোইদনা ফংগনি হায়বদি হকচাংদা লাইথুং পকপা য়াই নৎত্রগা হকচাংদা অৱাবা খাংঙমদবা চৈথেং ৱো অমা পীরক্কনি। মতম অদুদা ঐনা ঐগী অচুম্বা থৱায় নিংশিংলক্কনি। অসুম্নসু শোল্লকপসু য়াই মদুদি ঐগী থৱায় অমুক্তংদি হিংহনবীয়ু হায়না। অরানবনা মপানদা লৈ অদুগা অচুম্বনা মনুংদা লৈ। থৱায় অচুম্বনা হকচাংগী মনুংদা লৈ। হকচাংগী অপাম্বা হেক্তা তৌবা য়াদে। থৱায়গী অপাম্বা অদু খল্লবা মতুংদা হকচাংনা পাঙথোক্লগদি ডিভাইন লাইফ ওইরে। স্বামী বীবেকানন্দানা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি হকচাংগী কাহেনবা অপাম্বা তৌবা অসি সব- কন্সিয়স মাইন্দননি হায়বদি জ্ঞান য়াওদবা, শা- ঙাগী মওং মতৌনি, ইন্সটিঙ্কনি। হকচাংগী অপাম্বা অদু ৱাখল খল্লগা চুম্বা চুমদবরা খজিক্তং খল্লগা ইংলিসতা হায়রগনা রিজন তৌরগা থবক তৌবা অদুনা কন্সিয়স মাইন্দননি মসিগী মওংদি জ্ঞান খরা য়াওই, মীওইবগী চৎন- লোনচৎকী মওং মতৌনি। অদুগা থৱায়গী অপাম্বা পাঙথোকপা অদুনা সুপর কন্সিয়স মাইন্দননি। মসিদি অচুম্বগী ঈশ্বরগী ৱাখলগা চপ মান্নরে হায়বদি অচুম্বা অশেংবা পুরা খঙলে। ঐখোয়দা সুপর কন্সিয়স মাইন্দ থম্নবা ঐখোয়না ঈশ্বরদা অসুম্না খুরুমজবা হায়জবা য়াই। হে ঈশ্বর তাইবঙ শেম্বা মপু! মতম লৈবা খিবিক্তা ঐখোয়বু লমজিংবিয়ুকো, শেংদবা মরক্তা অশেংবা তাকপীয়ু, অরানবা মরক্তা অচুম্বা তাকপীয়ু, অমম্বা মরক্তা অঙানবা তাকপীয়ু, অশীবা মরক্তা অহিংবা শিদবা হায়বদু তাকপীবু, মতম পুম্বদা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বীদা পুবীয়ু, মতম পুম্বদা ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবীয়ু, মায়াগী অরানবা লম্বীদা চৎখিদনবা, নচা ঐখোয়দা খাংবা কনবগী থৌনা পীবিয়ু, শান্তি পীনবিয়ু, হে ঈশ্বর নহাক্কী মঙাল ঐখোয়না ফংজরগদি অমম্বা লৈররোই। ঈশ্বর নহাক্কী নুমিৎকী মঙান্দা অমম্বা লৈচিন্না কয়াম কুইনা লৈগনি । ঈশ্বর নহাক্কী জ্ঞান অদু ফংজরগদি ঐখোয়গী অপংবা অরানবা শেংদবা জ্ঞান অদু মাঙখিগনি। অসুম্না ঐখোয় ইশানা শেমজ- শাজরগা ঈশ্বরগী রাইম/ঈশ্বরগী শৈরেং অসি শকচ- শোঞ্জরগদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী পাঙ্গল, ঈশ্বরগী থৌনা অদু ফংবা ঙম্মী।।

***************

**'The Secret of religion is not in theories but in practice"**
**- Scripture -**

# Chapter -7

## থৱায়গী ওইবা পুন্সি

স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইবা মীগী মগুন্দি অশেংবা অচুম্বা অমা ওইবা তাই হায়বদি মতম পুম্বদা মশাগী ইন্দ্রি খুদুম চনবা তাই। ৱাখলদা টেম্পটেসন, শয়তান ফনা য়াম্না চঙলক্তুনসু ইন্দ্রিবু খুদুম চনথ্রবদি অৱাবা নোরোক্তা তাবা ঙমদে। ইন্দ্রি খুদুম চনবা মরম্না মতম মতমগী নৎত্রগা মতম পুম্বগী পুন্সিগী ওইবা লষ্ট কামগী ৱাখল, ৱাঙাঙ থবকশিং থাদোকপা ঙম্বী। ইন্দ্রি খুদুম চনবা মীনা মহাক্কী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ-শঙাঙদা মোত্তবা ঙম্মী অমসুং হৌন-লোনচৎ খঙবা ঙম্মী। য়াম্না কে-মৌবা লকজরিবা পামদে। হোলি লাইরিক্তা হায়নবা অমা লৈ মদুদি নহাক্না ফত্তবা চুমদবা থবক অমা তৌরবা মতুংদা মদুগী মহৈ ফত্তবা অদু নহাক্না শোইদনা ফংগনি হায়বদি নশাদা অনাবা খাংঙমদবা অমা নৎত্রগা ৱাখলদা পোত্থাবা ঙমদবা অমা শোইদনা লাক্কনি। মসি ঈশ্বরনা নঙোন্দা অরানবা তৌরুবগী দন্দি পীবনি। ঈশ্বরগী দন্দি অসিনা নহাক্না অমুক হন্না অরানবা তৌদনবা ৱারক ৱাতেম্বগুম্বনি। ঈশ্বরগী দন্দি অসিনা নহাক্কী ৱাখল ৱাঙাঙ থবকশিং অদু শেংদোক্লবা মতম পীবনি অমসুং শেংদোকপগী থৌনা অদুসু পীবনি। হায়রিবা মতম অসিদা নহাক্কী জ্ঞান কোন্সিয়স ওইদদুনা মখা তানা অরানবা চুমদবা অমুক হন্না তৌরগদি নহাক অৱাবদা নোরোক্তা তাগনি। নোরোক্কী লম্বীদি অশিবগী লম্বীনি, চিন্তা পুবা অশিবগী য়ুমনি। মরম অসিনা নুপা-নুপী খুদিংমক অশেংবা চেষ্টিটি ওইয়ু হায়বনি। শেংদবা অমোৎপা

ওইরুরগসু মতম লৈরিঙৈদা শেংদোক্লুনা চুমথোক্লুনা অশেংবা চেষ্টিটি লোমদা চঙশিল্লু। সেক্সুয়েল পিউরিটি ওইয়ু। হকচাংগী লমচৎ- শাজৎ, ৱাঙাঙ- শাঙাং থবক খুদিংমক অশেংবা অচুম্বা ওইয়ু। স্পিপরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইবা মী খরদি লুহোংদনা পুন্সি লেল্লি। সন্যাসি মোঙ্ক অমা ওইনা লৈ। লুহোংবা মীসু মতম লৈরিঙৈদা ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা থাদোক্লুনা স্পিপরিচুয়েল লাইফ চংবা য়াই। স্পিপরিচুয়েল লাইফ হায়বসি আত্মাগা মরী লৈনবা পুন্সি মরেলনি হায়বদি থৱায়গী ওইবা পুন্সি মরেলনি। মসিদা ৱার্ল্ডলিনেস ওইবগী ৱাখল অমত্তা য়াওদে। থৱায়গী মরী লৈনবা ওইবনা হায়রিবা পুন্সি মরেল অসিদা নীংতম্বা ফংঙি। কনাগীসু ৱারুদে, কনাগীসু মীখা পোন্দে। শম্না হায়রবদা অচুম্বা থাজবা, ঈশ্বরবু থাজবা ভক্তগী পুন্সি মরেলনি। ভক্তগী পুন্সি মরেল য়ৌরগদি স্পিপরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইরে। মতাং অসিদা হায়নবা অমসু লৈ মদুদি ঈশ্বরবু থাজদুনা নিংজবা ভক্তা অদুদি মনিং তম্বী অদুগা লাইশঙ শেন্নবা, লাইগী শিনবা লাংবা কাঙবুদি থবক চিল্লি মনিং তম্বা ইফং ফংদে হায়। মীওইবগী পুন্সিদা অফা- অপুন লৈরবা, মনিং তমদ্রবা বোন্দেজ লৈরগদি স্পিপরিচুয়েল লাইফ ওইদে। মতাং অসিদা খঙবা য়াবা অমদি ঐখোয়গী তৌরিবা থবক অসিনা ঐখোয়বু নীংতম্বা পীগদৌরিবরা নৎত্রগা বোন্দেজ পীগদৌরিবরা? ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক অদু মনিং তম্বগী থবক্লা নৎত্রগা অফা- অপুন বোন্দেজগী থবক্লা হায়বদু খঙদোকপা অমদি দরকার য়াম্না ওই। শম্না হায়রবদা ঐনা তৌরিবা থবক্লা ঐবু নিংতম্বা পীগনি। নিংতম্বা ফংবা য়াবা, থৱায়গা মরী লৈনবা থবক ঙাক্তা পাঙথোকউ হায়বনি। মায়াগী থবক ঙাক্তা পাঙথোক্লগদি পুন্সিদা অফা- অপুন বোন্দেজ ঙাক্তা থেংনগনি। মীওইবগী পুন্সিদা থবক্কী থবক ঙাক্তেনি। মনিংতম্বা ফংবা থবক পাঙথোকপা তাই মসিনা পুন্সিগী অৱা- অনা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙম্মী।

লাইনিংবা, ঈশ্বর থাজবা মীনা সংসার অসিদা অচৌ- অচৌবা থবক ময়াম অমা তৌরুবগী দরকার য়াম্না ওইদে হায়রি। থবক য়াম্না তৌরুবগীসু কান্নবা ইরৈ লৈতে হায়রি। মপানথোংগী থবক য়াম্না তৌরুবনা হকচাংদা ৱাখন্দা পোত্থাফম খঙহন্দে। ঈশ্বর থাজবা মীদি লো ওফ নেচর মুন্না খঙবা মরমনা সংসার অসিদা তৌগদবা থবক অদুতং তৌই। মীওইবনা তৌগদবা থবক্তি

মীওইবগী ইথিক্স ঙাক্না চৎপা, অচুম্বা মোরেন ঙাক্না চৎপা, মশাগী ফিদম্মফম আইডিয়েল অমগী মখাদা চৎপা অদুখক্তনি। ইথিক্স ঙাক্না চৎপা, মোরেল লৈবা, আইডিয়েল অমগী মখাদা চৎপা ঙম্বা অসি মশা মথন্তগীনি, সেল্ফকিনি। হায়রিবশিং অসি নশাগী সেল্ফকী মপালদা পাঙথোকপা নত্তে। করিগুম্বা কা দা ঐখোয়গী ৱাখলদা ফত্তবা টেম্পটেসন, শয়তানগী ৱাখল খল্লকপা মতুংদা ফত্তবগী ৱাখল অদু হকচাংনা পাঙথোকপদগী ফত্তবা হায়বদু ওইরকই। টেম্পটেসন শয়তানগী ফত্তবা ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লিংদা থিংহৌরগদি ফত্তবা ওইদ্রে। মরম অসিনা টেম্পটেসন শয়তানগী ফত্তবা ৱাখল অদু হকচাংদা চঙহন্দবা, ঙাঙথোকপা, থিংবনা হেন্না মরু ওই। মতম পুম্বদা অফবা ৱাখল খল্লু, অফবা থবক তৌ হায়বদুনি।

হোলি লাইরিক্তা গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি অচুম্বা থবক, অরানবা থবক অনি অসি খঙদোক্কে হায়রগদি নহাক্না তৌরিবা থবক অদুগী মতুংদা ফংলকপা ফল মহৈ অদুনা খঙবা ঙমগনি। মী অমনা হৌজিক হৌজিক ৱাখল শান্তি লৈনা হিংলিবা অদু মহাক্না হৌখিবা মমাংদা অচুম্বা অশেংবা থবক তৌখিবদগীনি। অদুগা কনাগুম্বা অমনা ৱাখল শান্তি লৈতনা অৱাবা- চিন্তা পুদুনা হৌজিক হিংলিবা অদু মহাক্না হৌখিবা মমাংদা অরানবা শেংদবা থবক তৌখিবদগীনি। মসিনা তাকপদি হৌখিবদা তৌখিবা থবক্না হৌজিক্কী ফীভম পুরকপনি। হৌজিক্কী ফিভম অসি খঙলগা হৌজিক্কী ওইবদা অফবা অচুম্বা থবক তৌরগদি তুংদা লাক্কদবা ফিভম অদু অফবা অচুম্বা শান্তি শোয়দনা ওইগনি। হৌজিক্কী ওইবদা অফবা থবক তৌরগদি মতুং তারকপগী ৱানিংঙাই করিসু লৈতে। মতাং অসিদা স্বামী বীবেকানন্দনা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি নহাক্কনা ৱারিবা চিন্তা পুরিবা অদু নহাক্না শেমজবা ঙাক্তনি অদুগা নহাক্না নুংঙাইনা শান্তি ওইনা পাল্লিবা অদুসু নহাক্না শেমজবা ঙাক্তনি। অৱাবা নুংঙাইবা ফংলিবা খুদিংমক নহাক্না কুপ্না য়েংশিল্লু এনালাইজ তৌ মদুগী মরম নহাক্না খঙগনি।

**************

**"No great things were ever done without great labour"**
**- Scripture -**

## Chapter -8

# ধর্ম্ম চেনবা মী

হোলি লাইরিক্তা হায়বা অমা লৈ মদুদি ধর্ম্মগী গুণ চেনবা মীদি স্পিরিচুয়েল লাইফকা মরী লৈনৈ। স্পিরিচুয়েল লাইফকী লম্বীদা/থৱায়গী অপাম্বা লম্বীদা চৎলিবা মখৈদি পুন্সি শাংনা হিংবগী লম্বীসু ওই অদুগা নুংঙাইবা অনন্দা ব্লিস ফংবগীসু ওই। সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবা অসি মহাক- মহাক্কী নেচর লমচৎ- শাজৎ মওং মতৌগী মতুং ইন্না মখল অনী থোক্লা খাইদোকই। অহানবগী মীওইবা অসিনা মশাগী ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা সেন্স প্লেজর পাম্মী। মশাগী ওইজবা থি, শুরু- নোম্লুবা খুদিংমক মশাগী নুংঙাইনবতা হোৎনজৈ। শম্মা হায়রবদা ৱার্ল্ডলিনেস ওই হায়বনি। অসিগুম্বা মীওই অসিদদি ধর্ম্ম চেনবগী মগুন থোইদোক্লা ফংলোই। অনিশুবগী মীওই মখল অসিদদি মশাগী সেন্স প্লেজর অমত্তা পামদে। শুরুনোম্লিবগী মহে অদু ট্যাগ তৌবা হায়বদি কখোকপা ঙম্মী। থৱায়গী ওইবা চীঞ্জাকতমক চারগা অয়াম্বদি কখোকপা ঙম্মী। তৌগদবা থবক, তৌরোইদবা থবকসু খঙদোকপা ঙম্মী। অপাম্বা লৈতনা রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙম্মী। ট্যাগ তৌবা, রিনন্সিয়েসন তৌবা, ৱাখলবু পিয়ুরিফিকেসন তৌবা ঙম্বা মরম্লা ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইবা ঙম্মী। ধর্ম্ম চেনবা মী অমা হায়রগদি মী অদুনা রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙম্বা অদুনি অদুগা মী অমনা কয়াম য়াম্লা ধর্ম্ম চেল্লি খঙগে হায়রগদি মী অদুনা কয়াম য়াম্লা রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙম্বগে হায়বদুদা লেপকনি। হায়নবা

অমা লৈ মদুদি সনা- গোল্ড অসি মৈদা হন্না হন্না ইক্লবা মতুংদা অশেংবা লংত্রিক লংবা সনা ওল্লি। অসিগুম্না ঐখোয়গী থৱায়গী মপালদা লৈরিবা অমোৎপশিং অদু রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙম্লগদি অমকপা লৈতবা অশেংবা থৱায় অমা ওইনা থম্বা ঙম্মী। রিনন্সিয়েসনগী প্রোসেসখক্তনা ৱাখল হকচাংবু শেংনা থম্বা ঙম্মী অমসুং ৱাখল শান্তি থম্বসু ঙম্মী। হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি নহাক্লা নহাক্কী থৱায় সেল্ফ পুরা খঙগে হায়রগদি নহাক্লা নহাক্কী পুন্সিদা কয়াম য়াম্না রিনন্সিসেন তৌবা ঙম্বা অদুদা লেপকনি।

ঐখোয়না খঙজিনগদবা অমনা মীওইবা খুদিংমক মায়া সংসার অসিদা হিংলিবনি, ৱার্ল্ডলিনেস ওইরিবনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী হকচাং ৱাখলদা মায়াগী পোৎশক খরদি চঙদবা য়ারোই। মসিগী অর্থদি ঐখোয়না মায়াগী থবক খরদি অদুমক সংসার অসিদা তৌই। মায়া হায়বদি অরানবনি, শেংদবনি। মায়াগী থবক ঙাক্তা তৌরগদি ঐখোয় থুনা শিবা তাবনি। ঐখোয়গী হকচাং ৱাখল ৱাঙাঙ থবক খুদিংমক মায়ানা য়োমশিনখ্রগদি ঐখোয় থুনা শি। মসিবু ডিভাইন মায়াগী শক্তিনা মীবু হাৎপা কৌই।

হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি মায়া সংসারদা ঐখোয়না হিংঙগসু মায়াগী পোৎশকশিং কয়া পামগনু হায়বনি। ডিভাইন মায়াগী খুদম অমা পীরি মদুদি হি হায়বসি ঐখোয়না পাৎ, তুরেল, ঈশিং মথক্তা হোন্দুনা ঙা ফাবা, থম্বাল থাংজিং হেকপদা শীজিন্নে। হিনা মতম অয়াম্বদা মায়াগী ঈশিংদা তাউদুনা লৈ । হি মনুংদা মায়াগী ঈশিং খরদি লৈ, য়াওই। ময়াগী ঈশিংনা হি মনুংদা পুরা চঙলগদি হি অদু লুপথখিগনি। মসিগা চপ মান্নবা থম্বাল থরোনা মায়াগী ঈশিং মথক্তা থম্বাল শাৎলি। মায়াগী ঈশিং য়াওদনা থম্বাল শাৎপদি ঙম্লোই। অদুবু মায়াগী ঈশিংদা থম্বাল অদু লুপশিনখ্রগদি থম্বাল অদু পুমদুনা শি। মসিনা তাকপদি ঐখোয়না মায়া সংসার অসিদা হিংলগসু মায়া সংসারনা ঐখোয়বু পুরা কুপশিনবা ঙমহল্লোইদবনি।

মীওইবগী নোলেজ জ্ঞান কয়াম য়াম্না লৈবগে হায়বগী মতাংদা রামকৃষ্ণনা হায়রম্বা অমা লৈ মদদি মী অমনা মাগী অপাম্বা এটেচমেন্ট অদু ৱার্ল্ড সংসার অসিদা য়াম্না থম্লগদি মাগী জ্ঞান নোলেজ অদু খজিক্কা ওইগনি। অদুগা অতোপ্পা মী অমনা মাগী অপাম্বা এটেচমেন্ট অদু সংসার অসিদা খজিক্কা থম্লগদি মাগী জ্ঞান নোলেজ অদু য়াম্না লৈবা ওইগনি।

স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইবা মী খুদিংমক ধর্ম্ম চেল্লি, ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক স্পিরিচুয়েল ওই। ধর্ম্মগী গুণ চেনবা মী করম্না ওইগনি হায়বগী মতাংদা স্বামী ভিবেকানন্দনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি ১) মী খুদিংমক ঈশ্বরগী গুণ চেনবা ঙম্মী, মসি প্রাক্টিসকী মখা পোল্লী। মশা মশানা ঈশ্বরগী গুণ অদুদি কলচব তৌবা তাই। ২) মীওইবগী মপুং ফাবা পুন্সি অমা লেনগে হায়রগদি নেচরনা মায়ানা পীরকপা শাফু ফোর্স অনী থিংবা তাই। অহানবা শাফুদি মপানগী মায়াগী ওইবা কল্লক মীহৌবা পোকপা পোৎশক্কা পিরকপা টেম্পটেসন অদু থিংবা তাই। অনিশুবা শাফুনা হকচাং মনুংদগী থোরকপা ফত্তবা টেমপটেসন শয়তানগী ৱাখল অদু থিংদুনা থবক ওইনা পাংথোক্কনবা হোৎনবা তাই। ৩) থবক তৌবা কর্ম্মা, লাইনিংবা ভক্তি, পুক্নিং জ্ঞান তাবা ফিলোসোফি অমসুং ৱাখলগী নৎত্রগা থৱ ায়গী শক্তি শীজিন্নবা সাইকিক মরি অসি য়াম্না দরকার ওই । ৪) ঐখোয়গী ইশা অসি লাইশঙ অমা ওইনা থম্বা তাই হায়বদি অশেংবা অচুম্বা চৎপা তাই। থৱায় সেল্ফনা অহানবনি । মপানগী লাইশঙ টেম্পল, চর্চ, মসজিদ হায়বসিদি অনীশুবনি।

স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইনা পুন্সি লেনবা পাম্বা মীনা হোলিগী লাইরিক য়াম্না পাদ্রগসু, ব্রহ্মচারি ওইবা মী অমগা মরুপ ওইনা তিন্নরগা লায়না স্পিরিচুয়েল চংবা য়াই। ব্রহ্মাচারি অমগী মগুন খরা শম্নপ্না নৈনবা য়াই মদুদি নুপা নৎত্রগা নুপী অমনা য়াম্না শেংনা হিংজবা, যুম্বাল কৈবানবগী লম্বী থাদোক্তুনা শান্তি ওইনা তুমিন্না চিক্না পুন্সি লেনবা অদুবু ব্রহ্মাচারি/ব্রহ্মাকুমারি হায়না কৌই। য়ুমপানবগী লম্বী থাদোকপা অদুবু ইংলিসতা হায়রগা চেষ্টিটি নৎত্রগা সেলিবেট লাইফ হায়নসু কৌই। ব্রহ্মাচারি অমনা মনিংতম্না হিংবা ঙম্মী, কনাগীসু ৱাদে, কনাগীসু মীখা পোন্দে, মীগী মতেং লৌদে, মীগী মতেংসু নিদে। মীঙোন্দা অঙম্বা

মতেং পাংঙি, ঙমদবা মতেংদি পাংবা ঙমদে। ব্রহ্মাচারি অমনা মিংচৎকীদমক থবক অমত্তা তৌদে, ইকায় খুম্নবীবা অমদি থাগৎপীবা অমত্তা পামদে। নুংশিবা মরুপ, য়েক্লবা মরুপ হায়না খায়দোকপা অমত্তা লৈতে। পেন্থোকপা ঙম্বা মরম্না শেন্দোং তানবা এন্টরপ্রাইজেস অমত্তা পামদে।

ব্রহ্মাচারি অমনা পাপ অমত্তা সংসার অসিদা তৌরুদে অমদি পাপ অমত্তবু চারুদে। থরায়গী ওইবা চীঞ্জাক চাদুনা থরায়গী ওইবা থবক তৌই। হকচাং বোডিগী অপাম্বশিং থবক ওইনা তৌদে। মীচং- শঙ্গ চাউদে। মতম লৈবা খিবিক্তা মতোমতা লৈনবা হোৎনৈ। য়েক্লবা মরুপ খুদিংমক তিন্নবা- চান্নবা মরুপশিংদগী ওল্লকই। লোজ ওফ নেচর মুন্না খঙঙি। মাগী পুন্সিগী পান্দমদি সংসার অসিবু মশাগী ওইনা শেংনা থম্বা পাম্বনি। অমারোমদা হায়রগদি ব্রহ্মাচারি হায়বসি মিৎনা উবা ঈশ্বর অমগুম্বনি।

বেদনা অসুম্না হায় - ব্রহ্মাচারিয়া চৎপা মী অমা হায়বসি শাক্তি য়াম্না লৈ। মহাক্না শিববু জয় তৌবা ঙম্মী, শিবগী অরা- অনা লৈতে, পোকপা- শিবা হায়বসি লৈতবনি হায়না খল্লি। ব্রহ্মাচারি অমনা মহাক্কী সেন্স ইন্দ্রি খুদুম চনবা মরম্না রাখলদা, রাঙাঙদা, থবক্তা অচুম্বা তৌবা ঙম্মী।

ঋষিশিংনা অসুম্না হায় - মী অমনা ব্রহ্মাচারিয়া সিষ্টেম খরমখৈ ফাওবা চৎপা ঙমদ্রগদি মপুন্সি তেনগনি, থৌনা লৈরোই, মিংচৎ লৈরোই, জ্ঞান লৈরোই, মশক ফজরোই অমসি অশেংবা পুন্য লৈরোই। য়ুমপানবা মীসু পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা ব্রহ্মাচারি সিষ্টেমদা চংশিল্লু হায়বনি।

**************

**"Expansion is life; contraction is death."**
***- Swami Vivekananda -***

## Chapter -9

# মোদরেট লাইফ ষ্টাইল

স্পিরিচুয়েল লাইফ পান্বা মীনা মোদরেট লাইফ ষ্টাইল অমা ওইনা হিংবা দরকার ওই। মোদরেট লাইফ ষ্টাইল হায়বসি ইংলিসকী ৱাহৈ, অসিগী অর্থদি মীওইবনা সংসার অসিদা হিংবদা কাহেন্দবা অদুগা অৱাৎপসু কয়া লৈতবা শম্না হায়রবদা ময়াই ওইবা হিংবা হায়বনি। ঈশ্বরনা হায়বা ৱাহৈ অমা লৈ মদুদি " নহাক্না চম্না হিংঙগদি সংসার অসিদা লায়রবা অৱাৎপা অমত্তা লৈরোই। মসিগী খুদম অমা পীরি মদুদি উচেক- ৱাইয়াশিংনা মখোয়গী হয়েং হাংচিৎকী ওইবা মচীঞ্জাক্কীদমক ৱাবরা ? হৌরিবা পাল্লিবা উহৈ- ৱাহৈ খুদিংমক চাবা লোইদনা পৎখিবা ঙাক্তনি। সংসার অসিদা থৱায়না হিংবগীদি অৱাৎপা করিমত্তা লৈতে। মসি পৃথিবী ইমানা মচাশিংগীদমক্তা মীওইবদা পীরম্লবা দিভাইনগী খুদোল অমনি"। মী অমনা মচা- মশু য়াম্না পোক্লগদি লায়রবা হায়বদু মায়োক্লে। শেল পায়বা, ইনাকখুনবা মী অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা শুবা- নোম্বা কনবা হায়বদু মায়োক্লে। মসিনা তাকপদি ইনাক খুনবা লায়রবা অনীমক মীওইবনা শেম্বা ঙাক্তনি, ইনাকখুনবা লৈরিবমখৈ লায়রবা লৈগনি। মীওইবগী ৱাৎত- পাদনা লৈনবগীদমক্তা শুবা নোম্বা হায়বদুদি দরকার ওই। অদুবু কাহেন্না লনথুম তানশিন্দুনা ইনাকখুনবা ওইরবা মদুগী মতুংদা মশাদা টেম্পটেসন লাক্লুনা নাপল কারক্লুনা অরানবা চুমদবা লম্বীদা চংখিবা ইনাকখুনবা মীওই কয়া লৈরিবনি অমসুং অৱা অনা তাখিবসু কয়ানি।

ধর্ম্ম চেনবা মীনা হায়নবা অচুম্বা অমা লৈ মদুদি পৃথিবীদা মেটরিয়েলগী পুন্সি মরেলনা ওইহল্লকপা খুদোংথিবা কয়া অসি কোক্লবগীদমক মী খুদিংমক্কা মোদরেট লাইফ ষ্টাইল অমাওইনা হিংবা দরকার ওইরে। নুপী থিবসু অমাখক্তা থিবা, থিদ্রগসু য়াবা, ইচা-ইসুশু অমা-অনীদা লৈবা, লন-থুমসু দরকার ওইবা খক্তা তানবা ফিজেৎ-চাকচা অমদি হিরম খুদিংমক্তা ময়াই ওইবা, কা হেন্দবা, লকজরি কাহেন্না পামদবা অমদি সেক্স প্লেজরসু কা হেন্না পামদবা হায়বনি। মী অমনা মোদরেট লাইফ ষ্টাইল, সোভর লাইফ ষ্টাইলদা হিংবা হৌরক্লবদি শান্তিগী মীনুংশিগী সেলভেসনগী লম্বীদা চংবা হৌরক্লবনি। হিন্দুগী ব্রাহৈদা যোগী অমা ওইনা হায়বা অসিসু মোদরেট লাইফ ষ্টাইলগা চপ মান্নে।

ঐখোয়না ব্রার্ল্ড সংসার অসিদা হিংঙগসু, সংসারদা লৈরিবা পোৎশকশিংদা কা হেনবা অপাম্বা থমগনু হায়বনি। কা হেনবা অপাম্বা থম্বগী খুদম খরদি মীংচৎ, রিব্রার্দ য়াম্না পাম্বা, কা হেনবা লনথুম পাম্বা, ইন্দ্রিগী লষ্ট পাম্বা, অউ-অউবা পাম্বা অমদি ঐদি তৌবা ঙম্মী হায়বগী নাপল কাবা অসিনচংবনি। হায়রিবা সংসারগী ওইবা কা হেনবা অপাম্বশিং অসি ঐখোয়গী হকচাং ব্রাখলদা লৈরিবমখৈদি স্পিরিচুয়েল লাইফতা চংবা য়ারোই। ঐখোয়গী অপাম্বশিং অদু ঐখোয়গী হকচাংনা ফংলগসু কুইনা লৈবা ঙমদে হেক্তা চৎখি হেক্তা মাংখি। মসিগী অর্থদি অপাম্বা অমগী মতুংদা হেন্না পাম্বা অমা হেক্তা লাকই। অপাম্বা লোইবা নাইদে। অপাম্বদি হেন্না হেন্না পাম্লকই। অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম্বনি। মীওইবা খুদিংমক সংসার অসিদা অপাম্বা লোইনা লৈগনি অদুবু অপাম্বা অদু থাদোকপা ঙম্বা হায়বদি টিয়াগ তৌবা, রিনুনসিয়েসন তৌবা ঙম্বগী থৌনা লৈয়ু হায়বনি। সংসারগী অপাম্বা অদু থাদোকপা ঙমদ্রগদি চিন্তা পুগনি, ব্রাগনি। য়াম্না ঙকপা অমদি মীওইবা খুদিংমক শিরমদাই মতমদা থব্রায়না সেল্ফনা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা মীৎতাবা অপাম্বা অদু থাদোকপা ঙমহল্লি। মীওইবনা অহল ওইরকপা মতমদা ঈশ্বরবু থাজৌ, অচুম্ববু থাজৌ, সংসারগী ওইনা অপাম্বা পোকপশিং থাদোকউ। মসিনা শিববু জয় তৌবা ঙমগনি হায়বদি শিবগী অব্রা অনা লৈরোই।

হোলি লাইরিক্লা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি মীওইবনা অমগা অমগা খৎন-চৈনরিবা অসি মীওইবগী ইন্দ্রিগী সেন্সকী অপাম্বদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়না য়াম্না পামজবা পোৎশক অমা ফংনবা হোৎনরকপা মতমদা অপাম্বা অদু ফংবা ঙম্লক্তগদি অশাওবা অমদি খৎন-চৈনবা থোক্লককই। শম্না হায়রবদা অপাম্বা অনীংবা অদু থুংলক্তবদি অশাওবা খৎন-চৈনবা থোক্লককই। অপাম্বা অসি চাওরাক্লা অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি অহানবদা হকচাং ইন্দ্রিগী সেন্সকী নুংঙাইবা পাম্বা অদুগা অনীশুবনা সংসারদা লৈরিবা পোৎশকশিংদা মীৎতাবা কল্লক-মীহৌবা পোকপা অসিনি। মীওইবগী কা হেনবা অপাম্বা থম্বা অসিনা অৱা-অনা লাক্লবগী মচাক ওইহল্লি। শম্না হায়রবদা অৱা-অনাগী হৌরকফমদি অপাম্বদগীনি। অমরোমদা চম্না হিংবা, ইন্দ্রি সেন্স কন্ট্রোল তৌবা, লমচৎ-শাজৎতা চেষ্টিটি ওইবা, ৱাখল অমদি হকচাংবু প্যুরিটি ওইনা থম্বগী অপাম্বদি অচুম্বগী খুদম অমনি। হায়রিবা অপাম্বা অসিদদি অৱা-অনাগী হৌরকফম ওইদে। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্লা হায়রম্বা অমা লৈ মদদি মী অমনা হকচাং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অমত্তা পামদ্রবা অমদি সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা মীৎতাবা অমত্তা লৈত্রবা মী অদুদি মাষ্টর ওফ দি নেচর কৌই। হায়বদি প্রকৃতিগী নেচরগী নিয়ম মুন্না খঙবা ওজা অমা কৌই ।

অদুগা অমরোমদা ইন্দ্রিগী সেন্সকী নুংঙাইবা য়াম্না পাম্বা অমদি সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা মীৎতাবা, য়াম্না কল্লক মীহৌবা পোকপা মী অদুদি ঈশ্বরগী য়েক্লবনি। শম্না হায়রবদা ৱার্ল্ডলি ফ্রেন্দ ওইবা মী অদু ঈশ্বরগী য়েক্লবনি। গোডস এনিমি নম্বর ৱাননি।

ঐখোয়না স্পিরিচুয়েল ওইনা পুন্সি লেলগে হায়রগদি যীশু খৃষ্ট অমদি গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্বা মুরুওইবা কোটেসন অনী অসি খঙজিনবা দরকার ওই। যীশু খৃষ্টনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি ৱার্ল্ড সংসার অসি মীওইবা ঐখোয়গী মতম খরগী চহি খরগী মতমনি, ট্রান্সিসন পেরিয়োদনি। পার্মেনেন্ট ওইবা মফম নত্তে। খুদম ময়াম অমা ঐখোয়না উরি খঙলি। খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙগদবদি মীওই খরনা সংসার অসিদা লাক্লগা মাই পাকখি। অদুগা মীওই কয়ানা সংসার অসিদা লাক্লগা মায়থিরগা চৎখি। মায় পাকপা মী অমা ওইগে হায়রগদি ঈশ্বরবু

থাজৌ, নশাবু থাজৌ, নশাগী ওইবা অচুম্বখক্তা চৎলু। মীনুংশি লৈয়ু। অরানবা অচুম্বা জজমেন্ট তৌগনু। জজমেন্টদি ঈশ্বরনা তৌহনগদবনি। গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্বা অমনা ব্রান্ডলিনেস ওইবা মীনা হকচাংগী অপাম্বা লোমদা চৎলি অদুগা জ্ঞান লৈবা মীনা থব্রায়গী অপাম্বারোমদা চৎলি।

**************

**"There cannot be any growth without liberty"**

***- Scripture -***

# Chapter -10

# য়ুম্বাল কৈবালবা

স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইনা হিংবা পাম্বা মীনা মীঙোন্দা বিচার জজমেন্ট তৌবা চৎনদে। অরানবা মীবু দন্দি পীবা তৌদে। ঙাকপীবা কনবীবা ঙম্বগী থৌনা লৈবা তাই। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্লা হায় মদুদি "নহাক্লা অরানবা মীবু দন্দি পীরবদি নহাকসু নোংমদি শোয়দনা ঈশ্বরনা দন্দি পীগনি। নহাক্লা অরানবা মীবু ঙাকপিবা ঙম্লগদি ঈশ্বরনা নহাকপুসু ঙাকপীগনি"। ঈশ্বরনা মীওইববু শেম্বীবনি, ঈশ্বরনা মীওইববু মাঙ- তাক্লবা শিন্দে, কনাবুসু বিচার তৌদে, দন্দি পীদে, অৱা- অনাসু তাহন্দে। মী অমনা অৱা- নুংঙাইবা ফংলিবা, দন্দি ফংলিবা খুদিংমক মহাক্লা তৌরুবা থবক্কী মহৈ অদু ফংবনি। তৌরুবা থবক্কী মহৈ চপ মান্ননা ফংবনি। মতম চুপ্পদা ঙাকপীবা কনবীবা মীনুংশি লৈবা তাই, অপাম্বা লৈতবা তাই। মদু ওইরগদি পৃথিবীদা নহাক্কী য়েক্লবা অমত্তা লৈরোই। অৱা- অনা তারিবা খুদিংমক অপাম্বদগী হৌরকপা ঙাক্কনি। অপাম্বা অসি অনী থোক্লা খাইদোকপা য়াই মদুদি অপাম্বা অচুম্বা অমদি অপাম্বা অরানবা। অপাম্বা অরানবা তৌরুবদগী মীওইবনা অৱা- অনা তাবা ঙাক্কনি।

মীওইবনা সংসার অসিদা ৱারিবগী মরমদি মীওইবনা সংসারগী ওইবা চৎনলোনচৎতা য়াওই। সংসার অসিদা ঐখোয়না লাক্লবনিনা সংসারগী ওইবা চৎনবীনা ঐখোয়বু পুনশিল্লি। সংসারগী ওইবা চৎনবীনা ঐখোয়বু অৱাবা তাহল্লি। ঐখোয়না থৌনা ফনা সংসারগী চৎনবী অসিবু মায়থিবা পীবা ঙম্লগদি সংসারগী

ওইবা অব্রা- অনাদগী লাপ্না লৈবা ঙমগনি। অদুবু মী অয়াম্বনা সংসারগী চৎনবী অসিদগী লাপ্না লৈবা ঙমদে। সংসারগী চৎনবী অসিনা অফবা অমসুং ফত্তবা অনীমক তৌহল্লি, পাপ পুন্য অনীমক ফংহল্লি। ফত্তবা পাপশিং অসি কোক্লবগীদমক নৎত্রগা পাপকী লম্বী থাদোক্লবা ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা চৎপা তাই। লম্বী অদুদি গৌতম বুদ্ধ, যীশু খৃষ্টনা চৎখিবা লম্বী অদুনি। মখোয়না সংসারগী চৎনবী অমত্তা পামদে মরমদি সংসারগী চৎনবীনা পাপ ফত্তবা তৌবগী মফম ওইহল্লি। খুদম পুন্নমক ঐখোয়গী মীৎনা উরি। মসিনা তাকপদি পাপ য়াওদনা, অব্রা- অনা য়াওদনা অচুম্বা লম্বীদা চৎতুনা পুন্সি ঈপাক লাল্লসি হায়বনি।

য়ুম্বাল কৈবালবগী মরমদা হোলি লাইরিক্না অসুম্না হিরি মদুদি ব্রাখল, ইন্দ্রি কন্ট্রোল তৌবা, ওইজবা থিদবা, খাংবা কনবা, অরেপ্পা থাজবা থম্বা ঙম্বা মী অমনা য়ুম্বাল কৈবানবগী লম্বী থাদোক্তুনা মোক্ষ অমা ওইনা লৈবা অসিসু অফবা পুন্সি লম্বীনি।য়ুম পানবা য়ারোই হায়বা অথিংবা থমদে। য়ুম পানবা পাল্লগদি নুপা নুপী অনি অদুগী বোন্দ ওফ লভ অমা থল্লগা লুহোংবা তাই। নুংশি লৈপুন্না নুপা নুপী অনী অদু পুন্সি লৈপুল ওইহল্লি।

করিগুম্বা কান্দা বোন্দ ওফ লভ কায়রকপদগী নুপা নুপী অদু খাইদোক্লবা ডাইভোর্স তৌবা য়াওরকই। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্না হায়রি মদুদি নুপা- নুপী অনী অদু অমুক হন্না হঞ্জিন্নবা ঙমদ্রগদি নুপা নুপী অনী অদু য়ুম্বাল কৈবানবগী লম্বীদা অমুক হন্না চৎথরগনু নতোম- নতোমমতা লৈবা তাই। মসিগী অর্থদি নুপা- নুপীনা ময়ুম হন্না হন্না পানবা য়াদে। মসিনা সেক্সুয়েল প্যারিটি ওইনা থম্লবা হোৎনবনি।

সোসাইটি অসিদা সেক্সুয়েল ইম্মোরেলিটি হেনগৎলকপা অসি হন্থনবগীদমক নুপা নুপীনা য়ুম পানবা দরকার ওই। মফম মতম সিচুয়েসনগী মতুং ইন্না মী অমনা মশাগী অরেপ্পা থাজবা অমা লৈরগদি য়ুম পান্দবসু করিমত্তা অকাইবা লৈতে। ঈশ্বরগী ব্রাহে অমা লৈ মদুদি ময়ুম পান্দবা মীদি ব্রাহ্মচারী ব্রাইডলিনেস ওইদবা মরম্না অচুম্বদা থাজবা ঙম্মী মীনুংশি লৈ, সেবা তৌবগী চাংসু য়াম্না ঙম্মী। অদুগা য়ুম পানবা মীদি ব্রাইডলিনেস য়াম্না ওইগল্লি, ব্রাইডলি মেটরগী ব্রাখলদা লৈ বর্দন য়াম্না পুই, থাজবা কয়া থম্বা ঙমদে। ব্রারোইশিন্দা হায়রগদি

নুপা- নুপীনা মশানা পান্নগদি য়ুম পানবা ফৈ অদুগা মশাদা অরেপ্পা থাজবা লৈরগদি য়ুম পানবা থাদোকপা অদুসু হেন্না অফবগী খুদম অমনি।

মী অমনা হোলি লাইফ অমা ওইনা পুন্সি লেনবা, সংসারগী চৎনবী ব্রার্ন্ডলিনেস অসি থাদোক্তুনা হিংঙগদি অব্রা- অনা চৈথেং অমত্তা ফংলরোই, কনাঅমত্তনসু মরাল শীবা ঙম্লরোই। মী অয়াম্বনা হোলি লাইফ অমা ওইনা হিংবা ঙমদে। মসি প্রাক্টিসকী মখা পোল্লি। পুন্সি হিংবা মতমদা হোলি লাইফ পুরা ওইবা ঙমদ্রগসু খরমখৈদি হোলি ওইরগদি মীওইবনা হিংবগী অর্থ লৈগনি। অদুগা মী অমনা হোলি লাইফ খরমখৈ ফাওবা চৎপা ঙমদ্রগদি শা- ঙাগী পুন্সি মহিং কৌগনি। চাবা থকপা তুম্বা খক্তনি শাগী শাজৎ অসে। মীওইবনা হিংবদি শাঙাগী পুন্সি মহিংদা হিংগদবা নত্তে। হোলি লাইফ অমা ওইনা পুন্সি হিংগে হায়না খল্লিবা মী অদুনা অহানবদা ঈশ্বরদা থাজবা থম্বা তাই। মথংদা মহাক্কী ব্রাখল, হকচাং, সোল খুদিংমক ঈশ্বরদা কৎথোকপা ডিভোট তৌবা তাই। থাজববু থম্বা ঙম্লগদি হোলি লাইফ য়াম্না থুনা চংবা ঙমগনি।

ঐখোয়না খঙগদবা অমনা স্পিপরিচুয়েল লাইফ হায়বসি মনীংতম্বা পুন্সি হায়বনি অদুগা ব্রার্ন্ডলি লাইফ হায়বসিনা মীখা পোনবা বোন্দেজ ওইবা পুন্সি হায়বনি। মীখা পোনবা,বোন্দেজ ওইবা হায়বগী ব্রাহম্মোক ময়াম অমা লৈগনি। খুদম খরা হায়রগদি ইন্দ্রি মঙাগী মীখা পোনবা, ফত্তবা লমচৎ- শাজৎ থাদোকপা ঙমদবা, এডিক্সন ওইবনি। নীশা চাবা হৈনরুবদগী থাদোকপা ঙমদদুনা নিশাদা লাইচুদুনা শিবা, নুপী ময়াম অমা লৌবা পোলিগামি ওইবা, নুপীনা ময়ুম হন্না হন্না পানবা, শম্মা হায়রবদা সেন্স ইন্দ্রি মঙানা পুবা ঙম্বা নুপা নুপী অদুনি। সেন্সনা ঙম্বা নুপা- নুপী অদুগী বুদ্ধি সুপরকন্সিয়স লৈতে। মফম মতম্না পুরকপা ইন্দ্রি সেন্সকী অপাম্বা অদু হেক্তা পাঙথোকই। ইন্দ্রি সেন্সনা নুপা নুপী(মীওই অদু) মীনাই ওইনা শীজিন্নে। মরম অসিননি মীওইবনা মীখা পোনবা, বোন্দেজ ওইবা পুন্সি হায়রিবসি। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্লা পাউতাক অমা পীরি মদুদি সংসার অসিদা মীওইবনা অহানবদা মহাক্কী অপাম্বা লৈগনি।, অপাম্বা অদুসু ফংগনি , নুংঙাইগনি অদুগা অপাম্বা অদুদা এডিক্সনসু ওইগনি। অপাম্বা অদু ফত্তবা লমচৎ- শাজৎ, কা হেন্না ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবগা মরী লৈনবা ওইরম্লগদি

চৈথেং অমা অৱা- অনা অমা পীরক্কনি। মতম অদুদা মী অদুনা মাগী অপাম্বা এডিক্সন ওইবা অদু থাদোকপা ঙমগনি। মদুগী মতুংদা মফম অমসুং মতমগী মতুংইন্না মী অদুগী ৱাখলদা টেম্পটেসন অমুক হন্না লাক্কুনা মহাক্না থাদোক্লুরবা অপাম্বা অদু অমুক হন্না পাম্লুরে, নুংঙাইরুরে, চারুরে, রিএডিক্সন ওইরে। মতাং অসিদদি মহাক্না রিএডিক্সন ওইরবনিনা থাদোকপা ঙম্লরোই ডিপ্পর বোন্দেজ, গ্রেটর বোন্দেজ ওইরে। মসিনা তাকপদি অনীশুবা সেকেন্দ টাইম এডিক্সন ওইগনু থাদোকপা ৱাগনি। নোরোক্তগী নাম্থোক্লুরগা অমুক হন্না নোরোক্না চঙশিল্লকপগা চপ মান্নে। মসিদা পীরিবা এডিক্সন অসি নিশাখক্তগী এডিক্সন নত্তে, হিরম খুদিংমক্কী এডিক্সননি।

**************

**"Be more giving rather than demanding"**
***- Scripture-***

## Chapter -11

# স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজ

ঐখোয় মীওইবনা পুক্সি হিংবা মতমদা পাঙ্গল কন্না, নাদ-য়েক্তনা লৈনবগীদমক ফিজিকেল এক্সরসাইজ খরা তৌবা তাই। মরুওইবা অমনা স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজদদি হিরম খুদিংমক্তা দরকার ওইবা মরম্না ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী প্রাক্টিস তৌবা দরকার ওই। মসিগী মরমদি স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজনা মীওইবগী ব্রাখলবু শান্তি থম্বা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা. টেম্পটেসন সয়তানগী ব্রাখল থাদোকপা ঙমহল্লি। মীওইবনা হকচাং ফরগসু ইন্দ্রিগী অপাম্বা অদু খুদুম চনবা ঙমহৌদ্রগদি অৱা-অনা তাগল্লি। স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজনা হৌজিক্কী পুক্সি, তুংদা লাক্কদবা পুক্সিবু তেক্তা কায়দনা থম্বা ঙম্মী। পুক্সি শাংনা তেক্তা কায়দনা হিংগে হায়রগদি পাপকী লম্বী থাদোকপা তাই। স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজ/যোগা ময়াম অমা লৈরমগনি। বেদান্তাগী রাজ যোগা, ভক্তি যোগ, জ্ঞ্যান যোগা, কর্মা যোগনি। য়াম্না লায়বা স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজ তৌগে হায়রগদি যোগী অমা ওইনবা অহানবদা ইন্দ্রি খুদুম চনবা তাই। মথংদা ইশানা পামজবা ঈশ্বর অমদা থাজবা তাই। ঈশ্বর অদুদি মীনা ঈশ্বর ওনখিবা গোডমেন অদুনি। মী ওইবা গৌতম বুদ্ধনা ঈশ্বর ওনখি। গৌতম বুদ্ধনা চৎখিবা পুক্সি লম্বী অদুদা ঐখোয়না তমজদুনা চৎলগদি ইশাগী স্পিরিচুয়েল এক্সরসাইজসু ওইরে অদুগা নির্ভান ফংবসু ওইরে।

য়ুম পানবা নুপা-নুপীনা ঈশ্বরদা অচুম্বদা থাজবা থম্বা দরকার ওই। য়ুম্বান কৈবানবগী লম্বীদা হুকচিনবা, সনা-লুপা, লনথুম মেটরিয়েল হেন্না তানশিনবা ফত্তে মরমদি রাইজ এণ্ড ফোল লৈবা মীওইবগী পুন্সিনি। মীওইবগী দরকার ওইবা ফুড, ক্লোথ, সেল্টর লৈফমদি লৈবা দরকার ওই। হায়রিবা অহুম অসিদা মীওইবনা হিংবা ঙমগনি। মসিদা পেম্থোকপা তাই। কা হেনবা পৈশা পাম্বনা ফত্তবা অৱা-অনা তাবগী হৌরকফম ওইহল্লি।

হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি ঐখোয়গী হকচাং অসি থৱায় য়াওদ্রগদি শি। মসিগা চপ মান্ননা মীওইবা খুদিংমক মশাগী থাজবা ফেথ অমমম্ লৈজে। থাজবগী থবক অদু তৌদুনা মী খুদিংমক্লা হিংবা ঙম্লিবনি। শম্মা হায়রবদা ঐগী ইশাগী অনাবা অমা হীদাক চাদুনা ফগনি হায়বা থাজবা লৈরগদি হীদাক চাদুনা ফবা ঙমগনি। মসিনা তাকপদি থাজবা অদু থবক ওইনা পাঙথোকপা তাই। থাজবা অদু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদ্রগদি, থাজবা অদু শিবগা চপ মান্নে। ঈশ্বরদা থাজবা, হোলিনেস ওইবা, ধর্ম্ম চেনবা অসি থবক, এক্সন ওইনা পাঙথোকপা তাই। চীন্না-ৱানা পংঙাঙ ঙাঙবগী অর্থ লৈতে। হোলিমেন অমা ওইগে হায়রগদি ৱাখল, ৱাঙাঙ, থবক খুদিংমক প্যুরিটি/সেক্কটিটি/চেষ্টিটি ওইবা তাই। য়ুম পানবা মীওইসু লুহোংলবা চহি খরগী মতুংদা হোলি প্রোসেস অসিদা চংশিনবা ঙম্লগদি অরাম খুভম ফংবা, পুন্সি শাংবা, মঙ্গোল ফংবা, হকচাং ফবা, নুংঙাই য়াইফবা ওইগনি। পুন্সিগী শরুক খরমখৈ হোলি ওইবা ঙমহৌদ্রগদি, পুন্সি তেনগনি, অৱা-অনা নংগনি, লায়না নাগনি, লায়র-অনং নংগনি, অশিবা থেংনগনি। মীওইবগী লমচৎ শাজৎতা এডল্টরি ওইবা ফত্তে। মরমদি এডল্টরিনা হকচাংবু শোকহল্লি, পাপ চেলহল্লি।

মীওইবনা সংসার অসিদা হিংবদা অৱাবা নুংঙাইবা অনী অসি মায়োক্লে। অৱাবা নুংঙাইবা অনী অসিদগী নাম্থোকপসু ঙমদে মরমদি সংসার অসি শেম্বা মতমদা পিয়ার অনী থোক্লা শেম্মী। মীওইবনা নুংঙাইনা লেল্লিবৈদা অৱাবা অমত্তা থেংনরোই হায়না খল্লি অদুবু খঙহৌদনা অৱা অনা হেক্তা মায়োক্লে। মরম অসিনা হোলি ওইবা মীনা মেডিটেসন তৌদুনা অৱা অনা তাবা পাপকী লম্বীদা চত্তনবা হোৎনজে। মেডিটেসন্না অৱা অনা পুরা মুথৎপদি নত্তে।

অৱা অনাদি অদুমক লৈগনি অদুবু মসিগী চৈথেং অদু খরা মখৈদি ঙাকথোকচবা ঙম্বনি। সেন্স ইন্দ্রি কয়াৎশিং অসি পোথাহন্দুনা মথৌ তৌহন্দনা মেডিটেসন তৌদুনা হকচাংনা থৱায়দা/সেল্ফতা পোখাবা ঙমহল্লি। হোলি ওইবা মীদি মনিং তম্মা হিংবা সেল্ফ-রিলাইয়েন্স ওইবা মরম্মা মেডিটেসন তৌবা ঙম্মী। মীনাই ওইবা/মীখা পোন্না হিংবা মীনা মেডিটেসন তৌবা ঙমদে। মেডিটেসন তৌবগী কান্নবা খরদি মেডিটেসন্না সেন্স কন্ট্রোল তৌবা ঙম্মী। অনন্দা/ব্লিস ফংবা ঙম্মী। মেডিটেসন্না ইশাগী ব্রিল পৱার শেমদুনা ব্রাখল শান্তি থম্বা ঙমহল্লি। মীওইবগী পুন্সিদা অকা অকুম, অপস এণ্ড ডাউন লৈরগসু মেডিটেসন্না অৱা অনা ঙাকথোকপা ঙম্মী। নিয়ম চুম্না নুমিৎ খুদিংগী মেডিটেসন তৌরগদি মফম মতম্মা পুরকপা ইন্দ্রিগী অপাম্বদগী লাপথোক্লা লৈবা ঙম্মী। ইন্দ্রি খুদুম চনবা মী মাষ্টর অমসু ওইবা ঙম্মী।

মীওইবনা লৈরিবা মফম অসি সংসার (আর্থ) কৌই অদুগা ঐখোয়না শিরগা চৎকদৌরিবা মফম অদুনা স্বর্গ হেভন কৌই অদুবুদি ঐখোয়না উবা ফংদ্রি। ঐখোয়না অসুম্মা খল্লি মদুদি স্বর্গদা লৈরগদি য়াম্মা নুংঙাই অৱা অনা লৈতে। মতাং অসিদা হোলি লাইরিক্লা হায়রি মদুদি সংসারদা লৈবগা স্বর্গদা লৈবগা অনি অসি চপ মান্নগনি। মসিগী অর্থদি সংসার অসিদা অৱা অনা বাইন্দিং লৈরগদি স্বর্গদসু অৱা অনা বাইন্দিং লৈগনি। সংসারদা মনীংতম্বা, অনন্দা, ব্লিস ফংলগদি স্বর্গদসু মনীং তম্বা, অনন্দা, ব্লিস ফংগনি। সংসারদা ফংলিবা খুদিংমক স্বর্গদসু ফংগনি সংসারদা ফংদবা পোৎতু স্বর্গদসু ফংবা ঙম্লোই। মসিগা চপ মান্ননা ঐনা অফবা তৌরগা অফবা মহৈ ফংগনি, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা মহৈ ফংগনি হায়বদি তৌজ কর্ম ফলনি। মীওইবগী অশেংবা পুন্সিগী পান্দমদি মীওইবনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মায়া সংসারদগী মনীংতম্বা ফংবা ঙম্বা অদুনি। ব্রান্ডলিনেস ওইবা থাদোকপা ঙম্লগদি ফ্রিডম্ ফংলে, অৱা অনা লৈত্রে, শিবগী অৱাবসু লৈত্রে। শিদ্রিঙৈগী মমাংদা স্বর্গ হেভন ফংখ্রে।

সংসার অসি শেম্বা মতমদা জীব খুদিংমক অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা মপোক মপোক লৈবা অমা শেমখ্রে। উপাম্বী অমনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা অফবা মরু পুথোক্লুনা মথংগী মপোক মথংগী জেনেরেসনগীদমক উপাম্বী চারা

অমা হুল্লম্মী। মসিগা চপ মান্ননা ঐখোয়গী হৌজিক্কি ওইরিবা ফিজিকেল বোডি অসিনা মথংগী মপোক্কীদমক অফবা ফিজিকেল বোডি অমা শেমজবা ঙম্মী। করিগুম্বদা মথংগী মপোক লৈত্রবা নৎত্রগা পোক্লিংবা মপোক অমা হেক্তা পোকপা য়ারগদি থব্রায পানবা জীব খুদিংমক মশাগী কখোকপগী মহুত্তা মশাগী নুংঙাইনবা হোৎনবা ঙাক্তা তৌরক্কনি। অব্রাংবা থাক্কী অচুম্বা লম্বী হোলি লাইফ খক্তনা হৌজিক্কী পুন্সি অমদি মতুংদা লাক্কদবা মপোক্কীসু অফবা ওইহনবা ঙম্মী। হোলি লাইফ খক্তনা মীওইবগী শান্তি, পীছ এন্দ য়ুনিটি থম্বা ঙমগনি। শান্তি থম্নবা অতোপ্পা পান্বে অমত্তা লৈতে। পোলিটিকেল ডাইলোগনা পীছ এন্দ য়ুনিটি পুরা পুরকপা ঙমদে মরমদি মসিদা ডিভাইদ এন্দ রুল পোলিসি লৈ।

হোলি লাইফ ওইনা হিংবা পাম্বা মীনা ব্রার্দলি ওইবা লমচৎ শাজৎ ব্রার্দলি ওইবা ব্রাখল থাদোকপা তাই। হোলি লাইফ ওইনা হিংবদা পাঙ্গল, শক্তি ওইনবা নুমিৎ খুদিংগী হোলি লাইরিক পাবা তাই। ব্রাখলদা ব্রাঙাঙদা থবক্তা স্লাইট ব্রার্দলিনেস ওইবা মতমদা ব্রাখল লৈতাবা ঙমদে, শান্তি থম্বা হেক্তা ঙমদে।

**************

**"Lose Temper, lose the case"**

***- Scripture -***

# Chapter 12

## ঈশ্বরগী ৱাহৈ

হোলি লাইরিক্তা য়াওবা ঈশ্বরগী ৱারী অমা লৈ মদুদি লৌউবা নুপা অমনা মাগী লবুক্তা মহৈ মরোং লোক্লবগীদমক মরু মরাং হুক্লি মখুৎনা মরু মরাং হুনবা অদুদা মরু খরদি শোইবদগী লম্বী শোরোক্তা তাখি। লম্বী শোরোক্তা তাখিবা মরু মরাং অদুদি উচেক ৱায়ানা খুন্দুনা চাথোকখি। মরু মরাং খরা অমদি লৈবাক্কী অকনবা রোক্কি ওইবা অতোংবা মফমদা তাবা মরম্না মতোন থোক্লবা মতমদা নুমিৎকী নুংশানা অমুক য়ৈবদগী পাম্বী মচাশিং অদু শিরে। মরু মরাং খরা অমদি উ-ৱা, নাপী শিংবী হৌবা মোংশোংগুম্বা মফমদা তাবা মরম্না খরমখৈদি হৌগৎলম্লগা মহৈ পানবা ঙমদনা পাম্বীশিং অদু শিরে। মরু মরাং খরা অমদি অফবা লৈবাক লৈহাও চেনবা মফমদা তাবা মরম্না য়াম্না মপুং ফাবা পাম্বী ওইরক্লুনা মহৈ মরোং নীংথিজনা পাল্লে।পাম্বী খরা অমদি মহৈ মরোং ১০০ দা ১০০ পাল্লে, পাম্বী খরদনা ১০০ দা ৬০ পাল্লে, খরদনা ১০০ দা ৩০ পাল্লে।

ৱারী অসিগা চপ মান্ননা, সংসার অসিদা ঈশ্বরগী পাউজেল, ঈশ্বরগী ৱাহৈ কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোক্লুনা লৈ। মীপুম খুদিংমক্তা পাউজেলশিং অসি লোইনা তায়। মদুতসু নত্তনা ঈশ্বরগী ৱাহৈ স্ক্রিপচর মীওই অয়াম্বনা ফংনৈ।

অদুবু মীওই খরদি ঈশ্বরগী ৱাহৈশিং অসি মখোয়গী নাকোংনা তারগসু খঙবা ঙমদে, লৌশিনবসু ঙমদে। কান্নবা করিনো হায়বসু খঙবা ঙমদে। মসি লৌউবা মী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খরা লম্বী শোরোক্তা তাখিবা উচেকৱ য়ানা খুল্লগা চাথোকখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খরা অমনা ঈশ্বরগী পাউজেল তারে অমসুং লৌশিল্লে। অদুবু পাউজেল অদু কুইনা মশাদা থম্বা ঙমদে অমদি প্রাক্টিস তৌনবসু হোৎনদে। ঈশ্বরগী মেসেজ অদু প্রাক্টিস তৌবদা মশাদা অৱাবা লৈরবনিনা ঈশ্বরগী ৱাহৈ থাজবা লৈত্রে অমসুং থাদোক্লে। মসি ঙসাইগী লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খরা অতোংবা অকনবা রোক্কী ওইবা লৈবাক্তা তাখিবা, খরমখৈদি হৌরম্লগা লৈবাক লৈহাও লৈতবনা পাম্বী কংখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খরা অমদি ঈশ্বরগী পাউজেল অসি তারে অমসুং মশাদা লৌশিল্লে অদুগা প্রাক্টিসসু তৌগে হায়না খল্লে। অদুবু খাংবা কনবা ঙমদবা, পুক্সিনা হেন্না লুনা খনবা, অৱা অনানা হেন্না লুনা খনবা অমদি পৈশা, ইনাক খুনবা পাম্বা মরম্না ঈশ্বরগী ৱাহৈশিং লুনা খল্লক্লে। মসিনা প্রাক্টিস তৌবা ঙমদ্রে অমসুং কান্নবা অমত্তা ফংদ্রে।

মসি ঙসাইগী লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খবা নাপীশিংবী হৌবা মোংশোংদা তাখিবা অমদি পাম্বী ওইনা হৌরম্লগা মহৈ পান্দনা কংখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খরদি ঈশ্বরগী ৱাহৈশিং অসি তাবে, লৌশিল্লে, জ্ঞ্যান তানা, ভাব তানা খঙবা ঙল্লে, খাংবা কনবা মরম্না মপুং ফানা প্রাক্টিস তৌবা ঙল্লে। নুমিৎ খুদিংগী প্রাক্টিস তৌরবনিনা মশাদা নুংঙাইবা অমসু ফাওরে। তৌজবগী অফবা মহৈ ফংলে। মী অমদনা ১০০ দা ১০০ মহৈ ফংলে, অতোপ্পা খরদনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ মথংশিংনা ফংলে। মসি লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা অফবা লৈবাক লৈহাও লৈবা মফমদা তাবা মরম্না পাম্বী খবা অমদি ১০০ দা ১০০ মহৈ পাল্লে। অদুগা অতোপ্পা পাম্বী খরদনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ মথংশিংনা পাল্লে। অরোইবদা পুম্নমক অসিনা তাকপদি মীওইবনা স্পিরিচুয়েল ওইবসি মী খরা অমনা ১০০ দা ১০০ ওই, খরা অমনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ ওই। অদুগা মীওই খরা অমদি স্পিরিচুয়েল পুরা ওইবা ঙমদে, মহৈ পান্দে। উহৈ ৱাহৈ পান্দবা উপাম্বীশিংদি শিংজংনা য়াম্থত্তুনা মৈ থাদোকই। মসিগা চপ মান্ননা মীওইবনা স্পিরিচুয়েল খরমখৈ ফাওবা ওইবা

ঙমদ্রগদি মীওই ওইনা পোকপগী দরকার ওইদে হায়বনি।

হোলি লাইফ ওইনা হিংবা পাম্বা মীনা নুমিৎ খুদিংগী লাই খুরুম্বা প্রেয়ার তৌবা দরকার ওই। মীওইবনা প্রেয়ার তৌজবা অসিনা মীওইবগী পুক্লিং হকচাং ৱাখলবু শান্তি থম্বা ঙমহল্লি অমসুং মায়াগী শাফুনা পীরকপা হকচাংগী অৱা অনা কয়াদগীসু ঙাকথোকচবা ঙমহল্লি। হিন্দুশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়না থাজদুনা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌই। খৃষ্টানগীসু মসিগা চপ মান্নে। অদুবু বুদ্ধিজমগীদি ঈশ্বর লৈতে হায়দুনা মশাগী থৱায় সেল্ফতা মেডিটেসন তৌই। প্রোসেস্তা খেন্নবা লৈরগসু পন্থুংদি চপ মান্নে। ঈশ্বর লৈ লৈতে হায়বা অদুদি য়েৎনবা য়াদে। প্রেয়ার তৌবগী প্রোসেস্তা অসিনা মীওইবনা সংসার অসিদা কাহেনবা অপাম্বা থম্বা, ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা অদু থাদোকপা ঙম্মী। ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা থাদোকপা ঙম্লগদি আত্মা সেল্ফ ফংলে। মরম অসিননি প্রেয়ার তৌবগী শক্তিনা মীওইবনা মুক্তি/নির্ভান ফংবা ঙম্লিবসি। কুম্মৈ হরাওদা লাই খুরুম্বা চৎপা অসিসু মীওইবগী চৎনবী অমনি। প্রেয়ার তৌবগী অশেংবা মহৈ ফংগে হায়রগদি নশা নথন্তা অচিকপা মফমদা নহাক্লা থাজবা ঈশ্বরদা মতম খরা প্রেয়ার তৌবা তাই। প্রেয়ার তৌবদা ঈশ্বরগী ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নবা য়াই নৎত্রগা ঈশ্বরগী মীংখৈ খক্তং শোনবসু য়াই। প্রেয়ারগী মওং খরদি ঐখোয়না অৱাবা তাববা মতমদা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌবা তাই, ঐখোয়না থবক অমা মায় পাকপা মতমদা ঈশ্বরদা থাগৎ ৱাহৈনা প্রেয়ার তৌবা তাই, ঐখোয়না হকচাং নাবা মতমদা প্রেয়ার তৌবা তাই। থাজবা অমগা লোয়ননা প্রেয়ার তৌরগদি অনাবা ফহল্লি, পাপসু কোকপা ঙমহল্লি। প্রেয়ার তৌজবগী শক্তিনা অনাবা মী অমা মশাগী অরুবা লায়নাসু কাউথোকপা ঙমহল্লি, শিবা ফাওবা জয তৌবা ঙম্মী। নুপীশিংনা অয়ুক অমদি নুমিদাংৱাইরমদা ময়ুম ময়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী লাই খুরুমজবা প্রেয়ার তৌজবা অসিমদি অফবগী খুদম অমনি।

ঐখোয়না খুরুমজবা ঈশ্বরগী মমাংদা ফত্তবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে মরমদি ঈশ্বরনা ঐখোয়বু ফত্তবা তৌবগী দন্দি পীগনি হায়না কিবদগী। মরম অসিনা ঈশ্বর থাজবা মীদি ফত্তবা থবক তৌদবা ঙম্মী। হোলি লাইরক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি মীওইবদি মশাগী অচুম্বা অরানবা খঙবা ঙম্বা কন্সিয়স লৈ। অদুগা

শা ঙাগীদি মশাগী অনিংবা অপাম্বা অদু হেক্তা তৌই অচুম্বা অরানবা কন্সিয়স লৈতে। সংসার অসিদা মীওইবা খরদি শা ঙাগা চপ মান্নরা লমচৎ শাজৎ চৎলি। মীওইবা খুদিংমক পোক্লকপদা অশিংবা ওইনা পোক্লকপা নত্তে। অশোয়বা অরানবা তৌরুরবা মতুংদা অমুক হন্না অশোয়বা অরানবা তৌদবা ঙম্বা, মশা চুমথোকচবা ঙম্বা অদুনি। অদুবু শা ঙাগা লিচৎ মান্নবা মীওই খরদি হঞ্জিন হঞ্জিন্না অরানবা তৌই। মমৈথংদা অশিবগী নরক্তা তাই। শা ঙাদা হায়নবা পাউরৌ অমা লৈ মদুদি "হুইনা মবুক থন্না হেন্না চামনবদগী হন্দোক্লবা মতুং ফাওবা হন্দোকপদু/অৱোবদু অমুক হন্না চাননবা হোৎজনৈ।

******

Lord Krishna told Arjuna,

"All you have to do is to act;

leave the fruit of it to Me" – Gita -

## Chapter 13

# রেজিষ্টেন্স এন্দ নন- রেজিষ্টেন্স

হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি থৌনা ফবা, অকনবা মী অমা হায়বসি মী অমগী পাঙ্গল কনবা, মশা ফবা, খৎন চৈনবা ঙম্বা অদুনা লেপ্পে। মী অমনা মশাগী ইন্দ্রি সেন্স কন্ট্রোল তৌবা ঙম্বা, মোদরেট লাইফ ষ্টাইল অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা, অরানবা মীবু ঙাকপিবা ঙম্বা, মাগী য়েক্লবা মী ফাওবা ঙাকপিবা ঙম্বা মী অদু থৌনা ফবা অকনবা মী অমনি হায়না লৌগনি। মতাং অসিদা ইংলিসকী ব্রাহে অনী শিজিন্নে মদুদি রেজিষ্টেন্স এন্দ নন- রেজিষ্টেন্স।

রেজিষ্টেন্সকী অর্থদি ঙাকথোকপা হায়বনি। কনাগুম্বা খরনা ঐখোয়দা খৎন চৈনবা হৌরকপা অমদি অশাওবা ব্রাহে ব্রাতা শীজিন্নরকপা মতমদা মদুবু চপ মান্ননা মায়োক্লবা ঙম্বা, ঙাকথোকপা অদুবু রেজিষ্টেন্স কৌই। অদুগা নন- রেজিষ্টেন্সকী অর্থদি মায়োক্লদবা, লাপথোক্লা লৈবা হায়বনি। খৎন চৈনবা পাম্বা মীওইশিংদগী লাপথোক্লা লৈবা ঙম্বা. মখোয়গা মান্নদবা, খৎনদবা অসিনা তুংদা থোরক্কদবা ফত্তবা কয়াদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী। মরম অসিননি নন- রেজিষ্টেন্স পব্রারনা রেজিষ্টেন্স পাব্রারদগী হেন্না কনবা হেল্লি হায়রিবসি। ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক নন- রেজিষ্টেন্স পব্রার লৈ। খৎন চৈনবা পাম্বা, কল্লক মিহৌবা, অশাওবা ইন্দ্রি খুদুম চনবা ঙমদবা হায়বশিং অসি মীওইবগী অপীকপা

গুণনি। মীওইবনা অহানবদা ইশা হায়বসি হন্না কন্ট্রোল তৌবা তাই। মদু ওইরগদি মপালগী ফত্তবনা ইশাদা চংবা ঙমদে। অমরোমদা হায়বা অমসু য়াই মদুদি ইশাবু কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রগদি ইশাদগী ফত্তবা লোইনা থোরকপনিসু হায়বা য়াই। মরম অসিননি হোলি ওইবা মীনা অহানবদা সেল্ফ কনক্রেষ্ট দরকার ওই হায়রিবসি।

নন- রেজিস্টেন্সকি স্ক্রিপচর খরা শন্না নৈনবা য়াই মদুদি নহাক্কী য়েক্লবনা খৎনবা হৌরিবা মহাক্কী অপাম্বা অদু খঙদোকপা দরকার ওই। মহাক্কী অপাম্বা অদু পীবা ঙম্নবদি পিথোকখো হায়বনি। শন্না হায়রবদা য়েক্লবনা মবুক লাম্লগদি পীজৌ, খৌরাংলগদি পিথকউ, অপাম্বা অদু মখোয়না ফংলগদি মমৈথংদা ইকাইবা অমা মখোয়দা পোক্লক্কনি। ফত্তবনা নহাকপু মায়থিবা পীহনগনু। নহাক্কী অফবনা ফত্তববু মায়থিবা পীবা ঙম্বা তাই।

য়েক্লবনা নহাক্কী মাঙ তাক্লবা শিল্লগসু নহাক্লদি মখোয়গীদমক্তা অফবা তৌ। নঙবু নুংশিবা মীওইখক্তা নহাক্লা নুংশিরগদি করম্না ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংগদৌরিবনো? নঙবু মতেং পাংবা ঙম্বা মীওইখক্তদা নহাক্লা মতেং পীবা ওইরগদি করম্না ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংগদৌরিবনো? মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুংইন্নদি নহাক্কী য়েক্লবা, চান্নবা মরুপ অনীমকপু নুংশিবা ঙম্বা তাই। নঙবু মতেং পাংবা ঙম্বা, ঙমদবা মীওই অনিমক্তা মতেং পাংবা তাই। নঙনা মতেং পাংলুবগী মহৈ হল্লকপা হল্লক্তবা থিগনু। মদু নঙনা তৌবগীদমক ঈশ্বরনা নহাক্কী রিৱার্ড অমা থমদুনা লৈ হায়বসি থাজৌ। স্ক্রিপচরনা অমুকসু হায়রি মদুদি মীওইবগী চৎনবীগী ৱাংমদা লৈবা অন-ইথিকেল ওইবা লমচৎ শাজৎ ওত্তবা ইম্মোরেল ওইবা মীওইশিংদগীদি লাপথোক্লা লৈবা তাই। পাউরৌ অমা লৈ মদুদি "মহু পুবা লিলগা নৎত্রগা শাহিং চাবা কৈগা করম্না মরুপ মপাং ওইগদৌরিবনো"?

ডিভাইন লো ওফ কম্পেন্সেসনগী পারা অমা হোলি লাইরিক্তা লৈ। মসি মরুওইবা পাউতাক অমনি। মসিদা করি য়াওবগে হায়বগী মতাংদা খরদং নৈনসি। ইংলিসকী ৱাহৈ ডিভাইন লো ওফ কম্পেন্সেসন, মণিপুরীদা হন্দে দাক্লগদি তৌবীমল লমন শিংবা, মাঙখিবা হঞ্জিনবীবা নৎত্রগা ক্ষেত্রিপুরোন পীবা

হায়বনি। মসিগী নিয়ম খরদি (১) চাক্লিবা ভিক্ষ্যারি অমনা করিগুম্বা খরা নিবা লাকপা মতমদা নহাক্লা লৈনা লৈনা করিগুম্বা খরা হাপ্লা পীবা ঙমদ্রগদি নহাক লো ওফ কম্পেন্সেসনগী মনুংদা চন্দে। ঙমদবা মতেংদি পীযু হায়বা নিয়ম লৈতে। (২) মী নৎত্রগা জীব অমনা মহাক্কী মপুন্সি কনবীয়ু হায়না চঙজরক্লবা মতমদা নহাক্লদি কনবীবা ঙম্বা মতমদা নহাক্লা কনবীবা ঙমদ্রগদি নহাক লো অসিগী মনুংদা চন্দে। (৩) ঙাকপীবা, কনবীবা অঙম্বা মতেং তৌবা ঙম্বা মী অদুগী পাঙ্গল থৌনা মিংচৎ লৈগনি। অদুগা ঙাকপীবা ঙম্বদা ঙাকপীনিংদবা, কনবীবা ঙম্বদা কনবীনিংদবা, মতেং পীবা ঙম্বদা মতেং পীনিংদবা মী অদুগী পাঙ্গল থৌনা, মিংচৎ ময়েং তাগনি। ঙাকপীবা, কনবীবা, মতেং পীবা অসি মফম চাবা, মতম চাবা, দরকার ওইবা মীদা ওইবা তাই। মথোং মরম খঙদনা মতেং পীবা অমদি খুদোংচাবা লৌনবগী মতেং পীবদি লো অসিগী মনুংদা চন্দে। (৪) থব্রায়না মীওইবা, শা ঙা উচেকশিংগী হকচাং খুদিংদা লৈ। থব্রায়না মতোমতা লৈবা ঙমদে। অচুম্বা ধর্ম্ম হকচাংনা তৌরগদি থব্রায়না মীওইবগী হকচাং বোডি ফংই। মসি লো অসিগী মনুংদা চল্লি। মী ওইনা পোকপা হিংবদা মতিক চাদ্রবা মী অদু অমুক হন্না মীওইবগী মপোক ফংলোই। মপোক মপোক্কি ওইবা খুদিংমক লো অসিগী মখা পোল্লি।

হোলি ওইবা মীনা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌজৈ অমদি মশাগী ব্রাখল শাক্তি থম্নবা হোৎনজৈ। অদুবু মীওই অয়াম্বদি ঈশ্বরদা খুরুমজবা খুদিংমক করিগুম্বা খরা ফংনবা হংজবা নিজবা ওইনা তৌই। করিগুম্বা মতমদা নিজবা অদু ফংবা ঙমদ্রবা, মায় পাকপা ঙমদ্রগদি ঈশ্বর লৈতে হেক্তা হায়। মতাং অসিদা হায়বা য়াবদি নহাক্লা ঈশ্বরদা থাজবা থম্বগা লোয়ননা নহাক্কী ইফোর্ট অদু কন্না হোৎনবা তাই। মদুদা মায় পাক্লগদি নহাক্কি ইফোর্ট হোৎনবা অদু ব্রাৎলম্বা য়াই নৎত্রগা নহাক্লা ফংবা ঙম্লোইদবা, মায় পাকপা ঙম্লোইদবা পোৎশক অমসু ওইরম্বা য়াই।

হোলি লাইরিক্লা অসুম্না হায় মদুদি ঈশ্বর হায়বসি মী অমগুম্বনি, ঈশ্বরনা কনাগী মফমদগীসু নিদে, হংদে, মতিক মঙাল লৈনা হিংঙি। তশেংনা ঈশ্বরবু নুংশিরগদি প্রেয়ার তৌবা মতমদা নিবগী হংবগী মহুত্তা ঈশ্বরগুম্না মতিক মঙাল

থৌনা লৈনা হিংবা ওম্নবা হোৎনজগে, অপাম্বগী ইন্দ্রি খুদুম চঞ্জগে, মীনুংশি লৈজগে, টেম্পটেসন লৈজরোই হায়না খুরুমজবা তাই। মেটরিয়েলগী নুংঙাইবা ফংনবা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌবদি য়াম্না শেংবা প্রেয়ার ওইদে মরমদি মেটরিয়েলগী ওইবা নুংঙাইরুবা খুদিংমক অরোইবদা মেটরিয়েলগী অৱাবা মায়োক্লে। ঈশ্বরবু নুংশিবা, ঈশ্বরবু খুরুমজবগী মরমদি ইশাগী শক্তি, পাঙ্গল, ৱিল-পৱার হেনগৎহন্নবনি। ঈশ্বরগী থাক য়ৌরগদি অৱা অনা অমত্তা লৈত্রে।

******

"Time is the greater healer" – Scripture –

## Chapter 14

# ঈশ্বরগী থবক তৌবা

হোলি স্ক্রিপচর হায়বা অমা লৈ মদুদি - ঐখোয়না অচুম্বা থবক তৌবা হায়বদি ঈশ্বরনা তাকপীবা থবক তৌবদা হকচাংদা অৱা অনা খরা থেংনরগসু খাংবা কন্দুনা থবক অদু পাঙথোক্লগদি মতুং তারকপদা নুংঙাইবা অমা শোয়দনা ফংগনি। স্ক্রিপচরনা অসুম্না ইরি মদুদি (ক) ঈশ্বরগী লম্বী অচুম্বা লম্বী ফংনবা প্রেয়ার তৌরিবা নহাকপু ঈশ্বরনা অচুম্বা নুংঙাইবা লম্বী অদু পীবিগনি। (খ) পুকচেল শেংনা থবক তৌরিবা নঙবু ঈশ্বরনা নহাক্কী অপাম্বা অদু থুংহনবিগনি। (গ) ঈশ্বরগী থবক পাঙথোক্কিবা নখোয়বু ঈশ্বরনা পেলহনগনি। (ঘ) অরানবা মীবু ঙাকপিরিবা কনবিরিবা নখোয়বু ঈশ্বরনা মতম পুম্নমক্তা ঙাকপি কনবীগনি। (ঙ) থম্মোয় শেংনা নখোয়না ঈশ্বর ঐবু উবা ঙমগনি। (চ) শান্তি পুরক্লবা থবক তৌরিবা নখোয় অসে ঈশ্বর ঐগী অশেংবা ইচা ঙাক্তনি। (ছ) ঈশ্বরগী অচুম্বা থবক তৌবদা অৱা চৈথেং নংলিবা নখোয়না ঈশ্বর ঐগী মফম য়ৌবা ঙমগনি। অচুম্বা থবক তৌবগী অৱা চৈথেং নংলিবা, ইকায়বা নংলিবা, অরানবা ৱাহৈ ৱাতা, চুমদবা মরাল কয়া শিরগসু, খাংবা কল্লু নখোয়না তৌরিবা থবক অদুগী অফবা মহৈ রিৱার্ড শোয়দনা ফংগনি অমদি নুংঙাইবসু শোয়দনা ফংগনি।

স্ক্রিপচরনা অসুম্নসু পল্লি মদুদি নহাক্লা শিরগা পুগদবা পোৎশিং অদুদি নহাক্লা হিংলিঙৈদা তৌরম্বা কথোক্লম্বা পোৎশিং অদুনি।

হোলি ওইবা মীনা মশাগী অচুম্বা থাজবা ফেথ লৈজৈ। থাজবা অদুসু থবক ওইনা পাঙথোকই। হোলি ওইবা মীওইশিংদি মখোয়না চহি ১০০ হেন্না পুন্সিগনি হায়না থাজবা থম্লগদি থাজবা অদু থবক ওইনা পাঙথোক্কুনা চহি ১০০ হেন্না পুন্সি। স্ক্রিপচরদা হায়বা অমা লৈ মদুদি মীওইবদি মহাক্কী থাজবদা হিংবনি, মতমদা হিংবা নত্তে। হোলি ওইবা মীশিংদি মশাগী শক্তিনা তুংদা থোক্কদবা অদু হান্না হায়বা ঙম্মী, প্রিডিক্সন তৌবা ঙম্মী হায়বনি। অরানবা চুমদবদা থাজবা থম্বা মীশিংদি মশাগী সুপরনেচরেল পন্নার লৈতে। মী অমনা মশাগী থাজবা ফেথ লৈত্রবা, থবক ওইনসু পাঙতোকপা ঙমদ্রবা মী অদুগী পুন্সি অদু অরেম্বা কান্নদবা ওই।

ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা খুদিংমকপু নুংশি, চপ মান্ননা ট্রিট তৌই, অমত্তা মাঙহনবা পামদে। অদুবু ঈশ্বরনা পীরিবা অচুম্বা লম্বী অদু ঐখোয়না চৎপা ঙমদবনা অব্রাবদা হেক্তা তাই। শম্মা হায়রবদা ঈশ্বরনা হায়বা ঐখোয়না ইন্দে। মসিগা চপ মান্ননা মমা মপানা হায়বা ইন্দবা মচা মশুনা করম্না ফগনি। ফত্তবা মচা, অফবা মচা অনীমক মমা মপানা চপ মান্ননা নুংশি। মসিগা চপ মান্নবা স্ক্রিপচরদা য়াওবা ব্রারী অমা লৈ মদুদি মী (নুপা) অমগী য়াও ১০০ লৈ। য়াওশিং অদু নুপা অদুনা চীংমায় অমগী মফম অমদা শেল্লি। মতম অদুদা খঙহৌদনা য়াও মচা অমা মাঙখ্রে। মহাক্কী য়াও ৯৯ অদু হুন্দোক্লম্লগা মাঙখিবা য়াও মচা অদু থিবা চীংমায়দা চৎখ্রে। পুং ৩/৪ রোম থিরবা মতুংদা শোংলবা নাপী শিংবী হৌবা লোকখা লোকচপ অমদা য়াও মচা অদু থেংনরে। নুপা অদুনা লোকখাদা কুমথদুনা য়াও মচা অদু লৌখৎলে। মহাক্লা মাঙখিবা য়াও মচা অদু ফংবদা অদুক্কি মতিক নুংঙাইরে হরাওরে, অদুগা পুং ৩/৪ রোম থাদোক্কুনা থম্লম্বা মাঙদবা য়াও ৯৯ গীদি থোইদোক্লা ব্রারুদরে। ব্রারী অসিনা তাকপদি ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা মশু অমত্তা মাঙহনবা পামদে হায়বনি।

ঈশ্বরগী অচুম্বা পাউতাক ইন্দ্রবা, ইমা ইপাগী অচুম্বা ব্রা ঐখোয়না লৌদ্রবা সংসার অসিদা ঐখোয়বু কনবীনবা কনামত্তা লৈররোই। ঈশ্বরনা পীবা

দন্দি, ইমা ইপানা ব্বারক ব্বাতেম্বা চৈবা খুদিংমক ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ চুমথোক্লবগী, অচুম্বা লম্বীদা চৎনবগীনি হায়না লৌগদবনি। মতাং অসিদা হায়নবা পাউরৌ অমা লৈ মদুদি "সনানা মৈদা চংলগা ইক্লগা ট্রিটমেন্ট তৌরবা মতুংদা অশেংবা অরংবা সনা ওল্লকই"। অব্রা অনা চৈথেং ফংদনা অচুম্বা অশেংবা ওইবা ঙম্লোই।

হেলি স্ক্রিপচরগী ব্বারী অমা লৈ মদুদি ইনাকখুনবা নুপা অমনা হোলি লাইফ চঙবদা করি করি থবক তৌগদগে হায়না হংলম্মী। স্ক্রিপচরদা য়াওবা পাউতাকশিং অদু ইল্লু হায়না ঈশ্বরনা খুল্লম্মী। পাউতাকশিং অদুদি (১) মী হাৎকনু (২) এডল্টরি ওইগনু, সেক্সুয়েল প্যুরিটি ওইয়ু (৩) মীগী মপোৎ মরল হুরানগনু (৪) মীঙোন্দা অরানবা মরাল শীগনু (৫) নমা নপাবু ইকায় খুম্মৌ (৬) মীনম্বা ঙাঙগনু (৭) নঙনা নশাবু নুংশিবগুম্মা নহাক্কী য়ুমলোন্নবশিংসু নুংশিয়ু। হায়রিবা পাউতাকশিং অসিদি লোইনা পাঙথোক্লে হায়না ইনাক খুনবা নুপা অদুনা খুম্লক্লম্মী। হায়রিবশিং অসি নত্তবা অতাপ্পা করি করি তৌগদগে হায়না নুপা অদুনা অমুকসু হংলক্লম্মী। ব্বাহং অসিগী পাউখুমদা ঈশ্বরনা খুম্লক্লম্মী মদুদি নহাক্লা মপুং ফাবা হোলি লাইফ ওইগে হায়রগদি নহাক্কী অবৈবা লনথুম খুদিংমক য়োম্থোক্লো অদুগা মদুগী শেনশিং অদু তৌফম চাফম খঙদ্রবা তোল্ল তারবা, লায়রবশিংদা লোইনা পিথোকখো। অসুম্মা তৌরগদি নহাক্লা ঈশ্বর মফমদা লৈবা মতমদা ইনাকখুনবা মী অমা ওইগনি অমদি ঐগী অশেংবা ভক্তা অমসু ওইবা ঙমগনি। ঈশ্বরগী ভক্ত ওইবা ঙম্বা মী খুদিংমক মশাগী ওইবা খুদিংমক থাদোকপা ঙম্বা তাই। মশাগী ওইবা থাদোকপা ঙমদ্রগদি ভক্তা ওইবা ঙম্লোই। থাদোকপা হায়বসি রিনুনসিয়েসন তৌবা ঙম্বা হায়বনি। মী অমনা ময়ুম মকৈ থাদোকপা ঙম্বা, মমা মপা, মচিন মনাও, মচা মশু, লন থুম খুদিংমক থাদোকপা ঙম্বগী ব্বাখল লৈবা ঙম্বা নৎত্রগা ঈশ্বরগীদমক হায়রিবশিং অসি থাদোকপা ঙম্লগদি মপুং ফাবা হোলি লাইফ অমা ওইগনি, ঈশ্বর ফংগনি অমদি ঈশ্বরগী মফমদা ১০০ দা ১০০ ইনাকখুনবা মী অমসু ওইবা ঙমগনি। ব্বাহৈশিং অসি তারবা মতুংদা ইনাকখুনবা নুপা অদু নুংঙাইতনা চৎপ্রে মরমদি ইনাকখুনবা মীনা মহাক্কী লনথুম অদু থাদোকপা

ঙমদে অমদি ইনাকখুনবা মীনা ঈশ্বরগী মনাই পুরা ওইবা ঙমদে। সংসা অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক ঈশ্বরগী লম্বীদা চঙবা ঙমদে অদুবু ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীওই খরদি ঈশ্বরগী লম্বী হোলি লাইফতা মশাগী ওইবা থাদোকপা ঙম্বা মবম্মা লায়না চঙবা ঙম্মী।

******

Do not commit a sin in retaliation for another sin.

Conquer the anger of others by nonanger.

conquer evil doers by saintliness.

Conquer the miser by gifts.

Conquer falsehood by truth. Scripture -

## Chapter 15

# থবক তৌবগী মহৈ

হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি থব্রায় পানবা জীব খুদিংমক তাইবঙপান অসিদা পোক্লক্লগদি অব্রা অনাগী চৈথেং ফংবদি শোয়দ্রবনি। অব্রা অনাগী চৈথেং অদু মী খরদনা খজিক্তা ওইবা য়াই অদুগা অতোপ্পা খরদনা য়াম্না য়াম্বসু ওইবা য়াই। হায়নবা অমসু লৈ মদুদি মীওইবা ঐখোয়না নুংঙাইগনি হায়না খন্দুনা তৌরুবা থবক অরোইবদা অব্রা অনাগী চৈথেং ফংখিবা কয়ানি। অব্রা অনাগী চৈথেং ল্লো মথং মথং নংলবা মীওই খরদি হিংবগী অর্থ য়াওদনা পুন্সি লোইখিবা কয়ানি। মরম অসিননি মীওইবা ওইনা পোক্লবা ঐখোয়না অচুম্বা পুন্সি লম্বী লাইফ ষ্টাইল অমা থিবা দরকার ওই। অচুম্বা পুন্সি লম্বী অদুদি হোলি লাইফ ওইয়ু হায়বনি। হোলি লাইফ পুরা ওইবা ঙমদ্রগসু খরদি হোলি লাইফ ওইয়ু হায়বনি। ঐখোয়না ব্রার্ল্ড অসিদা পোক্লবনিনা ব্রার্ল্ডলি ওইবদি মশানা তাবনি অদুবু কাহেনবা ব্রার্ল্ডলি ওইবদি অফবগী খুদম নত্তে। সংসারগী চৎনবীদা অমদি সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা কা হেনবা অপাম্বা থম্বা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মরম্না মীওইবা ঐখোয়দা অব্রা অনাগী চৈথেং ল্লো য়াম্না ফংঙি। অব্রা অনাগী চৈথেং হস্তহনগে হায়রগদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা থাদোকউ হায়বনি। ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদ্রগদি মনীং তম্বা ফংলে হায়বনি।

ঐখোয়না থবক অমা তৌরগদি মদুগী মহৈ অদু শোয়দনা ফংগনি। অফবা তৌরগা অফবগী মহৈ, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবগী মহৈ। ঐখোয় মীওই খরদি খঙনা খঙনা ফত্তবা থবক তৌই অদুগা ফত্তবা তৌরুবগী ফত্তবা মহৈ অদুসু চাই। অদুবু মীওই খরদি খঙদনা থবক অমা তৌরুবদগী ফত্তবা ওইরমদুনা ফত্তবা মহৈ চাই। মসিনা তাকপদি খঙনা তৌবা নৎত্রগা খঙদনা তৌবা থবক অদু অরানবা ওইরম্লগদি, ফত্তবা মহৈ ফংগনি। খঙনা তৌবা নৎত্রগা খঙদনা তৌবা থবক অদু অচুম্বা ওইরম্লগদি অফবা মহৈ ফংগনি। মসিগী খুদম অমা পীরি মদুদি অঙাংনা খঙদনা কেন্দলগী হৈ পাইরুবা অদুগা ঐখোয়না খঙনা কেগুলগী মৈ পায়রুবদা মৈনা পোকপা অনীমক চপ মান্নগনি। রিজল্ট চপ মান্নগনি।

ঈশ্বরগী মীংয়েংদা অচৌবা মী অমা হায়বগদি মী অদুনা অহানবদা মনাই/মীনাই ওইবগী এক্সপরিয়েন্স হান্না লৈবা তাই। মথংদা মপু ওইবগী এক্সপরিয়েলন্স অমুকসু লৈগদবনি। মাস গ্রেজুয়েসনগী প্রোসেস অমনি। ঈশ্বরগী মী গোডমেন ওইখিবা মী খুদিংমক মনাই/মীনাই ওইরবা মতুংদা মপু ওইখিব ঙাক্তনি। হায়রিবা অসি মী ১/২ দদি এক্সেপ্সন ওইরম্বদি য়াই।

হোলি ওইবা মীনা ৱার্ল্ডলিগী ওইবা ইনাকখুনবা লনথুম পৈশিনবা অমত্তা পামদে। ঈশ্বরগী ইনাকখুনবা ডিভাইন কলচর মশাদা থম্লবা হোৎনজৈ। চান্নবা চীঙ্গাক্কীদমক, শেৎনবা ফিরোলগীদমক থোইদোক্না য়াম্না ৱারুবা লৈতে মরমদি অচুম্বা অশেংবা হোলিগী পুন্সি মরেলদা লেননবা হোৎনবনা হেন্না মরু ওই হায়না খঞ্জে। চীঙ্গাক হেন্না চাবা, ৱাৎনা চাবা হায়বদি চানবা চীঙ্গাক্কীদমক থোইনা ৱারুদে। হকচাংবু নাদ য়েক্তনা থম্বনা ফজ ফজবা লকজরিগী ফিরোল শেৎপদগী হেন্না মরু ওই হায়না লৌজে। হোলিগী ৱাখল, হোলিগী ৱাঙাঙ, হোলিগী থবক, হোলিগী হকচাং ওইনবা হোৎনজৈ।

মীওইবা খুদিংমক্না খঙনৈ ঙাঙনৈ মদুদি হোলি/স্পিরিচুয়েল লাইফ হায়বসি মীওইবনা চৎকদবা অচুম্বা পুন্সি লম্বী অমনি হায়না। স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎলগদি সংসারগী ওইবা অৱা অনাদগী ঙাকথোকপা ঙম্মীসু ঙাঙনৈ। অদুবু স্পিরিচুয়েল লাইফকি মরমদা খঙলিবা ঙাঙলিবা মী অদুসু স্পিরিচুয়েল লাইফ

চৎপা ঙমদবা কয়ানি। মীওই কয়া অমা লাইশঙদা চৎলুরবা, স্ক্রিপচর কয়া অমা নৈনরুরবা মতুংদা স্পিরিচুয়েলগী অফবা লমচৎ শাজৎ খরা চৎলল্লগা চৎপা ঙমদদুনা ৱার্ল্ডলি লাইফ ওইবা কয়ানি। মীওই খর অমদি মপাম্বোংদা ফিজেৎ চাকচাদা স্পিরিচুয়েল মাল্লগা মনুংদা ৱার্ল্ডলি লাইফ ওইবা কয়ানি। মীওই খরদি মশাগী ৱিল পৱার, শক্তি পুথোক্তুনা, প্রাক্টিস মপুং ফানা তৌদুনা পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা স্পিরিচুয়েল লাইফ পুরা ওইবা ঙমখি।

স্পিরিচুয়েল চৎপা পাম্বা মী অমনা স্পিরিচুয়েল চৎপা ঙমদবগা মান্নবা ৱারী অমা লৈ। ৱারী অদুদি – নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মহাক্কী লৈকায় অদুগী মীয়ামগী ওইবা লাই খুরুম্নবা লাইশঙ অমা মশাগী লৈজবা পৈশা খরা পুথোক্তুনা ফাউণ্ডেসন হৌরদুনা খরা শাগৎপা হৌগৎলে। নুপা অদুগী মশাগী য়াম্না অশোয়বা অমদি লাইশঙ শাদ্রিবৈগী মমাংদা লাইশঙগী পাকপা চাউবা, ৱাংবা অমদি লাইশঙগী শেমগৎ শাগৎপদা শেল কয়াম য়াম্না চঙবা, মতম্না কয়াম্না চঙবা, মশাগী শেলখক্তনা শাবা ঙমগদ্রা নৎত্রগা মীয়ামদগী ডোনেসন্না শাবা ঙমগদ্রা হায়বনচিংবা ৱার্ক আউট ডিটেলস হান্না হোৎহৌদ্রে। নুপা অদুনা মশাগী অরৈবা শেলশিং পুথোক্লগা গ্রাউণ্ড ফাউণ্ডেসন ফাওবা শাগৎলল্লগা লেপখ্রে। মশাগী শেল লৈত্রবনিনা অমদি মীয়াম্না ডোনেসন তৌরক্তবনিনা শাগৎপগী থবক চহি ৩/৪ লেপখ্রে। লৈকায়গী অউবা মীওইশিংনা নুপা অদুদা অসুম্নসু নোক্লবসু য়াওরে। "মসিগী নুপা অসিনা শাবা ঙম্মি ঙম্লোই খঙদনা লাইশঙগী ফাউণ্ডেসন খরা তৌরম্লগা লোইশিনবা ঙমদনা তোকখ্রে।" ৱারী অসিনা তাকপদি ঐখোয়না স্পিরিচুয়েল লাইফ চঙগে হায়না খরা হৌরম্লগা তোকখিবা নৎত্রগা ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয়গী পুন্সিগী ওইবা থবক খরা পাঙথোক্কে হায়না খল্লগা খরা হৌরম্লগা ঙমদনা তোকখিবা নৎত্রগা পুন্সিগী ওইবা অরেপ্পা পান্দম থম্বা ঙমদবা, পাঙথোকপা ঙমদবা হায়না অদুগা মান্নে।

******

Dependence is misery. Independence is happiness – Scripture –

# Chapter 16

## লমচৎ শাজৎ করেক্টর

মীয়াম পুন্নমক্লা খঙনবা স্ক্রিপচর অমা লৈ মদুদি (১) ঐখোয়গী পৈশা লুপা মাঙবদি করিসু মাঙবা লৈতে (২) ঐখোয়গী হকচাং মাঙঙগদি করিগুম্বা খরা মাঙঙি (৩) ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ করেক্টর মাঙঙগদি পুন্নমক মাঙঙি। হায়বিবা অসিদা লমচৎ শাজৎ করেক্টরবু মপুং ওইনা মরু ওইবা অমা লৌরি। মী অমনা মাগী লমচৎ শাজৎ অদু অফবা অচুম্বা ওইদ্রগদি মী অমা ওইবগী মগুণ লৈতে হায়বনি। সংসার অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক মাগী মাগী ওইবা লমচৎ শাজৎ করেক্টর মগুণ অমমম্ লৈজে। অদুবু য়াম্না ঙক্লিবদি মীওইবা হায়বা জীব অসিনা গুণ কয়ামুক চেনবা ঙম্মী। মীওইবনা শাগী গুণসু চেনবা ঙম্মী, উচেক ৱায়াগী গুণসু চেনবা ঙম্মী, ঈশ্বরগী গুণসু চেনবা ঙম্মী। মীওইবা খুদিংমক মীনাই ওইবা য়াই, নিংথৌ ওইবা য়াই, মাগী লমচৎ শাজৎ করেক্টর অদু হোলি/স্পিরিচুয়েল ওইরগদি মহাক অদু অফাওবা অচৌবা মী অমা হেক্তা ওই। লাইরবা মচা প্রোফেট, মুহাম্মদ, লমচৎ শাজৎতা হোলি ওইবা মরম্না মহাক্কী মমিং চাউনা ধর্ম্মগী হিষ্ট্রিদা য়াওরি। লাইরবা উশুবগী মচা যীশু খৃষ্ট লমচৎ শাজৎতা হোলি ওইবা মরম্না মালেমদা রেকোর্ড থমদুনা

মহাকপু খঙনদবা কনামত্তা লৈতে। ইনাকখুনবদা হায়রগসু নিংথৌ মচা গৌতম বুদ্ধনা মোক্ষ অমা ওইনা মপুন্সি লেনখিবা অদু মালেমগী মীয়াম্মা খঙনরি। নিংথৌরেলদা হায়রগসু অশোক্কা নিংথৌনা কালিঙ্গগী লাল্ মায় পাক্লবা মতুংদা মীশি মীনা ময়াম অমা উরুবদগী, মহাক্কী থম্মোয় শোকপদগী ধর্ম্মগী হোলিগী লম্বীদা চঙখি। মহাক্না বৌদ্ধ ধর্ম্ম এসিয়া লৈবাক অয়াম্বদা শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। এসিয়া মহাদেশ লৈবাকশিংদা ধর্ম্মগী শান্তি অহিংসা থম্লবা মহাক্না কন্না হোৎনখিবগীদমক মহাকপু অশোক্কা ডি গ্রেট হায়না মীয়াম্মা খঙনরি। মসিনা তাকপদি মীওইবগী লমচৎ শাজৎ করেক্টরনা মী অমবু মতিক চাবা অচুম্বা চৎপা অমা ওইহনবা ঙম্মী। লৈবাক্কী নিংথৌ কয়া ওইসনু, লৈবাক্কী অচৌ অচৌবা ফম কয়া পায়সনু, ইনাক খুনবা কয়া ওইসনু মীওই অদুগী লমচৎ শাজৎ চুমদ্রবা, মশাগী অচুম্বা আইডিয়েল লৈতবা মীওই অদু কান্নদবা মীওইনি। মসিনা তাকপদি ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ করেক্টরনা ঐখোয়না পায়রিবা ফম পোষ্ট এন্দ পোজিসন্দগী হেন্না মরু ওই হায়বনি। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হাযবা অমা লৈ। মদুদি "নহাক্কী লনথুম সনা লুপা মাঙলম্বা য়াই অদুবু নহাক্কী অচুম্বা লমচৎ শাজৎ আইডিয়েল লৈরগদি নহাক হিংগনি। অদুগা অমনা নহাক্না নহাক্কী লমচৎ শাজৎ, অচুম্বা আইডিয়েল চৎপা ঙমদ্রবা মতমদা নহাক্কী সনা লুপা লনথুম শক্তিন খুদিংমক্না নহাকপু কনবা ঙম্লোই।" মরম অসিননি লমচৎ শাজৎ অচুম্বা আইডিয়েল হায়বসি মীওইবনা হিংবদা চৎকদবা মরুওইবা নিয়ম অমনি।

মীওইবগী লমচৎ শাজৎতা ঐখোয় মীওইবনা চাবা থকপা হকচাংগী নুংঙাইবা য়াম্না পাম্মী। হায়রিবশিং অসি সেন্স ইন্দ্রিগী অপাম্বনি, য়ু থকপা, নিশা চাবা, চাকচা হৈজানবা মখল কয়াগী সেন্স ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা, ফত্তবা চুমদবা থবকশিং অসি নোংম নোংমগী খজিক খজিক তৌরকপদগী অকোনবদদি কাহেনবা অমা ওইরক্নুনা থাদোকপা ঙমদবা ইশাগী ওইবা লমচৎ শাজৎ অমা ওইরকই। মদুদগী খঙহৌদনা খুদোংথিবা অৱা অনাদা তাই। মসিবু অরানবা তৌবদগী অরানবগী লাংদা থুবা হায়না কৌই। অতোপ্পা অমসু অসুম্না হায়নৈ

মদুদি সংসারগী চৎন- লোনচৎতা কাহেনবা পাম্বা ব্রাল্ডলিনেস ওইবসু মায়াগী লাংদা থুই। হায়রিবশিং অসিদগী ঐখোয় মীপুম খুদিংমক্লা ইশা অসে চেকশিনবা, কুপ্না য়েংশিনবা তাই। ইশাগী পাঙ্গল শক্তি পুথোক্নুনা সেল্ফ কন্ট্রোল তৌদুনা হায়রিবা ফত্তবা হৈনবী অসিদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবা তাই। মীওইবগী পুন্সি অসি তাঙ্কক কয়া থোক্লা খায়দোকই মদুদি অঙাং- নহাগী পুন্সি, নহা- য়ুঠকি পুন্সি, মীয়ায় চনবা অমদি অহল ওইবা পুন্সি হায়না। মীওইবগী কাহেনবা ফত্তবা লমচৎ শাজৎকি হৈনবী অসিদগী নাম্থোকপা ঙমহৌদ্রবা মীওই কয়াদি নহা য়ুঠকী পুন্সিগী মতমদা পুন্সি লোইবা কয়ানি। মরম অসিনা মীওইবা খুদিংমক্লা সেল্ফ কন্ট্রোল তৌদুনা অহল ওইবা পুন্সিগী তাঙ্কক ফাওবা হিংনবা হোৎনবা তাই হায়না স্ক্রিপচরনা হায়রি। ময়াম্না হায়নবা অমসু লৈ মদুদি পৃথিবী অসিদা পোক্লিবা ঋৌদোক ব্রাথোক খুদিংমক নহা-য়ুঠকী চহি মতাংদা লৈবা মীওইশিংনা থোকহনবা ঙাক্তনি হায়না। য়ুঠ প্রোব্লেমনা ব্রাল্ডগী প্রোব্লেম অমসু চাউনা ওইহল্লি।

ঐখোয় মীওইবনা করিগুম্বা কান্দা ফত্তবা অমা কনাগুম্বা অমদা তৌরুরে। ফত্তবা তৌরুবদগী ইশাদা নেনা তাদবা, ইকায়বা ওইবা য়াই, শাওনিংবা ওইবা য়াই, নোর্মেল ওইদবা অমা ইশাদা লৈ। মসিনা ইশাদা নুংঙাইতবা পেন্দবা অমদি অদুম পোকহন্দুনা লৈ। মসি কোক্লবগীদমক অরানবা তৌরুবা ঐখোয়না লাল্লে হায়জবা নৎত্রগা হায়দোকপা, ফোঙদোকপা কনফেস তৌবা অমদি দরকার ওই। হায়দোকপদা ফোঙদোকপদা ঙাইহাক্কী ইকায়বা নুংঙাইতবা ওইরগসু মতুং তারকপদা পুময়াং য়াংবা নুংঙাইবা ফ্রি ওইবা অমদি শোয়দনা ফংগনি। মসিগা চপ মান্নবা প্রমান অমা পীরি মদুদি মী অমনা মশাগী য়ুম ইঙ্খোলগী থবক অমা তৌবা মতমদা খঙহৌদনা খুজিন্দা তুম (তিংখঙ) অমা চঙখ্রে। তুম অদুনা মী অদুগী মশাদা মতম চুপ্পদা অকায়বা পীদে অদুবু করিগুম্বা কান্দা খঙহৌদনা তুম অদুদা থেংলুরগদি জিং জিং লাউবা নুংঙাইতবা অমদি ফাওই। তুম অদু ইশাদগী শত্তোক্লগদি ইশাদা পুময়াং য়াংবা নুংঙাইবা ওই। ফত্তবা

তৌরুবা হায়দোকপা কনফেস তৌবগা হকচাংদগী খুজিন্দগী তুম শত্তোকপগা চপ মান্নে। স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি ফত্তবা পাপ তৌবা মী অমনা ফত্তবা পাপ তৌরুবশিং অদু লাল্লে হায়না হায়দোকপা কনফেস তৌবা অমদি মতুংদা ফত্তবা পাপ চেনবা থবকশিং অদু অমুক হন্না তৌররোই হায়না ৱাশকপগা লোয়ননা অচুম্বা মী অমা ওইরকপা মী অদু ঈশ্বরনা কনবী, চানবী, নুংশিবী।

******

Desire is never satisfied by the enjoyment of the
objects of desire. it grows more and more does
the fire to which fuel is added. – Scripture –

# Chapter 17

## ঈশ্বরগী মচা

স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুং ইন্না ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মী খুদিংমক মখোয়না সংসার অসিদা হিংবা মতমদা মীওঙ্গা অচুম অরানগী বিচার তৌদে, অরানবা মীবু দন্দি পীবসু তৌদে। ওাকপীবা কনবীবা থৌদাং খক্তা মখোয়না তৌই। মতম খুদিংদা অচুম্বগী পাওাতক পীবা খক্তা তৌই। অচুম্বা ব্রাখল, অচুম্বা ব্রাওাঙ, অচুম্বা ঈশ্বরগী থবক্তমক পাঙথোকচৈ। সংসারগী ওইবা চৎনা লোনচৎ, সংসারগী ওইবা পোৎশক্তা মিতাবা পামদে হায়বদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদে। মখোয়না হিংবদা চাবা থকপা শেৎপগীদমক করিমত্তা ব্রাদে। ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদবা মরম্মা সংসারগী অব্রা অনা করিমত্তা পুদে। মতাং অসিদা ঈশ্বরগী ব্রাহৈ অমা লৈ মদুনি "ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা সংসার অসিদা থারকপা অসে মীবু অচুম অরানগী জজমেন্ট তৌবগীদমক, দন্দি পীবগীদমক থারকপা নত্তে। মীওইববু কনবীবগীদমক লাকপনি।"

সংসার অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক অয়াম্বনা শুবা নোম্বা কল্লি। নোল্লিবা খুদিংমক চীঞ্জাক্কীদমক ফিরোলগীদমক লৈনবা য়ুম শাবগীদমক অয়াম্বা ওই। মসিদগী হেন্দোক্কুনা ইনাক খুন্নবা, শেল হেন্না পায়নবা অমদি লন থুম

হেন্না তানশিনবগীসু থবক হেন্না কন্না শুই। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুং ইন্নদি মীওইবনা চাননবগীদমক শেৎনবগীদমক শুরি নোম্লিবা অদুনা ফত্তবা অরানবা লম্বীদা লাক্লবা ওইহনগনু। মদুগী মহুত্তা চান শেৎনবগী শু নোম্লিবা অদুনা অফবা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বীদা লাক্লবা ওইহল্লু। মসিনা তাকপদি শুরি নোম্লিবা থবক অদু ঈশ্বরনা অয়াবা অচুম্বা থবক ওইগদবনি অদুগা চারিবা শেৎলিবা অদুসু ঈশ্বরনা য়াবা অচুম্বা ওইগদবনি। স্ক্রিপচরনা হায়বা অমসু লৈ মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা মশা মথন্তগী ওইবা মাগী হকচাং মাগী পুন্সিবু নুংশিজবা, কঞ্জবা পামজবা অদুগা মহাক্কী চৎলিবা পুন্সি লম্বী অদুনা অচুম্বা অশেংবা ঈশ্বরগী লম্বী ওইদবা হায়বদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইরগদি মহাক্কী পুন্সি অদু তুংকোইনা চৎপা ঙমদে, লাষ্টিং ওইদে। অদুগা কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী হকচাং মহাক্কী পুন্সি থোইদোক্লা করিমত্তা খল্লুদবা অদুগা মহাক্লা চৎলিবা পুন্সি লম্বী অদুনা অচুম্বা অশেংবা ঈশ্বরগী লম্বী ডিভাইন লাইফ ওইবা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদ্রগদি মহাক্কী হকচাং মহাক্কী পুন্সি অদু তুং কোইনা চৎপা ঙমগনি, পুন্সিগনি, লাষ্টিং ওইগনি। মসিনা তাকপদি চাননবা শেৎননবা হিংননবগীদমক য়াম্না ব্রাবা দরকার ওইদে। অশেংবা অচুম্বা পুন্সি লম্বীদা চত্তুনা শাংলবা পুন্সি ঈপাক অসে অব্রা অনা য়াওদনা লানবা ঙম্নবা হোৎনবা অমদি হিংবগী অর্থ লৈননবা হোৎনবনা হেন্না ফৈ। মতাং অসিদা হায়নবা অমসু লৈ মদুদি চাননবা, শেৎননবা হিংননবগী অব্রাৎপা করিমত্তা লৈত্রবা মীওই অমনা অরানবা চুমদবা পুন্সি লম্বীদা চৎলম্লগদি শাংলবা পুন্সি ঈপাক লানবা ঙম্লোই, পুন্সি তেনগনি, হিংবগী অর্থ লৈরোই। কয়াম য়াম্না রিনুনসিয়েসন তৌবা ঙম্বা, সেলভেসন তৌবা ঙম্বা, ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদবগী চাং ডিগ্রী অদুনা মী অমনা কয়া য়াম্না অশেংবা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বী চৎলি হায়বা খঙবা ঙমগনি।

মীওইবনা হিংবা মতমদা অচুম্বা অফবা হেবিট হৈনবী লৈবা তাই। অফবা তৌবগী/ফত্তবা তৌবগী হৈনবী হেবিট অসি ইশাদা চংখ্রগদি হকচাং বোডিদা সিষ্টেম অমা ওইরক্তুনা থাদোকপা ঙমদে। হকচাংদা অফবা অচুম্বগী য়োৎহ্লিং থাংবদি/চেন থাংবদি অফবগী খুদম্নি অদুগা হকচাংদা ফত্তবা তৌবগী য়োৎহ্লিং/চেন থাংবদি ফত্তবগী খুদম্নি।

মীওইবগী সেক্স ওর্গান্না অফবা অমসুং ফত্তবা অনীমক তৌবা ঙম্মী। মীওইবগী কা হেনবা সেক্স প্লেজর কন্ট্রোল তৌরগদি ব্রাখল শান্তি থম্বা ঙমদুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎহনবা ঙম্মী। হায়নবা অমা লৈ মদুদি মমিৎ তাংবা মী অমনা কল্লক-মীহৌবা থোইদোক্লা লৈরোই অমদি ফত্তবা অরানবা থোইদোক্লা তৌরোই। অদুবু মীৎ উবা মী অমদি কল্লক মীহৌবা ফত্তবা অরানবা তৌবা ঙম্মী। স্ক্রিপচরনা তাকপদি ঐখোয়গী মিৎ অসিনা কল্লক মীহৌবা লৈতনা অফবা অচুম্বা লম্বীদা শীজিন্নৌ হায়বনি। মীৎ তাংঙু, মীৎ উগনু হায়বদি নত্তে। মীওইবগী ব্রাখলদা ফত্তবা কল্লক মিহৌবা ফাওরকপদগী সেক্স ওর্গান্না থবক ওইনা ফত্তবশিং অদু পাঙথোক্লুবদগী ফত্তবা পাপ্ চেনবা মী অমা ওইরকই।

ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীওইনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা, রিনুনসিয়েসন তৌবা ঙমদুনা সংসার অসিবু অচুম্বা লম্বীদা হিংনবা হোৎনজে। ঈশ্বরগী মীওইশিংদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদবা মরম্না মীঙোন্দা মতেং পীবা পাউতাক পীবা ঙম্বগী শক্তি লৈজে। মীওইশিং অসি লৈবনা সংসারগী ওইবা মীহাৎ মীপুন, অৱা অনা য়াম্না হন্থহনবা ঙম্মী। অরানবা, পাপ্ চেনবা মীবু ঙাকপিনবা হোৎনবা অমদি সংসার অসিবু অচুম্বা লম্বীদা চৎনবা হোৎনবদা মখোয়না অৱা অনা পুই অমদি মখোয়গী মপুক্সি ফাওবা কৎখোকপা ঙম্মী। ঈশ্বরগী মীওইশিংদি ঈশ্বরগুম্ন া মতিক মঙাল লৈনা হিংবা ঙম্বা মরম্না অতোপ্পা মীওইশিংদগী মতেং লৌদে। ঈশ্বরনা হায়রম্বা পাউতাক অমা মখোয়না থাজে মদুদি “মীঙোন্দা মতেং পীবা, সেবা তৌবনা হেন্না নুংঙাইজবা হেল্লি” হায়নবা অমসু লৈ মদুদি কা হেনবা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীওইশিংদি সংসার অসিদা হিংবদা করিমত্তা কান্নবা লৈতে। ব্রাথোক লাম্থোক প্রোব্লেম হেন্না সংসার অসিদা পুথোক্লম্মী।

হোলি লাইফ অমা ওইনা হিংবদা অরুম্বা পোৎলুম পুবা লৈতে। অচুম্বা পুক্সি লম্বী অমা খঙনবা স্ক্রিপচর খরদি অহানবদা নৈনবা তাই। মথংদা স্ক্রিপচর অদু ইশাদা প্রাক্টিস তৌবদা অৱাবা খরা লৈরগসু ইশাদা হৈনবী অমা ওইরক্লুনা নুংঙাইবা অমা শোয়দনা ফাওরক্কনি। হায়নবা অমা লৈ মদুদি “লাইরিক্তা

য়াওবা জ্ঞ্যান ঐনা চৎত্রগদি জ্ঞান য়াওদবগা চপ মান্নৈ। ঐনা শু-নোমদ্রবা, শেল তান্দ্রবা মীগী মখুত্তা লৈবা পৈশা ঐগী ওইবা য়ারোই, পুন্নমক প্রাক্টিস তৌদুনা ফংনবা হোৎনবা তাই"। অপাম্বা থাদোকউ, ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা থাদোকউ, টেম্পটেসন থিংঙু, ভক্ত ওইবা তম্মু, অৱা অনা লৈরোই। রিনুনসিয়েসন তৌদুনা শান্তি ওইবা অচম্বা পুন্সি হোলি লাইফ শোয়দনা ফংগনি।

******

The unselfish performance of works is

better than the renunciation. – Scripture –

# Chapter 18

## সৈতানগী ফত্তবা ব্রাখল

হোলি স্ক্রিপচরগী ব্রারী অমা লৈ মদুদি সৈতান ওইবা ফত্তবা মীনা ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীবু মাঙহন্নবা মতম চুপ্পদা হোৎনৈ। মীবু মাঙন তাক্লবা ফত্তবা পাউতাক কয়াসু পী। সৈতান্না হোলিমেন অমদা হায় "নহাক্না সংসার অসিদা মমিং চৎপা মী অমা ওইগে হায়রগদি লনথুম সনা লুপা, মণিমুক্তা, হেন্না তানশিনবা তাই অমদি নহাক্কী শক্তি শীজিন্নদুনা নিংথৌ অমা ওইবগুম্না লৈবা তাই। অসুম্না তৌরগদি সংসারগী ওইবা মীংচৎ পুম্নমক নহাক্কী ওইরে, গ্রেটনেস ওইরে"। হায়রিবা পাউতাকশিং অসি তারবা মতুংদা হোলিমেন অদুনা অসুম্না খল্লি মদুদি অরানবা পাউতাকশিং অসি মীওইবনা লৌশিল্লগদি মী অমগা অমগা শক্তি তান্নবা, ইনাকখুনবা তান্নবা, মিংচৎ থম্নবা অমদি অঙন্বা তান্নবা হোৎনবদা মী অমগা অমগা য়েংশিন্নরকপা খৎন চৈনবা, মাঙন তাক্লবা শিন্নরক্কনি, নাপল কানরক্কনি। সৈতানগী পাউতাক লৌবগী মহুত্তা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা চৎপনা হেন্না ফবা ওইগনি হায়বসি হোলিমেন অদুনা থাজে। সৈতানগী পাউতাকশিং অদু হোলিমেন অদুনা লৌশিনদ্রবনিনা সৈত্যান অদু হোলিমেন অদুদগী লাপথোকখ্রে। ব্রারী অসিনা তাকপদি হোলি ওইবা মীশিংগী ব্রাখলদা সৈতানগী ফত্তবা ব্রাখল টেম্পটেসন অমত্তা চঙবা ঙমদে।

ঈশ্বরগী পাউতাক্তি মফম পুম্নমক্তা, মতম পুম্নমক্তা শন্দোক্কুনা লৈ। অচুম্বা পাউতাক অদু ঐখোয়না লৌশিনবা ঙমদবগী ৱানি। ঐখোয়না অরানবা লম্বীদা চৎলগদি অরানবগী ফল ফংঙি। মতাং অসিদা হংনবা ৱাহং অমা লৈ মদুদি "ঐনা ঈশ্বর নিঙলগা করিগীনো ঐবু ঙাকপি কনবিদ্রিবা?"। মসিগী পাউখুম অসুম্না পী নঙনা ফত্তবা তৌরগদি ফত্তবা ফংবা তাই। শিগে হায়না হু থক্কুরগদি শিবা তাই। মসিদা ঈশ্বরনা কনবীবগী ৱাফম করিমত্তা লৈতে। স্ক্রিপচরনা হায়- "ফত্তবা অরানবা তৌদুনা ঈশ্বরনা কনবীবা ঙম্বা ঙমদব্রা নৎত্রগা ঈশ্বর লৈব্রা- লৈতব্রা হায়বগী চাংয়েং অমত্তা তৌগনু ফত্তবা ওইগনি। অচুম্বা লম্বী চৎলু হায়বনি"। ঈশ্বরগী মীংদা মিত্রং মেজ্যিক তৌগনু। মিত্রং মেজ্যিক ঈশ্বরনা তৌহনবনি হায়রগদি ঈশ্বরবু অরানবা লম্বীদা থাজহন্নবা হোৎনবনি। মীওইবা ওইনা পোক্লক্লগদি শুবা নোম্বা অমদি মনীং তম্না হিংবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। হোলিগী ৱারী অমা লৈ মদুদি নুপী মচিন-মনাও অনি লৈ। মচে অদুনা মচা-মশু য়াম্না লৈবা মরম্না নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা থবক শুদুনতা লৈ। অদুগা মনাওনুপী অদুনা মচা-মশু ১/২দা লৈবনিনা নুমিৎ খুদিংগী দরকার ওইবা থবক খরা-খরা শুরগা অমদি নুমিৎ খুদিংগী হোলিগী লাইরিক পাদুনা পাউতাক লৌশিন্দুনা নুংঙাইনা পাল্লি। নোংমদি ঈশ্বরগী মী সৈন্যাস অমা লাকই। মচেনুপী অদুনা সৈন্যাস অদুদা হায়- "হো সৈন্যাস ঐগী ননাওনুপী অসে থবক য়াম্না শুনিংদে। থবক কন্না শুনবা খরা হায়বীরম্মু"। সৈন্যাস অদুনা খুন্নকই মদুদি মীওইবনা শুবা নোম্বা দরকার ওই। তৌইগুম্বশুং হিংননবা হোৎনবদা অচুম্বা পুন্সি লম্বী অমদি থিবা দরকার ওই। মসিগী অর্থদি মীওইবনা শুবা নোম্বা খক্তদা ৱাদুনতা লৈগদবা নত্তে। য়াম্না মরুওইবদি ঈশ্বরগী পাউতাক ঈশ্বরগী ৱিল ঐখোয়না লৌশিনবা তাই। ঈশ্বরগী পাউতাক লৌশিল্লগদি ঐখোয়না শু-নোম্লিবা খুদিংমক ৱারোই, পুন্সিনা হিংবদা অরুম্বা পুরোই, অরান খুভম, নির্ভান ফংবা ঙমগনি।

স্পিরিচুয়েলগী পবা তম্বা মতমদা ছাত্র-ছাত্রিশিংবু জ্ঞ্যান তানবা তাকপী তম্বীদা অচুম্বদা শেমজিন শাজিনবা ৱারী মচা কয়া শেম্মী। খৃষ্টানগীদা ইবা ৱারী মচাশিংবু পেরেবল কৌই। মণিপুরীদা হায়রগনা ফুঙ্গা ৱারী কৌই। করিগুম্বা অমা অদু তৌগনু ফত্তে নৎত্রগা মদু তৌ ফৈ হায়বা ওজা-গুরুনা তাকপা অদু ছাত্রশিংনা মিৎ-নাকোংনা তারগসু পুরা খঙবা ঙমদে, ৱাখল কুপ্না খনবা ঙমদে,

তল্লি। মরম অসিনা অহল লমন, ওজা- গুরুনা ৱারী মচা ফুঙ্গা ৱারী কয়া লিদুনা হৌরক্লিবা মীরোল কয়াবু জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা কৈবু-কৈওইবা অমদি মবুং তরেৎকী মচল থবাতোন। ৱারী মচা অসিনা তাকপদি মশাগা চান্নবা থবক তৌদনা, ফংবসু ঙম্লোইদবা, ওইবু ওইথোক্লোইদবা কৈবু-কৈওইবনা মহাক্কী শক্তি পৱার লৈবা মখৈ থাদদুনা মপুং তরেৎকী মচল থবাতোনবু লৌনবা হোৎনরুবদগী মশা শিখিনবগী লম্বী ওইখি। মসিনা তাকপদি ফংবা ঙম্লোইদবা অপাম্বা অদু ফংনবা হোৎনগনু অরেম্বা তাগনি। মদুগী মহুত্তা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ আইডিয়েল ওইবা অদুখক্তা চৎলগা লোইরে। মদুনা হিংবগী অর্থ লৈগনি।

অতোপ্পা ফুঙ্গা ৱারীনা উচি অমদি মুণি। ৱারী অসিদনা অপাম্বনা ওইহল্লকপা হায়বদি উচিদগী হৌদোং ওল্লে, হৌদোংদগী কৈ, কৈদগী নোংশা, নোংশাদগী অহানবগী উচিদা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। মসিনা তাকপদি ঙাইহাক্কী ওইবা ইন্দ্র ৱাখলগী অপাম্বদা অমদি তুংকোইনা চৎপা য়ারোইদবা, চুমদবা অরানবা লম্বীদা চৎকনু হায়বনি, অৱা অনা ফংগনি। মমৈথংদা হান্নগী ফীবমদা হঞ্জিল্লক্কনি।

অপাম্বদগী ওইবকপা ওল্ড টেস্টামেন্টতা য়াওবা নাতৈ চাদবা ৱারী অমা লৈ মদুদি তাইবঙ মীবু শেম্বীবা ঈশ্বরনা অহানবা হৌরকপদা তাইবঙ মী হায়নবা জীব অসিবু শেম্বা পাম্মী। য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা নুপা নুপী অনী শেম্লে। অহানবদদি তাইবঙ মীগা ঈশ্বরগা লোইন তিন্নদুনা পুন্সি শাংনা হিংঙি। অদুবু ঈশ্বরনা হায়বা ইন্দবদগী তাইবঙ মীনা মশাগী অরেপ্পা থম্বা ঙমদবদগী অরোন-অথুপ তৌরকই। চহিচা কয়াগী মতুংদগীদি মীওইবগী মীশিং অসি মিলিয়ন মিলিয়ন্দা হেনগৎলকই, জাতী বিজাতী কাঙলুপ কাঙলুপ খায়রকই, লৈবাক নেসন কয়া শেম্লকই, চাওখৎপা শক্তি তান্নরকই, অমগা অমগা ফত্তবা হেনগৎলকই, অমগা অমগা অরানবা মরাল থিনদুনা বিচার তৌনৈ, লাল্ তৌনৈ, হাৎনৈ। হায়রিবা ফীবমশিং অসি উরুবদগী তাইবঙ মীওই শেম্লুবা ঈশ্বরনা নুংঙাইতবা অৱাবা অমা ফাওরে। শেম্লুবা তাইবঙ মী পুরা মুথৎপদি য়াদবনিনা, মানা মানা তৌরুবা কর্ম ফলগী মতুং ইন্না তাইবঙ মীগী মপুন্সি অসি খঙতেন তেনশিলহনখি। মসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমত্তা লৈতে।

******

Remember that the Nation lives in the Cottage – Scripture –

# Chapter 19

## ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা

হোলি লাইরিক্তা হায়বগী মতুংইন্নদি মীওইবা ঐখোয়না ব্রার্ন্ডগী পোৎলুম অসি কোকথক্তা পুদুনা চৎলিবা মখৈদি সংসারগী ওইবা অব্রা অনা অসি মায়োক্লদুনা অদুম লৈগনি। পোৎলুম অদু কোকথক্তগী থাংথরবা মতুংদা অব্রা অনা লৈররোই। অমরোমদা হায়রগা ব্রার্ন্ডলিনেসকী মহাও তংলিবা মী খুদিংমক অথুম্বা অখাবগী মহাও ফংগনি হায়বদি নুংঙাইবা অব্রাবা অনি মায়োক্লগনি। ব্রার্ন্ডলিনেস ওইদবা, হোলি ওইবা মীশিংদি নুংঙাইবা অব্রাবা মায়োক্লদে। মান্নবা প্লেন ওইবা মফমদা চৎপা ঙম্মী। শম্না হায়রবদা ব্রার্ন্ডলিনেসকী মহাও অসি অহানবদা নুংঙাই, মথংদা ব্রায় অকা অকুম লৈ, রাইজ এন্দ ফোল লৈ। ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা মীনা ব্রারিবা মতাং অসি কুমথবা মতাংদনি মরমদি মী অমনা কাখৎলুরবনিনা কুমথবা তাবনি। অব্রা অনা লৈরোই হায়রগদি অকা অকুমগী, রাইজ এন্দ ফোলগী ব্রাংমদা লৈবা ঙম্নবা হোৎনৌ হায়না স্ক্রিপচরনা হায়রি। সংসার অসি অকা অকুম, অব্রা নুংঙাইবা পোৎশক অনিনা শেম্বনি। পোৎশক অনি অসি মীওইবনা মায়োক্লে।

য়াম্না ঙকপা অমনা সংসার অসিদা অপাম্বগী অপাম্বা ঙাক্তব লৈ, তৌনিংবগী তৌনিংবা ঙাক্তা লৈ, ঐনা তৌরম্বনি হায়বগী মিংচৎসু য়াম্না থম্লিংঙি, পেন-নাইদবা মায়া সংসারনি। মীরোল কয়া লাকই, মীরোল কয়া

চৎখি। অচুম্বা মীওই কয়া লাকই অমুক চৎখি। অরানবা মীওই কয়া লাকই অমুক চৎখি। করিমত্তা শেমদোক শাজিনবা ঙমদে। সংসারগী চৎনবীদি অদুমক লৈহৌই। সংসার অসিদি অচুম্বা অমসুং অরানবা অনিনা শাবনিনা ফত্তবা অরানবা চুমথোকপা ঙম্লোই। হোলি ওইবা মীখক্তনা অচুম্বা তৌরগা চৎখি অদুগা মায়াদা ঙাওবা অরানবা ফত্তবা তৌবা মীনা পাপ্ চেল্লগা চৎখি। স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি কনা অমত্তনা ৱার্ল্ড অসিগী অশোয়বা অসি চুমথোকপা ঙম্লোই অদুগা কনাগুম্বা অমত্তনা সংসার অসিবু পিজ পিথক সেবা তৌবসু ঙম্লোই। মসিগী অর্থদি কয়াম কুইনা চুমথোকপা ঙমগদৌরিবনো অদুগা কয়াম কুইনা পিজ পিথক সেবা তৌবা ঙমগদৌরিবনো?

মীওইবনা পুন্সি ঈপাক লানবা ঙম্নবগীদমক ঈশ্বরনা অচুম্বা পুন্সি লম্বী অমদি মীওইবদা পীবিরি। হোলি লাইফ হায়বসি মীওই খরখক্তা ওইগদবা নত্তে, নিংথৌসু ওইবা য়াই, মীনাই খুদিংমক ওইবা য়াই। ধর্ম্মগী লাইরিক খুদিংমক্তা হায়রি মদুদি "মসিগী সংসাব অসি মীওইবগী অরোইবা মফম নত্তে, মতম খরগী লাকপনি, অমুক চৎখিগনি। করিগীদমক অপাম্বা ময়াম অমা সংসার অসিদা থম্লিবনো। মীকুপ খুদিংগী অহোংবা নাইবা সংসারনি। মীংচৎ কয়া থম্লম্মী, মীংচৎ কয়া চৎখি। স্ক্রিপচরনা হায়বদি ঈশ্বরনা পীরিবা হোলিগী লম্বী অসিদা চৎপা ঙম্নবা হোৎনৌ, আইডিয়েল থম্মু হায়বনি। সংসার অসিদা করিমত্তা তৌনিংঙাই থবক লৈতে। হোলিগী লম্বীদা চৎপা ঙম্লগদি সংসারগী অৱা অনা করিমত্তা লৈররোই, শেৎপা চাবা, শুবা নোম্বগী অৱাবা লৈররোই। অৱা অনা কয়াগী হৌরকফমদি কাহেন্না ৱার্ল্ডলিনেস ওইবদগীনি। ৱার্ল্ডলিনেসকী মেটরিয়েলিজমনা মীওইববু অনন্দা ফংহনবা ঙম্লোই হোলি লাইফনা মীওইববু অনন্দা ফংহনবা ঙম্মী"।

হোলি লাইফ অমা ওইনা হিংনবা হোৎনবদা হোলি লাইফকী ডিসিপ্লিন খঙবা তাই। শেন লুপা খক্তনা মীওইবগী পুন্সি লম্বী শেম্বা ঙমদে। হায়নবা অমা লৈ মদুদি ইকাকখুনবা তরানা লায়রবা অমা শেমগৎপা ঙমদে। মসি হায়বগী অর্থদি লায়রবা অদু মহাক্কী অশেংবা অচুম্বা পুন্সি লম্বী খঙদে হায়বনি, পুন্সি

মীখা পোল্লি হায়বনি। ঙসিসু নিগনি, হয়েংসু নিগনি চাথোকপা লোইরবা মতুংদা হংচিংসু অমুক নিগনি। মীওইবনা জ্ঞান লৌবা ঙম্নবগীদমক মীয়াম্না শীজিন্নবা ব্রাহে পরেং অমা লৈ মদুদি "পৈশা নিহৌববুদি হোলিগী পাউতাক অমা লৌহৌবনা হেন্না ফৈ"। হোলি লাইফতা ঈশাখক্তনি চুমথোক্কদবা, ঈশাখক্তনি অচুম্বা লম্বী চৎকদবা, হিংবদা পুন্সিগী অর্থ লৈগে হায়রগদি মীওইবনা অঙনবদা নৎত্রগা চহি তাঙ্কক অমদা হোলি লাইফ অমা ওইনা হিংবা দরকার ওই।

মালেম সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবা অসি মখল অনী থোক্না খায়দোকপা য়াই মদুদি অহানবদা মায়াদা ঙাওবা মী অদুগা অনিশুবদা মায়াদা ঙাওদবা মী। মায়াগী খুদম ময়াম অমা লৈ। খুদম অমা হিন্দুগী ফিলোজোফিদগী লৌথোক্লি মদুদি নারদা মুণি শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনি। নারদা মুণিনা শ্রীকৃষ্ণদা মায়া হায়বসি করিনো হায়বা ব্রাহং অমা হংঙি। শ্রীকৃষ্ণনা নারদা মুণিদা মায়া হায়বসি করিনো হায়বদু নীংথিজনা তাকপা পাম্মী। নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিং খৌরাংলক্লবা মতমদা থক্লবা ঈশিং খরা মালেম সংসারদগী লৌরুচো হায়না নারদদা হায়। নারদা মুণি সংসারদা লাক্তুনা য়ুম অমদগী য়ুম অমদা চত্তুনা থক্লবা অফবা ঈশিংথি। মদুদা মহাক্না সংসারগী অঙক অঙকপা কয়া উবা ফংখি। মমৈথংদা মহাক সংসারগী মায়ানা ফাজিনবসু হৌরক্লে। মহাক্না য়ুম অমদা ঈশিং লৌনবা চৎলুবদা ফজরবী নুপী লৈশাবী অমা থেংনখি মহাক্না নুপী অদুদা অপাম্বা পোক্লকখি।

মমৈথংদা নুপী অদুগী মমা মপাগা হায়নরগা য়ানরবা মতুংদা নুপী অদু মহাক্না লৌখি। মদুগী মতুংদগী মহাক্কী মচানুপা ৫ মচানুপী ৪ পোকখি। লৌ ইশ্লোল কোইদুনা য়ুম্লে কৈরৈ লিংদুনা ময়াই ওইবা নুংঙাইবা ইমুং অমা ওইখি। চহি খরগী মতুংদা মীওইবগী অৱা অনা হায়বদু লাক্লে। খঙহৌদনা লায়না অমা লাকপদগী মহাক্কী মচা অনী লায়েংবা ঙমদনা শিরে। অৱা অনা তারবনিনা ঈশ্বরবু মহাক্না ৱারৌবা হৌখি। চহি খরগী মতুংদসু ঈশিং ঈচাও অমা খঙহৌদনা লাকপদগী মহাক্কী য়ুমকৈ-শাষণ, মহাক্কী নুপী, মাগী মচা লোইনা শিখি। অদুবু মহাক্তি ঈশিং ঈচাও অদুদা ইরোইদুনা কংফালদা থুংদুনা ঈশ্বরদা মাগী পুন্সি কনবীনবা খুরুমজরম্মী। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ লাক্তুনা মহাক্কী মপুন্সি কনবীখি

অমসুং নারদা মুণিদা হংলকখি মদুদি নহাক ঐগী থক্নবা ঈশিং পুরক্লবরা? নারদা মুণি খুদক্তা মিকপ থোকখি। ঈশিং পুরকপগী মহুৎতা মায়াগী ঈপাক্তা তারুরে হায়বা জ্ঞান তাখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণদা ঙাকপীনবা খুরুমজখি। ঐখোয়না খৎনরিবা, চৈনরিবা, হাৎনরিবা, লম মুন্নরিবা অসি মায়াননি।

******

Love and Mercy is greater than hatre and cruelty. – scripture –

# Chapter 20

## ব্রহ্মচারি

হোলি লাইরিক্তা অসুম্না ইবা অমা য়াওই মদুদি মী অমনা মুক-কলম ময়াম অমা শীজিন্নদুনা স্পিরিচুয়েলগী লাইরিক ময়াম অমা ইরবা অদুগা মহাক মশামক্তদি স্পিরিচুয়েলগী লমচৎ-শাজৎ খজিক্তা ফাওবা, মচেৎ খরা ফাওবা চৎপা ঙমদবা ওইরগদি মহাক অদু হায়পোক্রিসি (Hypocrisy) ওইরে হায়বদি ওইবদি ওইদনা তৌশিন্নদুনা মচিন্দা ফজবা ঙাঙবা মী অমা ওই। মসি অরানবা মীনা মীঙোন্দা অফবা পাউতাক পীবগা চপ মান্নে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায় "স্পিরিচুয়েলগী মরমদা লাইরিক ইরিবা মীওইশিং অমদি স্পিরিচুয়েলগী লাইরিক পারিবা মীওইনা মশাদা স্পিরিচুয়েল প্রাক্টিস তৌরগদি খ্বাইদগী নুংঙাইবা মীওই ওইগনি"।

মীওইবনা হেক পোক্লকপা মতমদা অশেংবা অচুম্বা ব্রহ্মচারি/মোঙ্ক সিষ্টেমদা (Brahmacharya System) পোক্লকই। হায়রিবা ফিভম অসি শুহোং হোংদনা পুন্সিগী অরোইবা ফাওবা থম্বা ঙল্লগদি পোকপা শিবা হায়বা অমত্তা লৈত্রে। মসি ঈশ্বরগী ফিভম্নি। অদুবু মীওইবনা পোক্লবা মতুংদা নোংমা নোংমগী ব্রান্ডলিনেস ওইরকই। লন থুম হেন্না তানশিল্লকই, নুপী অঙাং লৈরকই, নিংথৌ ওইবগী শক্তি পাম্মী, অহেনবা ইনাকখুনবা পাম্মী, পাঙ্গল কনবা তাম্নরকই,

মিংচৎ থম্বা পান্নকই। হায়রিবা পুম্নমক অসি মীওইবনা অব্রা অনাগী পোৎলুম পুবা ঙাক্তনি। হায়রিবা সংসারগী পোৎলুমশিং অসি পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা থাদোক্লবা হোৎনৌ হায়না স্ক্রিপচরনা হায়রি। মসিনা শিববু জয় তৌবা ঙমগনি হায়বদি তাইবঙপান থাদোক্লমদাইদা, মীওইবনা পোক্লকপদা ওইরকপা অশেংবা অচুম্বা ফিভম অদুদা/ব্রহ্মচারি সিষ্টেমদা অমুক হনখিবগী মওংনি। পোক্লকপদা ওইরকপা ফিভমগা শিরমদাইদা ওইবা ফিভমগা মান্নবা শিনবনি। মান্নবসু মান্নগনি। মীওইবনা ব্রহ্মচারি সিষ্টেমদা পুন্সি হিংনবা লেন্নবা হোৎনবা অসি মী অমা ওইনা পোকপগী অরোনবা মায় পাকপা অমনি (Strict observance of Bramacharya - is the secret of success) মসি নত্তবা অশেংবা পুন্সি লম্বী অমত্তা লৈতে। ইশাগী ব্রিল পব্বার পুথোক্তুনা ব্রহ্মচারিগী লম্বীদা চৎনবা হোৎনবা তাই। হকচাং ইন্দ্রিগী অপাম্বা কন্ট্রোল তৌবা তাই। ফত্তবা তৌবা, পাপ্ লংজবা হায়বসি ব্রহ্মচারি ঙাক্লা চৎপা ঙমদবনি। মীওইবগী ব্রাখলনা মীওইববু অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্মী। ব্রাখন্দা নুংঙাইবা ফাওরগদি হকচাংদসু নুংঙাইবা ফাওই। ব্রাখন্দা অব্রাবা ফাওরগদি হকচাংদসু অব্রাবা ফাওই। ব্রাখল মাইন্দা মীওইবনা মনীংতম্বা ফংঙি। ব্রাখল মাইন্দা মীওইবনা মীখা পোনবসু ফংঙি। ব্রাখল মনীংতম্বা, ব্রাখল মীখা পোনবা হায়বসি মী অমনা তৌরিবা থবক অমদি মাগী মপুন্সি মহিং লাইফ ষ্টাইলগা য়াম্না মরি লৈনৈ। মনীংতম্বা থবক তৌবা হোলি লাইফ ওইবা মীখক্তনা ব্রাখল মনীংতম্বা ফংগনি। মীখা পোনবা থবক তৌবা, ব্রার্ল্ডলি লাইফ ওইবা মী খক্তনা ব্রাখল মীখা পোনগনি। অফবা ব্রাখল অফবা হকচাং অনী অসিনা মপুং ফাবা অফবা মী অমা শেম্বা ঙম্মী। হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি নহাক্লা কয়াম য়াম্না ব্রাখল শান্তি থম্বা ঙম্বগে হায়বদু নহাক্লা কয়াম য়াম্না ব্রার্ল্ডলি ওইদবা চাং ডিগ্রী অমদি কয়া য়াম্না সেন্স প্লেজর থাদোকপা ঙম্বা চাং ডিগ্রী অদুনা লেপকনি।

মীওইবনা পাঙ্গল কন্না থৌনা লৈনা লৈরগদি পুন্সি হিংবা ঙম্মী। পাঙ্গল থৌনা লৈত্রবা, হকচাং শোল্লগদি শি। পাঙ্গল থৌনা মীগা খৎনবা ঙম্বা অদু নত্তে। ফত্তবা টেম্পটেসন ঙাকথোকপা, হোলি লাইফ ওইনা হিংবা ঙম্বা অদুনি। ফত্তবা টেম্পটেসনগী ব্রাখল ঙাকথোকপা ঙমদদুনা ফত্তবা থবক তৌবা অদুবু

অশোনবা পাঙ্গল থৌনা লৈতবা মী কৌই। হোলিগী লম্বীদদি হকচাংগী পাঙ্গল কনবনা মীওইবগী অকনবা শক্তে। অচুম্বা তৌবা ফত্তবা টেম্পটেসনবু ঙাকথোকপা ঙম্বা মী অদুবু অকনবা শক্তি লৈবা কৌই।

স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি মীওইবা হায়বা অসি লমচৎ শাজৎকী মতুংইন্না অফবা অমসুং ফত্তবা মখল অনী খায়দোকই। অফবা মীওইদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদে, কল্লক-মীহৌবগী অপাম্বা লৈতে, থব্রায়গী ওইবা চীঞ্জাক চাই। হকচাংগী অপাম্বা থাদোক্কুনা মতম চুপ্পদা রিনুন্সিয়েসন তৌই। হকচাংগী সেন্স প্লেজর অমত্তা পামদে। অনীশুবগী ফত্তবা মীওইশিংদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওই, কল্লক মীহৌবা অপাম্বা লৈ, হকচাংগী অপাম্বা চথে। মতম চুপ্পদা রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙমদে মতম চুপ্পদা সেন্স এঞ্জোয়মেন্ট (sense enjoyment) পাম্মী। অফবা অমসুং ফত্তবা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অনী অসি মতম চুপ্পদা খৎনদুনতা য়েৎনদুনতা লৈ। ফত্তবনা ঙম্লগদি ফত্তবা ওইরে অদুগা অফবনা ঙম্লগনা অফবা মী ওইরে। মী ওইনা পোক্লকপা মতমদা অফবা অমসুং ফত্তবা অনী থোক্লা খায়দোক্কুনা পোক্লকপদি নত্তে। ফত্তবা মী অদুদি জ্ঞান য়াওদবনি, রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙমদবনি। মমা মপানা তাকপি তম্বীদবা অমদি ওজা গুরু নাইদবনা মরম ওইদুনা মীওইবা খরদি ফত্তবা ওইরকই। কা হেনবা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীনা সনা লুপা লনথুম হেন্না তানশিল্লি, য়াম্না ইনাকখুনবা নিংথৌ ওইবগী শক্তি শীজিন্নবা পাম্মী। মখোয়না মখোয়গী পুন্সি লোইবা ফাওবা হকচাং ইন্দ্রিগী সেন্স এঞ্জোইমেন্ট য়াম্না পাম্মী। হায়রিবা মগুণশিং অসি চেনবা মীওইশিং অসে ডিমোনিক নেচর (Demoniac nature) কৌই হায়বদি হিংচাবা হিংচাবীগী নেচরনি।

স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুংইন্না থব্রায় পানবা জীবনা মীওইবগী মপোক ফংবা ঙম্বসি লাইবক ফবা ওপোর্চুনিটি অমনি। মীওইবগী মপোকখত্তদা রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্মী। রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্লগদি মীওইবগী মপোক্লা ঈশ্বরগী মপোক য়ৌবা ঙম্মী হায়বদি ডিভাইন ওইরে হায়বনি। মী ওইনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে। হকচাংগী অপাম্বা থাদোকউ, কল্লক মীহৌগনু, ব্রার্ল্ডলিনেস ওইগনু, সেন্স এঞ্জোয়মেন্ট থাদোকউ। হায়রিবশিং অসে লেপ্পা

লৈতনা ফংদ্রিফাওবদি প্রাক্টিস তৌ, শোয়দনা ডিভাইন লাইফ ফংবা ঙমগনি। ধর্ম্ম রিলিজন হায়বসি করিসু নত্তে, মীওইবা ঐখোয়না রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্বা অদু খক্তনি। গীতা, বাইবল, কোরানগী লাইরিকশিংদা য়াওবা পাউতাকশিং ঐখোয় মীওইবনা লৌশিন্দ্রগদি হায়রিবা হোলিগী লাইরিকশিং অসি অরেম্বনি।

******

Under the shadow of one big tree,

another big tree could not possibly grow. – scripture –

# Chapter 21

## লাইনিংবা

স্ক্রিপচরনা হায় মদুদি মীওইবনা লাই নিংলিবগী মরম কয়ামুক লৈ। য়াম্না মরুওইবা পনবা য়াবদি (১) ঐগী ইশা অসি সংসারগী ওইবা অব্রা অনা পোৎলুমদগী নাম্থোক্তুনা নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবনি, ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদনবা হোৎনবনি। সংসারগী চৎনবীদগী নীংতম্বা ফংলগদি পোকপা শিবগী অব্রাবা করিমত্তা লৈররোই, (২) ঈশ্বরবু নিংদুনা হকচাংগী অপাম্বা থাদোকপনি, (৩) অচুম্বা লম্বী থিনবা হোৎনবনি, (৪) ঙাইহাক্কী ওইবা চৎনবা য়ারোইদবা থাদোক্তুনা তুং কোইনা চৎনবা য়াবা অচুম্বা লম্বী থিবনি। (৫) শুজ নোমজরুবদগী ফংলকপা মহৈ অদুদা চা থক্তুনা নুংঙাইথোকপগী মহুত্তা কথোকপা ঙম্বগী থৌনা লৈনবা হোৎনবনি (৬) সংসারগী ওইবা কল্লক মীহৌবা লষ্ট, অরং অরাক্তগী ব্রাখল মাইন্দ অসি কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবনি। (৭) হকচাংগী সেন্স ওর্গানশিংগী অপাম্বা কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবনি। (৮) খাংবা কনবা, অরেপ্পা অমা থম্মবা হোৎনবগা লোয়ননা অচুম্বদা থাজবা ফেঠ অমা থম্মবা হোৎনবনি।

স্ক্রিপচরগী পারা অমদা অসুম্না ইরি মদুদি কনাগুম্বা অমদা মতেং পাংবগী মওং অসি মখল অহুম থোক্লা লৈ। অহানবদা কানগুম্বা মী অমদা মতেং পাংবা মতমদা, মতেং পাংলিবদুগী মতেং অমুক হল্লকপা পামদবা, মতেং পাংবা হায়বসি মতেং পাংলিবা মী অদুনা মশাগী মথৌদাংনি হায়না খঞ্জবা, মতেং পীবা অদু মফম চাবা, মতম চাবা ওইবা, য়াম্না দরকার ওইবা মীদা মতেং পাংবনি। অসিগুম্বা মতেং পীবগী মওং অসিবু অফবা/অচুম্বা মতেং পাংবা হায়না কৌই।

অনীশুবগী মতেং পাংবগী মওং অসিদি সেবা-মতেং তৌরিবা মী অদুনা মতেং লৌরিবা মী অদুদগী মতেং হল্লকপা পাম্বা, মতেং পাংবগী তোংজবা পাম্বা, মতেং পাংবগী তুংগী কান্নবা য়েংবা অসিনি। হায়রিবা মতেং পীবা অসিদদি হেক্তা মতেং পাংবা ঙমদে মরমদি মতেং অদু অমুক হল্লকপা পাম্বনিনা। মতেং অদু করিগুম্বদা হল্লক্লগদি পেন্দবা অশাওবা অমা মী অদুদা পোকই। মসিগী মতেং পাংবা অসি ওইজবা থিবা/অপাম্বা মতেং পাংবা পেস্যানেট (Passionate) কৌই।

অহুমশুবগী মতেং পাংবা অসিদদি মতেং পাংবা অদু মফম চাদবা, মতম চাদবা, দরকার ওইদবা মথোং মরম খঙদবা অঙাও অফৈগী মীওইশিংদা মতেং পাংবগা চপ মান্নে। জ্ঞান তাদবা অঙাওবা মীশিংদি পীরকপা মতেং অদু চাথোক্কনি, নুংঙাইথোক্কনি অদুগা ফত্তবসু তৌগনি। মসিগী মতেং পাংবা অসিদা অচুম্বদা নৎত্রগা অরানবদা মতেং পাংলিবরা হায়বা জজ্মেন্ট লৈতে। মসিগী মতেং পাংবা অসিবু মরমচাদবা মথোং মরম খঙদবা অতনবা মতেং পাংবা হায়না কৌই। মতেং পাংবগী মওং অহুম অসি মীওইবনা খঙবা দরদার ওই। অদুবু স্পিরিচুয়েলগী লম্বী চৎপদা মতেং পাংবা ঙম্বা, মতেং পাংবা ঙমদবা হায়বা করিমত্তা লৈতে। হোলিগী লম্বী স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিন ঙাক্লা চৎপা ঙম্বা অদুখক্তনি। মতেং পাংবা ঙমদে হায়বা বোন্দেজ লৈতে।

মীওইবগী নুংঙাইবা/হেপিনেস হায়বা অসিসু স্ক্রিপচরনা মখল অহুম থোক্লা খাইদোকই। অহানবদা হকচাংগী ইন্দ্রি সেক্স ওর্গান্না সেক্স ওবজেক্টতগী

নুংঙাইবা পাম্বা অদু থিংদুনা থম্বা হায়বদি সেন্স প্লেজর ফংহন্দবা হায়বনি। মসিগী মতাং অসিদা হকচাংদা ব্রাখলদা পেন্দবা নুংঙাইতবা অমা অহানবদা ফাওই। মসিবু অহানবদা অখাবা মহাও ফাওবা হায়না কৌই। অদুবু ইন্দ্রি সেন্সনা সেন্স ওবজেক্টতগী লাপ্না কুইনা লৈরকপদগী এক্সপরিয়েন্স অমা লাক্তুনা অকোনবদা নুংঙাইবা ব্লিস অমা হকচাংদা ব্রাখন্দা ফাওরকই। অরোইবদা নুংঙাইবা ফাওরকপা অদুবু খোইহি/লৈহিগী অথুম্বা মহাও হায়না কৌই। অকোনবদা ফাওরকপা নুংঙাইবা অসি আত্মাগী সেল্ফকি নুংঙাইবগা চপ্ মান্নে। মসিগী নুংঙাইবা অসিদা অব্রাবা অমত্তা লাক্লরোই। মসিগী নুংঙাইবা অসিবু অফবা নুংঙাইবা হায়না কৌই। শম্মা হায়রবদা অহানবদা অব্রাবা অদুগা অকোনবদা নুংঙাইবা হায়বনি। গীতাগী মতুংইন্না সাত্ত্বিভাগী গুণ চেনবা মীশিংনা মসিগী নুংঙাইবা অসি ফংঙি। সাত্ত্বিভা গুণদা লৌশিং/নোলেজ এন্দ নুংঙাইবা হেপিনেস হায়বা এটেচমেন্ট অমা য়াওরি। মসিগী নুংঙাইবা অসিদা মপুংফাবা অনন্দা/ব্লিস ফংবদি ওইদ্রি মরমদি সাত্ত্বিভা গুণদা নোলেজ এন্দ হেপিনেস হায়বা এটেচমেন্ট অমা য়াওবনিনা মসিদা মপুং ফাবা Renunciation তৌদ্রি।

স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি সংসারদা অব্রা অনা তারিবা খুদিংমক অয়াম্বনা সেন্স ওর্গান্না সেন্স ওবজেক্টতগী নুংঙাইবা ফংলুবদগী থোরকপা ঙাক্তনি। অনীশুবগী নুংঙাইবা অসিদনা সেন্স ওর্গানগী অপাম্বা অদু সেন্স ওবজেক্টগী ফংদুনা অহানবদা নুংঙাইবা ফংবনি। মসিগী অহানবগী মহাও অসি খোইহি লৈহিগী মহাও হায়না কৌই। অদুবু মতুং তারকপদদি সেন্স ওবজেক্ট অসে সেন্স ওর্গানদগী লাপথোকখি হায়বদি সেন্স ওবজেক্টকি মগুণ হন্থরকপা নৎত্রগা সেন্স ওবজেক্ট মাঙখিবা ওইবনি। মতম অসিদা হকচাংদা ব্রাখলদা নুংঙাইতবা ফাওই। মসিগী মহাও অসিবু অখাবা হাউতবা মহাও কৌই। শম্মা হায়রবদা, অহানবদা নুংঙাইবা অদুগা অকোনবদা অব্রাবা ফংবা হায়বনি। মসিগী নুংঙাইবা অসিবু ওইজবা থিবা অপাম্বা নুংঙাইবা হায়না কৌই। মসি গীতাগী মতুংইন্নদি রাজাগী গুণ চেনবা মীশিংনা মসিগী নুংঙাইবা অসি ফংই।

অহমশুমগী নুংঙাইবা অসিদি ফত্তবা নুংঙাইবনি। শা-ঙাগী নুংঙাইবগা চপ্ মান্নৈ হায়বা য়াই। পংতুমদা তুম্বা, পংচাদা চাবা, পংতন্দা তনবা, থৌশা-ব্রাশাদবা/অচুম্বা অরানবা খঙদবা, মচিং-মশোন নাইবনি অমরোমদা হায়রগা চাবগা তুম্বগা অতনবগী নুংঙাইবা হায়বদুনি। মসি গীতাগী মতুংইন্নদী তামসকী গুণ চেনবা মীশিংনা মসিগী নুংঙাইবা অসি ফংই। মসি য়াম্না ফত্তবা শা-ঙাগী গুণনি। মসিগী গুণ চেনবা মীশিংনা মীহাৎ মীপুনগী থবক চৈথে।

******

The body called the field;

the Soul called the knower of the field. – scripture -

# Chapter 22

## চীঞ্জাক অমসুং ৱাখল

মীওইবনা চারিবা চীঞ্জাক অসি স্ক্রিপচরনা মখল অহুম থোক্লা খাইদোকই। অহানবগী চীঞ্জাক অসিনা হকচাংদা পাঙ্গল শক্তি থৌনা পীবা ঙম্মী, হকচাং ফহনবা নুংঙাইহনবা ঙম্মী, চানিং-থক্লিংবা ফাওহল্লি, মহাও লৈ। অসিগুম্বা চীঞ্জাক অসিবু অফবা চীঞ্জাক কৌই। সাত্তভাগী গুণ চেনবা মীওইশিংনা চীঞ্জাক অসি চাই। অনিশুবগী চীঞ্জাক অসিদি চাবদা য়াম্না খাই, য়াম্না শিনবা ওই, থুমগী মহাওগুম্না অয়াকপসু ওই, চাবদা য়াম্না শাবা হোউ ওই, অকংবা অকনবা ওইবা য়াই, মনম মহা চেল্লি। চীঞ্জাক অসি চাবা থকপা মতমদা য়াম্না শাবা-য়াকপা চিন-নৈদা ফাওই। অসিগুম্বা চীঞ্জাক অসিবু অপাম্বা পোকপা চীঞ্জাক হায়না কৌই। শম্না হায়রবদা মসি ময়াই কাবা চীঞ্জাক্লুম্বনি। ওইজবা থিবা মীওই রাজাগী গুণ চেনবা মীওইশিংনা অসিগুম্বা চীঞ্জাক চাই। অসিগুম্বা চীঞ্জাক চাবনা মীওইবগী হকচাংদা অনাবা, নুংঙাইতবা ৱাখল, লায়না-তিন্না পোকহল্লি। অহুমশুবগী চীঞ্জাক অসিদি মহাও লৈতবা, মচি ওইদবা, অহিং লেপ্লবা চাক চজিক্লুম্বনি, ফত্তবা শেংদবা চীঞ্জাক্লি। শম্না হায়রবদা শা ঙাগী গুণ চেনবা তামাজগী গুণ চেনবা মীশিংনা চাই। চীঞ্জাক অফবা অচুম্বা চাবনা মীওইবগী শেংদবা ফত্তবা ৱাখল অসি চুমথোকপা ঙমহল্লি। সাত্ত্বভাগী

গুণ চেনবা মীওইশিংনা চারিবা চীঙ্গাক অসি মীওইবা খুদিংমক্না চাবা দরকার ওই মরমদি মসিনা ব্রাখলবু শেংনা শাস্তি ওইনা থম্বা ঙম্মী।

ব্রাখল শাস্তি থম্বা ঙম্বা হায়বসি ঐখোয়না চারিবা চীঙ্গাক্কি মখা পোল্লি। ব্রাখল মাইন্দ হায়বসি চীঙ্গাক্না শাবনি হায়বসু য়াই। মীওইবনা চারিবা চীঙ্গাক অসে চারবা মতুংদা হকচাংদা মখল মওং অহুম থোক্না ওন্থোকখি ট্রান্সফোর্ম তৌখি। (১) চীঙ্গাক্কী অয়াম্বা শরুক্না অমাংবা/থী এক্সক্রিতা ওইনা চৎখি। (২) ময়াইগী ওইবা শরুক খরনা ঈ-উতোং তোংশা ফ্লেস ওইনা শেমখি। (৩) য়াম্না পীকপা পায়বা উবা ঙমদবা (Subtlest part) শরুক খরনা মীওইবগী ব্রাখল মাইন্দ অসি শেম্মী।

মরম অসিননি মীওইবগী ব্রাখল অসি চীঙ্গাক্না শেম্বনি হায়রিবসি। অফবা অশেংবা চীঙ্গাক চারগদি অশেংবা অচুম্বা ব্রাখল খনবা ঙম্মী। অশেংবা অচুম্বা ব্রাখল খনবা ঙম্লগদি নীংশিংনবগী পাঙ্গল শক্তি মেমোরি হেনগৎলকই। নীংশিংনবগী পাঙ্গল শক্তি মেমোরি মতম চুপ্পদা লৈবা ঙম্লগদি ব্রান্ডলিনেস ওইবগী, হকচাংগী অপাম্বা অফা-অপুন, বোন্দেজ অদু লৌথোকপা ঙম্লে।

মীওইবনা ময়াই কাবা চীঙ্গাক চারগদি অপাম্বা অশাওবা অমদি লান্না থাজবা হকচাংদা পোকহল্লি। য়াম্না লাইবা খুদম অমদি ঐখোয়না য়ু গ্লাস অমা থক্লবা মতুংদা হকচাংদা ফাওরকপা সেন্স অদুগা ঐখোয়না অতোপ্পা চুহিং গ্লাস অমা থক্লবা মতুংদা হকচাংদা ফাওরকপা সেন্স অনি অদুগী খেৎনবা লৈগনি। চীঙ্গাক্না হকচাংদা অপাম্বা পোকহনবা, অশাওবা পোকহনবা, ময়াই কাবা পোকহনবা ঙম্বা চীঙ্গাকশিং অদু চারোইদবনি। স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি মীওইবগী ইন্দ্রি সেন্স মঙা অসি নিতি নিয়ম চুম্না শিজিন্নরিবা মখৈদি অশেংবা ব্রাখল শাস্তি থম্বা ঙম্মী। কা হেনবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্লগদি ব্রাখল শেংনা থম্বা ঙমদে। ইন্দ্রি সেন্সনা পাম্লিবা সেন্স ওবজেক্টশিং অদু অচুম্বা অশেংবা পোৎশক ওইবা তাই। অপাম্বা থাদোকপা, অশাওবা লৈতবা, অরানবা থাজদবা ঙম্লগদি ব্রাখল শেংনা শাস্তি লৈনা থম্বা ঙম্মী। মিৎনা ফজবা উরগা ব্রাখলদা নুংঙাই অদুদা অকিবা উরগা ব্রাখলদা নুংঙাইতে। নাকোংনা নুংশিবা ব্রারী তাবগা

নুংঙাই অদুগা অৱাবা তারগা ৱাই। হায়রিবশিং অসিনা ৱাখলদা ইফেক্ট তৌই, অহোংবা লৈহল্লি। ৱাখল শেংনা শান্তি ওইনা থমগে হায়রগদি নিয়ম নিতি চুম্না চাবা থকপা তৌবা তাই অমদি ইন্দ্রি সেন্স খুদিংমক নিয়ম নিতি চুম্না মথৌ তৌবা তাই।

মীওইবনা অচুম্বা মী অমা ওইবা হায়বসি গ্রেজুয়েসন প্রোসেস অমনি। মী অমনা অহানবদা তামাজগী গুণ হান্না থাদোকপা তাই। তামাজগী গুণ চেনবা মীশিংদি হিংসা তৌই, মী ফুবা হাৎপা তৌবা ঙম্মী, মশাদা অথিংবা লৈতে, অচুম্বা অরানবা খঙদোকপা ঙমদে, অরানবা থবক ঙাক্তা তৌই। চাবা-চুম্বা, তনবা থৌশা-ৱাশাদবনি। শা-ঙাগী শাজৎনি।

মথংদা রাজাগী গুণ অসি থাদোকপা তাই। রাজাগী গুণদি শম্না হায়রবদা কাহেনবা ৱার্ল্ডলিনেস ওইবনি, লন-থুম হেন্না তানশিনবা, পৱার শক্তি শীজিন্নবা, মীংচৎ পাম্বা, নাপল কাবা, তৌবা ঙম্মী হায়বা, মায় পাকপা মী অমনি হায়দুনা ময়াই কানা নাপল কানা নুংঙাইবা অদুনি। মসিগী নুংঙাইবা অসি কুইনা চৎপা ঙমদে মরমদি পৱার শক্তিদি অমুক লাকই অদুগা অমুক চৎখি, রাইজ এন্দ ফোল লৈ। মথংদা সাত্ত্বিভাগী গুণ অরোইবদা থাদোকপা তাই। সাত্ত্বিভাগী গুণ চেনবা মীশিং অসে পুরা অশেংবদি অচুম্বদি ওইদ্রি। গুণ অসি চেনবা মীশিংদি লৌশিং নোলেজ শীজিন্নদুনা নুংঙাইবা অমদি পাম্লি হায়বদি করিগুম্বা খরদি নুংঙাইরি। হায়রিবা নুংঙাইবা অসি থাদোকপা ঙমদ্রি। অদুবু মতাং অসি য়ৌরগদি পুম্নমক থাদোকপা ঙম্বগী শক্তিদি লৈরে। সাত্ত্বিভাগী গুণ থাদোকপা ঙম্লগদি ঈশ্বরগী থাক ঈশ্বরগী গুণ য়ৌরে হায়বদি পোকপা শিবা লৈতবা, ঙমখৈ নাইদবা, অহৌবা অমদি অরোইবা লৈতবা ইনফাইনাইট (Infinite) হায়বদু য়ৌরে। ঈশ্বরগী থাক য়ৌরগদি মী অমনা মহাক্কী মতু মচা, লনথুম, মহাক্কী ওইবা পুম্নমক থাদোকপা ঙম্লে ইটরনেল লাইফ (Eternal Life) ওইরে। অদুবু য়াম্না ঙকপদি চহি নৌরিবা অঙাং খরদি ঈশ্বরগী লম্বী খঙবা ওজা গুরু থেংনহৌবদগী ঙন্তানা স্পিরিচুয়েল ডিসিপ্লিনগী মখাদা চত্তুনা হায়বদি লাইমিং লৌদুনা গুণ অহুম অসি কাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী মপোক ঈশ্বরগী গুণ অদু খুদক্তা ফংঙি। শম্না হায়রবদা অঙাং ওইরিঙৈদগী সন্যাস, মোক্ষ ওইবা ঙম্বনি। য়ুম

পানবা ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা মীশিংনা গুণ অহুম অসি মথং মথং লাম্নোক্লবা হোৎনবদা সংসারগী অৱা অনা চৈথেং ফংঙি। পোকপদা ওইবা ফিভমগা শিরমদাইদা ওইবা ফিভমগা চপ মান্নগনি। অদুগা মরক্তা লৈরিবা অসিনা শান্নবা লীলানি। অচুম্বা পুক্তি লম্বী করম্মা চৎকনি হায়বা তাকপা ঙম্বা ওজা গুরুগী পাউত্তাক লৌবা তাই। মসিনা সংসারগী অৱা অনাদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী।

******

Suffering is the process through

which we fight for our true nature. – scripture –

## Chapter 23

# হোলি ওইবা মী

মী অমনা হোলি লাইফ ওইগে হায়রগদি অচুম্বা ৱাখল, অশেংবা ৱাঙাঙ অচুম্বা থবক তৌবা তাই, লোয়ন-লোয়ননা হোলি ওইবা মীশিংগা মরুপ-মপাং ওইনা তিন্নবা তাই। হোলি ওইবা মীশিংগা মরুপ-মপাং ওইনা তিন্নরগদি মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ অসি অচুম্বদা চৎপা ঙম্মী। মীওইবনা হিংবদা দরকার ওইরিবসি অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপনি। অচুম্বা লমচৎ শাজৎপু চৎপা ঙম্লগদি চাবগী শেৎপগী ৱানিংঙাই করিসু লৈতে। মীওইবগী চাবা- শেৎপা, হিংবা লায়না ঙমগনি। অদুগা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপা ঙমদ্রগদি চাবা শেৎপগী, হিংবগী অৱাৎপা অদুমক লৈগনি। অচুম্বা লমজৎ শাজৎ চৎকে হায়রগদি হোলি লাইফ ওইবা তাই অদুগা অচুম্বা হোলি কম্পেনিসু ওইবা তাই। হোলি লাইফথক্তনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ শেম্বা ঙম্মী। অতোপ্পা পাম্বে অমত্তা লৈতে। মী অমনা মহাক্কী হোলি ওইবা মরুপ মপাং অমত্তা তিন্নবা ফংদ্রগদি মী অদুনা মতোম্তা লৈদুনা হিংবা ঙম্ববা হোৎনবা তাই। মসি হায়বগী অর্থদি ফত্তবা মীগা শঙ্গা মরুপ মপাং ওইবগী শরুকপুদি মতোম্তা মথন্তা লৈবনা হেন্না ফৈ হায়বনি। ফত্তবা তিন্নরগদি ফত্তবা শোয়দনা ওইগনি। নশাগী থাজবা ফেথ অমগা লোয়ননা হোলি লাইফ ওইনবা হোৎনৌ হায়বনি। মসিনা পুক্নি হিংবগী অর্থ লৈগনি।

সংসার অসিদা মীওইবনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা থম্লম্বা ঙম্লোই অদুগা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তসু সংসারদগী লৌথোকখিবসু ঙম্লোই। হোলি অমসুং ইটর্নেল লাইফ ওইবা মী অদুগী পুন্সি লম্বী অদুখক্তনি সংসারগী তুংগী মীরোলশিংনা খঙহৌগদবা অসে। হোলি লাইফ ওইবা হায়বা অসে অচুম্বা চৎপা, নীংতম্বা ফংবা হায়বনি। নীংতম্বা ফংলগদি থবক অমা পাংথোকপা মতমদা পুক্লিং চঙবা ঙমগনি, মপুং ফাবা ঙমগনি অমদি চাওখৎপসু ঙমগনি।

স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি ইনাকখুনবা থৌনা ফবা মী অমনা লায়রবা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবা, সংসারগী ওইবা অৱা অনা অসি কোকহনবা ঙম্লোই। অৱা অনা তারিবা মীওইশিং অদুনা হোলিগী পুন্সি লম্বীদা চৎপা ঙম্লবা মতমদা লায়রবা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবগী অৱাবা অদু কোকপা ঙমখিগনি। শম্না হায়রবদা অচুম্বা পুন্সি লম্বী খঙবা হায়বনি। ঐগী অৱাবা মীনা কোকহনবা ঙম্লোই, ঐগী অৱাবদি ঐনা কোকহনবা তাই। মসিগা চপ মান্ননা মী খুদিংমক মশা মশাগী প্রোব্লেম মশা মশানা সোল্ভ তৌবা তাই। হায়নবা অমা লৈ মদুদি ঈশ্বরনা মীওইববু ইনাকখুনবা লাইরবা অনী থোক্লা কৈদৌঙৈদা খায়দোক্তে। ইনাকখুনবা লায়রবা অনি অসি মী মীনা শেম্বা ঙাক্তনি। মী অমা ওইনা পোক্লগদি মী অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা হোৎনবা তাই। হোলি লাইফ ওইবা মীশিংগী ৱাখলদি মীয়াম পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। মখোয়গী ৱাখন্দা লায়রবা ইনাকখুনবা হায়বা লৈতে, চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবগী অৱাবা লৈতে মরমদি মখোয়না অৱাংবা থাক্কী রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙম্মী, ট্যাগ তৌবা ঙম্মী। মীওইবগী ৱাখল, মীওইবগী হকচাং অনি অসি থৱায়গুম্না পুরা শেংনা চুম্না থমগে হায়রগদি অৱাংবা থাক্কী রিনুন্সিয়েসন তৌবা তাই। অৱাংবা থাক্কী রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙম্বা মী অদুবু মুণি হায়না কৌই। হায়রিবা থাক অসি ঈশ্বরগা চপ মান্নরে।

মীওইবগী ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা হায়বসি ঙাইহাক্কী ওইবা মতমগী নুংঙাইবনি। মসিনা লোয়বা নাইদবা অৱাবা মায়োক্লবসু য়াই। ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা থাদোকপা হায়বসি অৱা অনা থেংনজরোই মায়োক্লজরোই হায়বগা চপ মান্নে। মতম পুম্নমক্তা ইন্দ্রিগী অপাম্বা খুদুম চন্নবা হোৎনবা তাই। ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা পাম্বগী পৱার শক্তি ইনর্জি খুদিংমক স্পিরিচুয়েল ইনর্জিদা

ওম্ম্বোকপা/হাপচিনবা ঙম্নগদি স্পিরিচুয়েল ইনর্জি হেনগৎলক্তুনা অচুম্বা অশেংবা থবক তৌবগী চাং হেনগৎলকই। মীওইবনা পুন্সি হিংবদা পাঙ্গল থৌনা লৈনা, নিংতম্না হিংবা ঙম্বা তাই। পাঙ্গল থৌনা লৈতে, হকচাং শোল্লি হায়না খল্লগদি হিংবদা মীখা পোন্না হিংঙি। মীখা পোন্না হিংবা মীনা করিগুম্বা থবক অমত্তা মপুং ফানা তৌবা ঙম্লোই। মী অমনা মশাগী নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা মশক নাইবা মপুং ফাবা থবক তৌবা ঙমগনি। ঈশ্বরনা মীওইবা খুদিংমক্তা হিংবা ঙম্নবা পাঙ্গল থৌনা লোইনা পী অদুবু মীওইবা খরদি মশাগী পাঙ্গল থৌনা, অচুম্বা জ্ঞান পুথোকপা ঙমদবনা মীখা পোন্না হিংঙি। হোলি লাইফ ওইবা মীশিংগী ব্রাখলদা পাঙ্গল কনবা, পাঙ্গল শোনবা, হকচাং শোনবা হায়বগী ব্রাফম অমত্তা লৈতে। মখোয়গী ব্রাখল অসি সুপরকন্সিয়স ওইবা মরম্না মনীং তম্না হিংবা ঙম্মী। মীওইবনা স্পিরিচুয়েল লাইফ অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা হায়বসি মখোয়গী কলচরেল লাইফ অমনি। লৈবাক অমা স্পিরিচুয়েল কলচর লৈরগদি লৈবাক অদুগী অচুম্বা অশেংবা এনভাইরনমেন্ট লৈবা তাবনি।

মীওইবা পুন্সি অসি অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা হিংঙি। লৈবাক অমা মনীংতম্না লৈবা ঙম্বা হায়বসি লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীশিংনা শুনোমদুনা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা শান্তি ওইনা হিংবা ঙম্বা অদুনি। পুন্সি অমা হিংবা ঙম্বা হায়বা অসি মতেং পীনদুনা, মতেং লৌনদুনা হিংবনি। কনাগুম্বা ওইজবা থিবা অরিকপা মী অমনা মশাগী ওইবা লনথুম ময়াম অমা তানসিন্দুনা থম্লগসু হায়রিবা লনথুম অদু মহাক্কী পুন্সিগী পুরা ওইবা য়ারোই। নেচর লোগী মতুংইন্না সংসারদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মীৎকুপ খুদিংগী অহোংবা নাই, মপু পান্দে। মী অমদা লনথুম অমুক লাক্কনি অমুক চংখিগনি। মসিদা কনাগুম্বা অমনা লনথুম ময়াম অদু মশাগী পুন্সিগী ওইনবা কন্না হোৎনরবসু মশাগী ওইবা ঙম্লোই। মসিনা অব্রা চৈথেং পীরক্কনি। পুম্নমক অসিগী অর্থদি মফম মতম লৈরিঙৈদা লন থুম অদু রিনাউন্স তৌবা ঙম্মু হায়বনি। মসিনা ইশাদা নুংঙাইবা মনিং তম্বা অমা ফংগনি।

******

The gateway of this hell leading to the ruin of the soul is three fold-**Lust, Anger** and **Greed.** – scripture –

# Chapter 24

## অচুম্বা থবক্না তুংগী অফবা ওইবা

গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্বা স্ক্রিপচর অমা লৈ মদুদি নহাক্না হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সি অসি কুপ্না য়েংলগদি নহাক্না মমাংদা তৌখিবশিং অদু লায়না খঙবা ঙমগনি। অদুগা নহাক্না হৌজিক হৌজিক তৌরিবা থবকশিং অদুদা কুপ্না য়েংশিনবা ঙম্লগদি মতুংদা নহাক্না করি করম্বা ওইরক্কনি হায়বদু লায়না খঙবা ঙমগনি। স্ক্রিপচর অসিগী ব্রাহস্তোক ময়াম অমা লৈগনি। ব্রাহস্তোক অমদি অসুম্না নৈনবা য়াই। পৃথিবীদা লৈরিবা জীব খুদিংমক থব্রায় পাল্লি। থব্রায়না মতোমতা লৈবা ঙমদে। থব্রায়না জীবগী হকচাং বোডিদা চঙদুনা লৈ। হকচাং বোডি অমনা শিরবা মতমদা হকচাংদা য়াওবা থব্রায়না অতোপ্পা অহিংবা হকচাং অমদা অমুক চংঙি। থব্রায়না হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং বোডি অমদা চঙবা প্রোসেস অসিবু মপোক অমদগী অতোপ্পা মপোক অমদা পোকপা হায়না কৌবা য়াই। থব্রায় পানবা জীব ময়ামগী মনুংদা থব্রায় পানবা মীওইবা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী অথোইবা জিবনি। মীওইবগী মপোকখক্তদা অচুম অরান খঙবা ঙম্মী, সেল্ফ রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্মী। অব্রাংবা থাক্কী অচুম্বা চৎপা ঙম্মী হায়বদি নির্ভান অরাম-খুভম ফংবা ঙম্মী।

মীওইবগী মপোক্পা নির্ভান ফংবা ঙম্লগদি মীওই ওইনা পোকপগী মহৈ মপুং ফাবা ফংবা ঙম্লে। অদুবু য়াম্না লুরিবদি মীওইবা জীবনা খম্নুহৌদবদগী স্তুয়ান তাহৌদবদগী হন্থবা মপোক্তা পোকপা শা ঙাগুম্বগী লিচৎ শাজৎ চৎপা অসিনি। হন্থবা মপোক্তা পোকপা শা ঙা জীবশিংদি অচুম্বা অরানবা খঙদে ইন্সটিক্ট ওই। বোডি সেন্সকী অপাম্বা অদু হেক্তা তৌই। অমরোমদা হায়রগনা সেন্সকী মীনাই ওই।

মীওইবগী মপোক্তা মীওইবনা থবক ময়াম অমা তৌরি মদুদি চাননবা-শেংননবা -হিংননবগী থবকশিংনি। অদুগা অরোইবদা তৌগদবা মরুওইবা মথৌদি ইশা অসে নীংতম্বা ফংনবা/নির্ভান ফংনবা হোৎনবনি। অদুগা অমরোমদনা হন্থবা মপোক্তা পোকপা শা ঙা জীবশিংনা মীওইবগী মপোক যৌনবা হোৎনবনি। মীওইবা ঐখোয়না কুপ্না নৈনবা যাই মদুদি ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক মীওইবগী মপোক্তা হিংবা ঙম্লিবসি ঐখোয়না মমাংগী হৌখিবা মপোক্তা অফব অচুম্বা তৌখিবগী ফলনা মীওইপোক ফংবা ঙম্বনি হায়বসি থাজবা যাই। মসিগা চপ মান্ননা হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সিদা ঐখোয়না চৎলিবা লিচৎ শাজৎ, তৌরিবা থবকশিং অসিগী ফল অসিনা ঐখোয়গী মথংগী মপোক্তা করি ওইরক্কদবা নৎত্রগা মতুং তারকপদা করি ওইরক্কনি হায়বদু খঙবা ঙমগনি। শম্না হায়রবদা হৌজিক্কী তৌরিবা থবক্কী ফলনা মতুং তারকপা ফিভম অদু লেপকনি। হৌজিক হৌজিক্কী মীওইবগী মপোক অসিদা চুমদবা অরানবা থবক তৌরগদি, শা ঙাগী লিচৎ শাজৎ চৎলগদি, মসিগী ফলনা মথংগী মপোক্তা/মতুং তারকপদা শা ঙাগী মওং মতৌ মপোক ওল্লকপা য়াই। মপোক মপোক্কী ওইরক্লিবা ফিভম মওং মতৌ অসি তৌরুবা থবক কর্ম ফলগী মতুংইন্না ওইরকপনি হায়বসি গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্বা স্ক্রিপচর অসিনা ময়েক শেংনা তাকই।

সংসার অসি শেম্বা মতমদা থব্রায় পানবা জীব খুদিংমক্কী অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা সাইকল অমা শেম্মী, জীব খুদিংমক অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা সাইকল অসিদা উংদুনা লৈরিবনি। মতাং অসিদা করিগুম্বা খরা খন্ন নৈনবা য়াই মদুদি অহিংবা জীবশিংগী অমুক পোকপা অমসুং অমুক শিবা হায়বা সাইকল অসি লৈতে হায়না খল্লসি। হৌজিক হৌজিক ফংলিবা মীওইবগী মপোক অসিনা লোইরে মখা তাবা মপোক লৈতে হায়না অমুকসু খল্লসি। হায়রিবা ফিভম অসি ওইরগদি মীওইপোক ফংলিবা

জীব খুদিংমক্তা মশাগী কথোকপগী সেবা তৌবগী মহুত্তা ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা ঙাক্তা চথরক্কনি হায়বদি পুন্সি অসি চাবা থকপা তুম্বা নুংঙাইথোকপা সেন্সকী ওইবা ঙাক্তা তৌরক্কনি। অদুবু মশাগী অচুম্বা চৎপা পাম্বা, ধর্ম্ম চেনবা, মীৎয়েং শান্না উবা ঙম্বা মীশিংনা ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইথোকপগী মহুত্তা অচুম্বা লিচৎ শাজৎ চত্তুনা অঙম্বা সেবা তৌবনা হেন্না অচুম্বা ওইগনি হায়বসি মখোয়না থাজৈ।

ধর্ম্ম চেনবা মীনা মতম পুম্নমক্তা মশা নীংতম্লবা হোৎনজৈ। মনীংতম্না হিংবা ঙম্বা মীনা অচুম্বা থবক তৌবা ঙম্মী। মখোয়না থাজৈ মদুদি অচুম্বা থবক তৌবনা মতুং তারকপদা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙমগনি হায়বসি। মপোক মপোক্কী অফবা ওইগে হায়রগদি অফবা অচুম্বা থবক তৌবা তাই। হায়নবা লৈ মদুদি সংসার অসিদা মীওইবনা হিংবা ঙম্লিবসি অফবা অচুম্বা মীওই লৈবদগীনি।

মীওইবনা ফত্তবা চুমদবা থবক তৌরিবা খুদিংমক খন্নুহৌদবা, জ্ঞান তাহৌদবা, সব-কন্সিয়স মাইন্দননি। সব-কন্সিয়স মাইন্দদদি অনীংবা খল্লকপা থবক অদু হেক্তা তৌই। সব-কন্সিয়স মাইন্দা তৌবা থবক খুদিংমক ফত্তবা ওই। শা ঙাগী ব্রাখল খুদিংমক সব কন্সিয়স মাইন্দ ওই। মীওইবগী কন্সিয়স মাইন্দনা অচুম্বা অমসুং অরানবা হায়বা অনি অসি খঙবা ঙম্মী। অদুবু য়াম্না অঙকপদি মীওইবগী কন্সিয়স মাইন্দনা খঙনা খঙনা অরানবা তৌবসু ঙম্মী। মীওইবা অয়াম্বা কন্সিয়স মাইন্দ ওই। মরম অসিননি মীওইবনা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক অনিমক তৌরিবা অসি। মীওইবনা কুপ্না খন্নুরগা জ্ঞান তানা অচুম্বা থবক তৌবা ঙম্লিবা অদু সুপর কন্সিয়স মাইন্দননি। সুপর কন্সিয়স মাইন্দদদি অচুম্বা থবক ঙাক্তা তৌগনি। মুণি ওইবা, হোলি ওইবা মীশিংদি সুপরকন্সিয়স মাইন্দ ওই। সব-কন্সিয়স মাইন্দ কোকহনগে হায়রগদি হোলিগী ব্রাখল মতম লৈবা খিবিক্তা খনবগী হৈনবী লৈবা তাই। অসুম্না তৌরগদি সব-কন্সিয়স মাইন্দ অদু কন্সিয়স মাইন্দ ওল্লকই। লেপ্পা লৈতনা হোলিগী ব্রাখল খনবগী হৈনবী লৈরিমখৈদি মমৈথংদা সুপর কন্সিয়স মাইন্দ লাক্কনি। মসিসু গ্রেজুয়েসনগী প্রোসেস অমনি।

******

Good people maintain the world through

their suffering amd sacrifice. – scripture –

# Chapter 25

## হোলিগী নিংতম্বা

হোলি লাইরিক্লা হায়রি মদুদি মীওইপোক ওইনা পোক্লগদি মরুওইবা থবক খরদি তৌবা দরকার ওই। মসিনা ইশাবু হিংজবা ঙম্লবা অমদি ইশাবু মনীংতম্মা লৈবা ঙম্লবনি। মসিদা হায়রিবা নীংতম্বা অসি ইশাগী ওইবা হোলিগী নিংতম্বনি। লৈবাক্কী ওইবা নীংতম্বা নত্তে। ইশাগী ইথৌদি ইশানা নুমিৎ খুদিংগী তৌবা তাই। ঐহাক্লা ঐহাক্কী পুন্সি অসে নীংতম্মা হিংবা পাম্লগদি নিংতম্বা ফংবগী থবক তৌবা তাই, ঐহাক্লা হোলি লাইফ ওইনা হিংগে হায়রগদি হোলি লাইফকী থবক তৌবা তাই। ঐহাক্লা ৱার্ল্ডলিনেস ওইদনা হিংগে হায়রগদি ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা থবক পুম্নমক থাদোকপা তাই, তৌদবা তাই। মতাং অসিদা ৱাহং অমা হংবা য়াই মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা নীংতম্মা অৱা অনা য়াওদনা নুংঙাইনা হিংবদি পাম্লগা মহাক্লা তৌরিবা থবক্লা মীখা পোনবা থবক অমদি অৱা অনা তারক্কদবা থবক ঙাক্তা তৌরগা, মহাক্লা পাম্লিবা পুন্সি মহিং অদু করম্মা ফংগদৌরিবনো? মরম অসিননি ঐখোয়না তৌরিবা থবক্লা ঐখোয়বু নুংঙাইহনবা ঙমগনি। মসিগা চপ মান্নবা ঐখোয়না তৌরিবা থবক্লা ঐখোয়বু ৱাহনবসু ঙমগনি। স্ক্রিপচরনা হায়বদি ঙাইহাক্কী ওইবা সেন্সকি নুংঙাইবা পামগনু, তুং কোইনা নুংঙাইবা ফংবা ইটর্নেল লাইফ ওইয়ু হায়বনি। হোলি ওইবা অশেংবা থবক তৌরগদি হোলি ওইবা অশেংবা পুন্সি অমা ফংগনি।

অপাম্-নুংশি, কল্লক মীহৌবা পোকপা করম্না ঙাকথোক্কনি হায়বগী মতাংদা স্ক্রিপচরনা অসুম্না ইরি। অহানবদা ইন্দ্রি সেন্সনা হকচাংদা অপাম-নুংশি কল্লক মীহৌবা পোকহল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা মীওইবগী উবগী শক্তিঃ পীরিবা সেন্স মীৎ অসিনা পোৎশক অমা নৎত্রগা নুপা/নুপী অমদা অপাম নুংশি কল্লক মীহৌবা টেম্পটেসন অমা ব্রাখলদা হকচাংদা ফাওহল্লি। কল্লক মীহৌবা পোকপা হায়বা অসি পাপ্কী/ফত্তবগী লম্বীদা চৎনবগী মরম অমনি। কল্লক মীহৌবগী টেম্পটেসন অসি মতাং চানা থিংবা ঙমহৌদ্রগদি হকচাংদা, ব্রাখলদা চঙখিদুনা, হকচাংনা পাম্বা থবক অদু পাঙথোকই। ফত্তবা টেম্পটেসন অদু হকচাংনা পাঙথোক্কবনিনা হকচাং অদু ফত্তবা ওইরে। মসিগা চপ মান্নবা নহাক্কী নখুৎ য়েৎনা ফত্তবা তৌরগদি মমৈথংদা নহাক্কী হকচাং পুম্নমকসু ফত্তবা ওইরক্কনি। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বদি ফত্তবা তৌরিবা নহাক্কী নখুৎ য়েৎ অদুনা নহাক্কী হকচাং পুম্নমকপু মাঙহন্দ্রিগৈগী মমাংদা ফত্তবা তৌরিবা নখুৎ য়েৎ অদু ককথৎলগা হুন্দোকখো হায়বনি। মসিনা লেমহৌরিবা নশা পুম্নমকপু ফত্তবদগী কনবা ঙমগনি। মসিনা তাকপদি নহাক্কী নশা পুম্নমকপু মাঙননবা হোৎনরিবা নহাক্কী নখুৎ য়েৎ অদু নিয়ম নিতি চুম্না অচুম্বদা শীজিন্নৌ হায়বনি। হকচাংগী ইন্দ্রি সেন্সশিং অসি নিয়ম নীতি চুম্না শীজিন্নরিবা মখৈদি ঐখোয়গী হকচাং পুম্নমক অসে মাঙবা ঙমদে।

স্ক্রিপচরগী মতুংইন্নদি য়ুম পানবা/য়ুম পান্দবা নুপা নুপী অনিমক স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইবা য়াই, য়ুম পান্দবা নুপা নুপীদি হোলি লাইফকি ডিসিপ্লিনগী মখাদা চৎলগা লোইরে। অদুগা য়ুম পানবা নুপা নুপীগীদি নিয়ম খবা স্ক্রিপচরনা পীরি মদুদি নুপা নুপী অনি অদু লুহোংদ্রিগৈগী মমাঙদা অরেপ্পা ব্রাশক অমদি লৈবা তাই। নুপা নুপী অনি অদু পুন্সিগী কাইনবা খাইদোক্লবা য়াদবা নুংশিবগী পুন্সি লৈপুন অমা শেম্বা ঙম্লবা মতুংদা লুহোংদুনা লৌন-লৈনবা তাই। নুপা নুপী অনি অদুনা অরেপ্পা পার্মেনেন্ট ওইবা নুংশিবগী পুন্সি লৈপুন

অমা শেম্বা ঙম্লোইদবা লৈরগদি লৌন-লৈনরোইদবনি।

নুপা নুপী অনি অদু মশা মশা য়ানদুনা পুন্সি লৈপুন শেমদুনা লৌন-লৈনরে অদুবু করিগুম্বা মরম থৌদোক অমদগী নুপা নুপী অনী অদু খাইদোক্লরে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বদি নুপা নুপী অনি অদুগী খাইদোক্লবা অদু অমুক য়াশিন্নদুনা লৈমিন্ননবা হোৎনবা তাই। করিগুম্বা য়াশিন্নবা ঙমদ্রগদি হোলি নিয়মগী মতুং ইন্না নুপা নুপী অনি অদু মতোম মতোমতা লৈবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। মসিনা হোলিগী লম্বীদা চৎপা ঙমহল্লি।

অদুবু হোলিগী নিয়মগী ব্রাংমদা নুপা অদুগী নুপী অদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক হন্না ময়ুম পাল্লবা অমদি নুপা অদুনসু অতোপ্পা নুপী অমমুক অমুক হন্না লৌরগদি নুপা নুপী অনি অদু হোলি লাইফ পুরা ওইবা ঙম্লরোই হায়বদি এডল্টরি হায়বা ফত্তবা (পাপ্) অমা নুপা নুপী অনি অদুনা লংজরে। হোলিগী নিয়মদা য়ুম হন্না হন্না পানবা ইচা হন্ন-হন্না পোকপা য়াদে। ঐখোয়না হোলিগী নুপা নুপীগী কোপল অমা হায়বা তারগদি নুপা নুপী অনি অদুনা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা কায়নবা খায়নবা য়াদবা নুংশিবগী অরেপ্পা পুন্সি লৈপুন অমা শেম্বা ঙম্নবা মতুংদা লুহোংদুনা লৌন-লৈনবদুনি। মদুগী মতুংদা অঙাং ১/২ লৈরবা মতুংদা হোলি কোপল অদুনা মচিন-মনাও, মচে-মচল অমগুম্না নুংশিননা লৈমিন্নবা অদুনি। অদুগা হোলি ডিসিপ্লিন নিয়মগী মখাদা চত্তুনা য়াম্না লাইনা হোলি কোপল অমদি হোলি ফেমিলি ওইবা ঙম্মী।

ঐখোয় মীওইবনা হোলি স্ক্রিপচরশিং অসি লাইরিক ওইনা পাবদা য়াম্না নুংঙাই। হায়রিবা নুংঙাইবা অসি পুন্সি চুপ্পগী ওইনা নুংঙাইগে হায়রগদি হোলি স্ক্রিপচরশিং অসি ইশাদা প্রাক্টিস তৌদুনা হৈনবী অমা ওইনা থম্বা তাই।

******

Desire and want is the father of misery. – Scripture -

# Chapter 26

## ব্রাশকপা ফত্তে

হোলি স্ক্রিপচরগী পাউরৌ অমা লৈ মদুদি মী অমনা তোয়না তোয়না মচিন্দা ব্রাশকইবা প্রোমিস তৌরিবা মী অদু তোয়না তোয়না অরানবা চুমদবা থবক তৌই। মীওইবনা তোয়না ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা নৎত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমগী মমিং পন্দুনা ব্রাশকপা ফত্তে। ব্রাশকপগী মহুত্তা অচুম্বা চৎপা ঙম্লবা হোৎনবনা হেন্না ফৈ। তাইবঙপান্দা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক তাইবঙ শেম্বা ঈশ্বরনা শেম্মী শাবীবা ঙাক্তনি। করিগুম্বা ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা ব্রাশকপা অদু অচুম্বা ওইখ্রগদি/পাঙথোকপা ঙমখ্রগদি মদু য়াম্না ফৈ অদু নত্তদুনা অরানবা চুমদবা ওইখ্রগদি মদু য়াম্না ফত্তে। ব্রাশক কায়। স্ক্রিপচরনা হায়বদি ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা ব্রাশকপগী মহুত্তা অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসি শীজিন্নবা য়াই- ঐ তৌই/ঐ তৌদে, ঐ খংঙি/ঐ খঙদে, ইংলিসকী ব্রাহৈদা হায়রগনা য়েস ওর নো হায়না শীজিন্নবা য়াই। মসিনা অচুম্বা ঙাঙবদা/অচুম্বা তৌবদা মতেং পাংঙি। ঐখোয়না খঙগদবদি তোয়না তোয়না ব্রাশকইবা মী অদু তোয়না তোয়না অরানবা ঙাঙবা/অরানবা তৌবা মীনি। হায়নবা লৈ, ঈশ্বরগী মিংদা ব্রাশকইবা মী অদু ঈশ্বরগী ব্রায়েল ফম্বান্দা কাবা তাবনি। ঐখোয়না থাজবা য়াই মদুদি মীওইবগী ব্রায়েল বিচারদগীদি নাম্থোকপা য়াই অদুবু ঈশ্বরগী

ব্রায়েল- বিচারদগীদি নাম্ভোকপা য়ারোই। মতাং অসিদা মৈতৈগী পাউরৌ অমা পনবা য়াই - "মীনা ব্রায়েনবা ঙমদ্রগদি ঈশ্বরনা ব্রায়েনবা তাবনি"। মসিগী অর্থদি মী অমনা অরানবা ময়াম অমা তৌরগসু মহাক্কী লৌশিংনা নাম্ভোকপা ঙম্মী অদুবু অরানবা অদু লেপ্পা লৈতনা তৌরক্লগদি মমৈথংদা অরানবা অদু ফাবা তাবনি। ঈশ্বরগী ব্রায়েল খুদিংমক খুদক্কী ওইদে, মতম শাংনা লৌই। অরানবা মী অদুনা মশাগী লমচৎ-শাজৎ অদু চুমথোকচনবগীদমক মতম শাংনা পী। ঈশ্বরনা পীরিবা মতম অদুদা অচুম্বা চৎপা ঙম্লগদি অরানবা তৌখিবা অদু কোকপা ঙম্মী। স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী ব্রায়েন্দি থল্লায় পানবা মীওইবা অমদি জীব খুদিংমক্কী পোকপা শিবা লৈরিবা অমদি জীবশিংগী মপোক মপোক্কী তাইবঙপান্দা ওইরিবা মওং মতৌ অসিনি। হোলি লাইফ চৎপা মীনা মীঙোন্দা মতেং পাংবগী মতাংদা স্ক্রিপচরনা অসুম্না ইরি- নহাক্না কনাগুম্বা লায়রবা তোল্ল- তারবা মীদা মতেং পাংনিংলগদি মতেং অদু কনা অমত্তা খঙহন্দনা তুমিন্না মতেং অদু পীয়ু। মতেং পাংবা অদুদা নহাক্কী নরুপ- নপাং ফাওবা অমত্তা খঙহনগনু হায়না পল্লি। মসিগী অর্থদি মতেং পাংবা হায়বসি নহাক্কী অরোনবনি, নথৌদাংনি, অচুম্বনি। মদু ঈশ্বরনসু উবা ঙমগনি। অদুবু কনাগুম্বা খরদি তোল্ল তারবা লায়রবদা মতেং পাংবা মতমদা মীয়াম মমাংদা হায়বদি মীয়াম তীনবা লাইশঙ অমদি লম্বী শোরোক্তা মতেং পাংবা অদু মীয়ামদা উথোকপা পাম্মী। মসি তৌরিবগী মরমদি মতেং পাংবগী মীংচৎ অমদি থাগৎপা পাম্মী।

হোলি ওইবা মীশিংদি মতেং পাংবা ঙম্বা/মতেং পাংবা ঙমদবা হায়বগী অৱাবা বোন্দেজ লৈতে। মতেং পাংবগী মিংচৎ থাগৎপা পামদে। মীয়াম মমাংদা মতেং পাংবসু পামদে। হোলি ওইবা মীনা মীঙোন্দগী মতেং লৌদে। মনিংতম্বনি, ইনফাইনাইট অমনি হায়না মখোয়না লৌজে।

ঈশ্বর খুরুমজবগী মতাংদসু স্ক্রিপচরনা অসুম্না হায়- লাই খুরুমজবা মতমদা ঐখোয়না অচিকপা মফমদা নৎত্রগা য়ুমগী কাদা য়াম্না চিক্না শান্তি লৈনা প্রেয়ার তৌবনা হেন্না অফবা ফল ফংবা ঙম্মী। মীয়াম তিনবা লাইশঙদা নৎত্রগা মীয়াম তিনবা মফমদা লাই খুরুমজবদি

পুক্লিং চঙবা ঙমদে, ইরাং লাংঙি। হোলি ওইবা মীশিংনা লাইশঙ হায়বসি মহাক্কী হকচাংনি হায়না খঞ্জে। মহাক্কী হকচাং শেংনা থম্বা ঙম্লগদি মহাক্কী লাইশঙ অসি শেংনা থম্বা ঙম্মী হায়না খঞ্জে। মতম লৈবা খিবিত্তা ঈশ্বরগী মীংথৈ শোন্দুনা মহাক্কী ৱাখল কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনজৈ। হোলি ওইবা মীনা মখোয়গী মমিৎনা অচুম্বদা য়েংদুনা মশাগী হকচাং ইন্দ্রিয় শেংনা থম্মবা হোৎনজৈ। করিগুম্বা ঐখোয়গী মিৎনা শেংদবা অৱানবদা য়েংদুনা লৈরগদি হকচাং ইন্দ্রি অসে শেংনা চুম্না থম্বা ঙমদে। মরম অসিননি মিং হায়বা ইন্দ্রি সেন্স অসিনা হকচাংদা মঙাল পীৱা ঙম্মী হায়রিবসি।

হৌজিক্কী মতম মোডর্ন এজ অসিদা মীওইবনা তৌগদবা মরুওইবা ইথৌদাং য়াম্না লৈ। হিংবদা লায়না হিংবা য়াদ্রে, খর লুশিল্লক্লে। হিংবদা লুশিল্লক্লিবা অসি মরম কয়ামুক লৈবমগনি। য়াম্না মরুওইবা মরম অমদি মীওইবগী মীশিং পোপুলেসন অসি কা হেন্না হেনগৎলকপা মরমদগীনি। সন্ন্যাস মোক্ষ ওইখিবা মীওইশিংগীদি সংসারগী ওইবা চৎনবী থাদোকখ্রবনিনা অৱা অনা য়াওদনা নুংঙাইনা লেনখ্রে। অদুবু মীওইবা অয়াম্বদি সংসারগী চৎনবীনা পুনখ্রবনিনা অৱাবা নুংঙাইবা অনী অসি মায়োক্কবা তারি। মীওইবা ওইনা পোক্লগদি মীওইবনা নহা ওইরিঙৈদা পাঙ্গল কল্লিঙৈদা অচুম্বা লম্বীদা শুনোমদুনা শেল তানশিনবা দরকার ওই। শেল তানশিল্লিবগী মরমদি ইশাগী হিংনবা অমদি মীঙোন্দা অঙম্বা সেবা তৌবা ঙম্লবনি। হায়নবা অমা লৈ মদুদি "ইনাকখুনবনা মতেং পাংবা ঙম্মী, লায়রবনা মতেং পাংবা ঙমদে"। মসিনা তাকপদি ইনাকখুনবা মী অমা হায়বসি ঈশ্বর অমগুম্বনি হায়বসু য়াই। ইনাকখুনবা মী অদুনা মীঙোন্দা সেবা তৌবা মতমদা মশাগী ওইজবা অমত্তা থিবা য়াদে, কখোকপগী পাঙ্গল শক্তি লৈবা তাবনি। অচুম্বা লম্বীদা মতেং পাংবা ঙম্বা তাই। হৌজিক্কী মতমদা ঈশ্বরগী মী হায়বসি মীওইবদা সেবা তৌবা ঙম্বা মীনা ঈশ্বর ওইরক্লি। স্ক্রিপচরনা হায় মদুদি নহাক্না শু নোমদুনা তানশিল্লিবা শেল সনা লুপা লন- থুম খুদিংমক নহাক্না হিংলিঙৈদা মফম চানা, মতম চানা রিনাউন্স তৌবা ঙম্মু অমদি মীওইবগী সেবা তৌবা ঙম্বদসু শীজিন্নৌ। মসিনা থম্মোয় শেংনা

নহাক ইনাকখুনবা মী অমা ওইগনি। নহাক্না নহাক্কী শেন, সনা লুপা, লন-থুম অদু মফম মতম চানা নহাক্না হিংলিঙৈদা রিনাউন্স তৌবা ওমহৌদ্রবা অমদি নশাখক্তগী ওইনা থম্লবা হোৎনরগদি ইনাক খুনবগী অর্থ লৈতে হায়বদি লনথুম অদু অমুক চৎখিগনি, অহোংবা নাই হায়বনি।

******

Religion is realization. – Scripture -

# Chapter 27

# মেডিটেসন

গৌতম বুদ্ধনা মশাগী সেল্ফতা মেডিটেট তৌরগা হকচাং ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লগা অচুম্বা লম্বীদা চত্তুনা নিভার্ন ফংবা ঙমখি। ইশাগী সেল্ফতা মেডিটেট তৌবা ঙমদবা মীওইদি মপালদা লৈবা অচুম্বা আইডিয়েল ওইবা পোৎশক অমদা মেডিটেট তৌরগা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপা অমদি ব্রাখল হকচাংবু পোত্থাহনবা ঙমহল্লী। মপালদা লৈবা পোৎশক অদু অচুম্বা আইডিয়েল ওইবা মী অমা ওইবা য়াই নৎত্রগা আইডিয়েল ওইবা মুর্ত্তিগী পোৎশক অমসু ওইবা য়াই। হায়বিবা মপালগী পোৎশক অদুদা ঐখোয়না থাজবা থম্লগা ঐখোয়গী পুক্সি অসি অচুম্বদা চৎনবা হোৎনবনি। ঐখোয়না মপালদা থাজবা থম্লিবা অচুম্বা পোৎশক অদু ঈশ্বর অমনি হায়না কৌবসু য়াই। ঈশ্বর হায়বদি অচুম্বা হায়বনি।

স্ক্রিপচরনা হায়বদি সংসার অসিদা লৈরিবা থব্রায় পানবা/থব্রায় পান্দবা জীব পোৎশক খুদিংমক নেচরগী লোনা পুন্দুনা লৈ। নেচর লোগী মতুংইন্না সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মীকুপ খুদিংগী অহোংবা নাই; অহোংবা নাইরিবা খুদিংমক পোৎশক অদুগী মওং মতৌ ফোর্মদনি অদুগা মনুংদা লৈরিবা উবা ঙমদবা পায়বা য়াদবা পোৎশক সেল্ফতি অহোংবা অমত্তা লৈতে। মসিগা চপ্ মান্ননা জীব খুদিংমক্তা লৈরিবা থব্রায় সেল্ফতি চপ মান্নগনি অদুগা

মওং মতৌ ফোর্মদি খেৎনবা লৈগনি। মরম অসিননি মী শা- ঙা উচেক-ৱায়া জীব ময়াম অমা খেন্নবা লৈরিবসি। য়াম্না কুপ্না নৈনরগদি সংসার অসিদা লৈরিবা জীব, পোৎশক খুদিংমক পোৎশক অমখক্তনা শাবনি। হায়রিবা পোৎশক অদুগী সেল্ফ অমদি মাগী মওং মতৌ ফোর্ম/বোডি লৈগনি। মসিবু ইংলিসতা হায়রগদি য়ুনিভর্সেল সেল্ফ/য়ুনিভর্সেল বোদি কৌই।য়ুনিভর্সেল সেল্ফতগী পোৎশক ময়াম অমা পুথোক্লকপনিনা মসিবু পেরেন্ট সেল্ফ হায়নসু কৌবা য়াই, মমা মপাদা লৈবা সেল্ফকা মচা মশুদা লৈবা সেল্ফ অনী অসি মান্নগনি। মাগী মওং মতৌ বোডিদা খেন্ননা উহনবনি অরোইবদা হায়গদবনি সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মান্নবা পোৎশক অমখক্লা শাবনি।

ঈশ্বর থাজবা ঐখোয়না হায়বা য়াই মদুদি সংসার অসি ঈশ্বরনা শেম্বনি, ঈশ্বরগী লীলা ঙাক্তনি, খুদিংমক ঈশ্বরদা লৈ। হায়রিবশিং অসে অচুম্বা ঙাক্তনি। ঈশ্বরগী ৱাফম অসি অমুক থমখ্রসি। নেচর লোগী মখাদা অমুক নৈনসি। সংসারসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক নেচর লোগী মখাদা চৎলি। পোৎশক খুদিংমক্কী মনুংদা য়াওরিবা সেল্ফতা মান্নবা লৈরগসু মপালগী মওং মতৌদি অহোংবা মিৎকুপ খুদিংগী লৈ। মপালগী মওং মতৌ ফোর্মদা অহোংবা লৈরিবা অসে করিগুম্বা খরা তৌরুবদগী করিগুম্বা খরা অহোংবা লাকপনি। করিমত্তা তৌদনা করিমত্তা অহোংবা লাক্লোই। অহোংবা লাক্লিবগী মরম শোয়দনা লৈগনি। মসিবু ইংলিসতা হায়রগা কোজ এণ্ড ইফেক্ট হায়না কৌবা য়াই। করিগুম্বা খরা তৌরগদি মদুগী ফল লৈগনি।

পোৎশক অমগী মওং মতৌ হোংলকপগী খুদম অমা নৈনসি - উপাম্বী অচৌবা অমা য়াল্লে। উপাম্বী অদু হোরাইনা ককথত্তুনা খাইদুনা উবাক ওল্লে।উবাক অদুনা ফাল চৌক্রি শেম্লে। ফাল চৌক্রি অদু মাগী মতম লোইরদুনা শিং ওইনা শীজিন্নদুনা মৈ থাদুনা মৈচাল ওল্লে। মৈতাল অদু ইখ্মোলগী লৈবাক্তা লংথোক্তুনা লৈবাক অমুক ওনপ্লে। মওং মতৌ মথং মথং ওনখিদুনা য়ুনিভর্সেল সেল্ফতা চণ্ডখি। উপাম্বী অমদগী হৌরগা খেন্নবা মওং মতৌ ময়াম অমা ওইরক্লিবা অসি করিগুম্বা থবক অমনা তৌহন্দুনা ওইহনবনি। মসিবু কোজ এন্দ ইফেক্ট হায়না কৌগনি। করিমত্তা তৌদ্রগদি করিমত্তা হোংদোকপা য়াবা

নত্তে। মসিগা চপ্ মান্নবা জীব খুদিংমক্কী থব্রায় সেল্ফ মান্নবা লৈরগসু মাগী মাগী মওং মতৌ ফোর্ম মতৌ ফোর্ম হকচাংদি খেন্নবা লৈরি। থব্রায় পানবা খরনা মীওইবা ওইরি, থব্রায় পানবা খরনা শা উচেক ওইরি। জীব খরনা মীওইবা ওইরিবা, জীব খরনা শা ঙা ওইরিবগী মরম শোয়দনা লৈগনি। মসি নেচর লোগী কোজ এন্দ ইফেক্ট হায়বগী মখা পোনগনি।

করিগুম্বা থবক খরা তৌরুবদগী মীওইবা ওইনা পোকপনি। অদুগা করিগুম্বা থবক খরা তৌরুবদগীসু শা ঙা ওইনা পোকপনি হায়বসু য়াই। করিমত্তা তৌদ্রগদি অহোংবা অমত্তা লৈরোই। তৌগদৌরিবা থবক অদুদি বোডি হকচাংনা তৌগদবনি। ঐখোয়না মীওইবা ওইনা পোক্লিংঙি নৎত্রগা শা ঙা উচেক ওইনা পোক্লিংঙি হায়দুনা হেক্তা পোকপা য়াবা নত্তে। মসি ঐখোয়গী তৌরুবা থবক্কী মখা পোনগনি হায়বদি কোজ এন্দ ইফেক্ট লৈগনি। শম্মা হায়রবদা, ঐনা ডাক্টর ওইনিংলগদি ডাক্টর তম্বা তাই, অচুম্বা পাম্লগদি অচুম্বা চৎপা তাই, মোক্ষ ওইনিংলগদি মোক্ষ অমগী পুন্সি লম্বীদা চৎপা তাই। সংসার অসিদা লৈরিবা পোংশক খুদিংমক্কী সেল্ফ মান্নরগসু মাগী মাগী মওং মতৌ ফোর্মগী খেন্নবা অদুদি কোজ এন্দ ইফেক্টকি মা পোনগনি।

সুপর কন্সিয়স ওইবা মুণিদি মহাক্কী হকচাং ফোর্ম অমদি থব্রায় সেল্ফ হায়না অনী থোক্লা খাইদোক্কে। মসিগী অর্থদি থব্রায়গী অপাম্বা অদু হকচাংনা তৌই। হকচাং ইন্দ্রিগী অপাম্বা অমত্তা তৌদে। থব্রায়গা হকচাংগা থবক তৌবদা মান্নহনবনি। মুণিনা থবক য়াম্না তৌদে। থবক য়াম্না তৌরগদি অরানবা য়াওরকই। মসিগী অর্থদি থবক তৌবা খুদিংগী সেন্স ওর্গান্না সেন্স ওবজেক্টতা অপাম্বা পোক্লকই। হকচাং সেন্সকী অপাম্বা লোমদা চৎলুরগদি অরানবা হেক্তা ওই। মদুদগী কোজ এন্দ ইফেক্ট হেক্তা লৈগনি। হৌজিক্কী ওইবা খুদিংদা মুণিনা অচুম্বা তৌই। অফবা মরু হুল্লগদি অফবা চারা ওই। অচুম্বা থবক কর্ম তৌরগদি অফবা মহৈ ফংঙি। নেচর লোগী মখাদা খুদিংমক লৈ।

******

Happy are those who are pure in heart;
They will see God. – Scripture –

# Chapter 28

## অচুম্বা লম্বী

মীওইবগী পুক্সিনা হিংবদা শুবা নোম্বা দরকার ওই। থবক শুবা নোম্বনা মীওইবনা হিংবা ঙম্লীবনি। মীওই খরদি থবক শুনা শুনা মখোয়গী ব্রাখন্দা হয়েংনা করি চাগনি অদুগা হংচিৎনা করি শেংকনি হায়বগী ব্রাখন্দা মতম পুম্নমক্তা ব্রাদুনতা লৈ। মসিনা ইশাদা য়াম্না ব্রাহনবতা নত্তনা নুমিৎ খুদিংগী অব্রাবা খন্নবগীদমকসু মচাক ওইহল্লি। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ "নহাক্না ঈশ্বরগী অচুম্বা নিংতম্বা লম্বী অসি খংলগদি নহাক্না ব্রারিবা হয়েং করি চাগনি, হংচিৎ করি শেংকনি হায়বা অদু কোকপা ঙমগনি"। মীওইবনা হিংবদা চিঞ্জাক ফিরোল, লৈফম দরকার ওই। মসিগী মথক্তা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী খঙবা ঙম্লগদি মীওইবগী পুক্সিনা করম্না হিংগদগে হায়বগী জ্ঞান অদু ফংবা ঙম্মী। মসিনা মীওইবনা হিংবদা থেংনরিবা অব্রা অনা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙমহল্লি। স্ক্রিপচরদা ইবা অমা লৈ "উচেক ব্রাইয়াশিংনা নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক থিদুনা চায়, মখোয়দা হয়েং করি চাগনি হায়বগী অব্রাবা অমত্তা লৈতে, হয়েংগী হায়বা চাব- থকপগী পৈশিনবসু লৈতে, চান্নবগী মরু হুনবসু লৈতে"। উচেক ব্রাইয়াশিংনা হিংবদা লাইনা হিংঙি অদুগা মীওইবনা হিংবদা খর লুই।

হিংবদা খেৎনবা লৈরগসু মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী খঙলগদি উচেক- ব্রাইয়াশিংনা লাইনা হিংবগুম্না হিংবা ঙমগনি। চাবা থকপা শেৎপগী ব্রানিংঙাই থোইদোক্লা লৈরোই। ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা থাজবা থম্মু হায়বনি। হয়েংগী চাব-থকপা শেৎপগীদমক্তা য়াম্না ব্রাবা মীনা য়াম্না শাংনা পুন্সিবা ঙমবব্রা? ঐখোয়না অচুম্বদা খজিক্তা ফাওবা ইশাদা থাজবা থম্বা ঙমদ্রিবনো? ঈশ্বর থাজবা ঙমদবা মীনা মখোয়গী চাবা থকপা শেৎপগীদমক্তা য়াম্না ব্রাজৈ। ঈশ্বরদা থাজবা থম্লগদি ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ অসি অচুম্বা চৎপা ঙমদুনা পুন্সিনা হিংবদা চাবা শেৎপগী ব্রানিংঙাই করিসু লৈতে। সংসার অসিদা ঈশ্বরনা পুম্নমক পীরবনি। মীওইবনা করম্না চাগনি, করম্না শেৎকনি হায়বা জ্ঞান অদু খঙবা ঙম্বা অদুখক্তনি। মীওইবগী পুন্সিদি চাব থক্পা শেৎপগীদমক্তা হিংগদবা নত্তে। পুন্সিদা অরানবা লম্বীদা চৎলুরগদি সংসারগী অব্রা অনাগী পোৎলুম পুবা তাবনি। পুন্সি হায়বসি করিমত্তা নত্তে পোকপা অমসুং শিবগী ঈপাক অসে মনিংতম্না লাইনা লানবা ঙম্বা অদুখক্তনি। মনিংতম্না হিংবা মীনা লাইনা পুন্সি ঈপাক লানবা ঙম্মী। মীখাপোন্না হিংবা মীনা পুন্সি ঈপাক ব্রানা লাল্লী। মীওইবনা হিংবদা থবক অমত্তা তৌদনা হিংবদি য়ারোই। মীওইবনা ইশাগী অচুম্বা থবক তৌবতা নত্তনা মীবুসু শেম্বীবা ঙম্বগী থবকসু তৌবা ঙম্বা তাই। থবক অমত্তা তৌদনা ঐখোয়না নিংতম্বদি ফংলোই। ঐখোয়গী অচুম্বা থবক্লা ঐখোয়গী ব্রাখল হকচাং নিংতম্বা ফংগদবনি অদুগা অরানবা থবক তৌরুরগদি ঐখোয়গী ব্রাখল হকচাং মীখা পোনবা তাবনি। মরম অসিননি ঐখোয়না হিংগদৌরিবা পুন্সি মরেল অমদি তৌগদৌরিবা থবক অদু মনিংতম্বা থবক্লা নৎত্রগা মীখা পোন্না হিংবা পুন্সি মরেলগী থবক্লা হায়বদু হান্না খঙদোকপা দরকার ওই। অচুম্বা শিনফম্ অমদি অচুম্বা পুন্সি মরেল খঙহৌদ্রগদি তৌরুবা থবক্লা মীখা পোন্না বোন্দেজ ওইনা পুন্সি হিংঙি। তৌরুবা থবক্লা মনিংতম্বা ফংবা/তৌরুবা থবক্লা অফা অপুন ওইবগী খুদম অমা স্ক্রিপচরনা পীরি- "মুগা তিলনা মাগী তীল মহুম অদু হান্নবা শেম্নবা কন্না হোৎনজৈ। মহুম্ শারবা মতুংদা মতম খর লৈরগা তিল অদুনা কুরাক্ ওল্লবা মতুংদা মাগী মহুমদগী পাইথোকখি অমসুং মনিংতম্বা ফংখি। অদুবু তীল মহুম্ খরদদি তীল অদুনা কুরাক ওইনা ওল্লবা মতুংদা পাইথোকপা ঙমদদুনা তীল মহুম্ মনুংদা শি। মসিনা তাকপদি ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি মহিং অমদি

থবক্তা ঐখোয়বু অৱা অনা পুহন্দুনা মনিংতম্বা ফংদনা পুক্নি লেনখি লোইখি হায়বনি।

মীওইবনা অচুম্বা চৎপা, অচুম্বা পুক্সি লম্বী থিবা হায়বসে হোৎনবগী মখা পোল্লি। করিমত্তা হোৎনদনা থিদনা অচুম্বা পুক্সি লম্বী ফংবা ঙম্লোই। হোৎনবা কনবা সেল্ফ ইফোর্ট অমদি সেল্ফ কন্ট্রোল অনি অসি য়াম্না দরকার ওই। সেল্ফ কন্ট্রোল তৌবনা ইশাদা ৱিল পৱার অমা পী। ইশাগী ৱিল পৱার লৈরবনিনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙমহল্লী। মীওইবনা য়াম্না দরকার ওইরিবসি মীওইবগী কেরেক্টর লমচৎ শাজৎনি। অচুম্বা লমচৎ শাজৎপু চৎপা ঙম্লগদি অৱা অনা য়াওদবা আইডিয়েন্ ওইবা পুক্সি অমা ওইগনি। অচুম্বা লম্বী থিরিবা মী অদুনা অচুম্বা লম্বী ফংগনি। অচুম্বা পুক্সি লম্বী চৎনবা হোৎনরিবা মী অদুনা অচুম্বা পুক্সি লম্বী চৎপা ঙমগনি। করিমত্তা থিদনা হোৎনদনা অচুম্বা লম্বী ফংবা ঙম্লোই। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায় "মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী চৎপা ঙম্বসি য়াম্না লুই হায়বদি হোৎনবগী মখা পোল্লি। মোরেল অমদি কল্চরেল ডিসসিপ্লিন্ অমগী মখাদা চৎপা তাই। অচুম্বা পুক্সি লম্বী চৎপা ঙম্বসি মীওই খরখক্তা ওই। অদুগা অমরোমদনা অরানবা লম্বী চৎপা হায়বসিদি য়াম্না লাই। অরানবা লম্বীদা চৎপদা লাইবা মরম্না লম্বী অদু পাক্ চাওই। অরানবা পুক্সি লম্বীদা মী য়াম্না চৎপা ঙম্মী। অরানবা পুক্সি লম্বী হায়বদি সেন্স ইন্দ্রিগী অপাম্বা ঙাক্তনা হেক্তনা তৌবা হায়বনি। অচুম্বা লম্বী হায়বনা সেল্ফ ইফোর্ট অমদি সেল্ফ কন্ট্রোল তৌদুনা ইন্দ্রি সেন্সকী অরানবা শেংদবা অপাম্বা অদু থিংবনি।

******

Learn to discover,
you are the creater of your own destiny. – Scripture –

# Chapter 29

# মীওইবগী গুণ

হোলি স্ক্রিপচরনা হায়- "উপাম্বী অমা ফৈ-ফত্তে হায়বসি উপাম্বী অদুদা পাল্লিবা মহৈনা লেপ্‌কনি"। মসিগা চপ্ মান্ননা মী অমগী মশক মওং মতৌ খক্তনা মী অমগী অফবা মগুণ লেপ্পা য়াদে। মী অদুগী হৈনবী লমচৎ শাজৎ, মাগী পুন্সি মহিং লাইফ ষ্টাইল মহাক্না হিংলিবা এনভাইরোন্‌মেন্টে অদুদগী মী অদুগী মগুণ অদু লেপকনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা হোলি ওইবা মীওইদি অফবা মীওইনি। ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীওইদি অফবা গুণ কয়া চেন্দে, লম্‌হুইগুম্বনি, হায়বদি মতম পুম্বদা মশাগী ওইজবা থী। স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি " অচুম্বা লমজৎ শাজৎ চৎকে হায়রগদি হোলি ওইবা মীগা মরুপ মপাং ওইয়ু। ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীগা তিন্ন-লোইনগনু"। মসিগী অর্থদি হোলি ওইবা মীশিংদি মশাগী ওইজবা করিমত্তা থিদে, মীবু মাংহন তাকহনবা নুংঙাইতনবা করিসু তৌদে। অঙম্বা মতেং পাংবা খক্তনি। ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীদি থবক খুদিংমক্তা মশাগী ওইজবা থী, মিংচৎ পাম্মী, শক্তি শিজিন্নৈ, মশাগী ওইজবা থিবগীদমক্তা মীবু মাংহন্-তাক্হনবা ঙম্মী। মনুং মপাল খেৎননা চৎলি হায়বদি মপান্দা ফজৈ মনুংদা ফত্তবা খল্লি।

মীওবগী হৈনবী লমচৎ শাজৎ, অমদি তৌথোরকপা থবক্লা মী অদু হোলি ওই নৎত্রগা ব্রার্ন্ডলিনেস ওই হায়বা খঙবা ঙমগনি। ঈশ্বরনা হায়বা ব্রাহৈ পরেং অমা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াই মদুদি "অফবা মীওই খর লৈবনা সংসার অসিদা মীওইবনা হিংবা ঙশ্লীবনি। সংসার অসিবু অফবা ওইনবা হোৎনবদা অফবা মীওই কয়াগী পুন্সি কখোকই"। সংসার অসিদা মগুণ লৈবা মী অমা ওইনা হিংগে হায়রগদি লমচৎ শাজত্তা হোলি খরদি ওইবা তাই। মী অমগী লমচৎ শাজৎ হৈনবীদা অশেংবা হোলি ওইবা ঙমদ্রবগদি উহৈ পান্দবা উপাশ্বীগা চপ্ মান্নে। মতাং অসিদা হায়নবা অমা লৈ "মী অমনা উহৈ চাগে হায়দুনা উপাশ্বী অমা থাদুনা মপুং মরৈ ফারে। অদুবু উপাশ্বী অদুনা মহৈ শুকপান পান্দ্রগদি উপাশ্বী অদু য়ান্থত্তুনা শিং ওইনা মৈ থাদোকই"। মসিগা চপ্ মান্ননা সংসার অসিদা মী অমা ওইনা হিংবদা কান্নদবা মী অদু ঈশ্বরনা লৌশিল্লি। মান্নবা খুদম্ অমসু পীরি - চান্নবা চেং খৈবদা চাবা য়াদবা ফৌমাং খন্দোকপগা চপ্ মান্নে।

মীওইবা খুদিংমক্লা থাজে মদুদি মীওইবনা শিরগা মতুংদা স্বর্গদা ঈশ্বরগী মফমদা চৎলি হায়না। ঈশ্বরগী মফমদি অব্রা অনা য়াওদে য়াম্না নুংঙাই হায়না। মীওইবনা শিরগদি অব্রা অনা থাদোক্লে অমসুং ঈশ্বরগী মফমদা চৎলি। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায় - সংসারদা মী অমা ওইনা হিংবদা মতিক চাদ্রবা মী অদু ঈশ্বরগী মফমদা লাক্লগা ঈশ্বরগীদমক মতিক্ চাবা মী অমা ওইবা ঙমগদ্রা? সংসারদা মী ওইনা হিংবদা মতিক চাদ্রবা মী অদুনা ঈশ্বরগী মফমদা লাক্লগসু ঈশ্বরগীদমত্তা মতিক চাবা মী ওইবা ঙম্লোই। সংসারদা হিংবদা মতিক চাবা ঙম্বা মী অদু ঈশ্বরগী মফমদা লৈবদসু মতিক চাবা ওইবা ঙমগনি। নহাক্না অচুম্বা লম্বীদা লাক্তনা অরানবা লম্বীদা লাক্লগা ঈশ্বরগী মফম য়ৌবা ঙম্লোই। মসি হায়বগী অর্থদি অচুম্বা চৎপা হোলি ওইবা মীনা তাইবঙ ঈপাক্ লাইনা লানবা ঙম্মী। অপাম্বা য়াম্বা, অরানবা চৎপা, ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা মীনা তাইবঙ ঈপাক্ অসি লানবদা য়াম্না ব্রাই, য়াম্না লুই।

স্ক্রিপচরশিংদা ইরিবা ঈশ্বরগী অচুম্বা ৱাহৈশিং অসি তাশিন্দুনা লৌশিন্দুনা অমদি প্রাক্তিস তৌদুনা ৱাহৈশিং অসি ঙাক্না পুন্সিগী ওইনা চৎপা ঙম্লগদি মীওই পোকপগী মহৈ ফংলে। অৱা অনা লৈরগসু খাঙবা ঙম্লে। কনাগুম্বা মী অমনা স্ক্রিপচরশিংদা ইরিবা ৱাহৈশিং অসি তারগসু লৌশিনবা ঙমদবা ৱাহৈশিং অদু পুন্সিগী ঙাক্না চৎপা ঙমদ্রগদি মী ওইনা পোকপগী মহৈ ফংলোই। অৱা অনা খাঙবা ঙম্লোই পুন্সি ঈপাক মীখা পোন্না ৱানা লানগনি। হোলি লাইফ ওইনা হিংবা পাম্বা মীনা হোলি স্ক্রিপচরশিং মুন্না পাবা, মুন্না খঙবা অমদি পুন্সিগী ওইনা প্রাক্টিস তৌবা দরকার ওই। আইডিয়েল ওইবা পুন্সি অমা চৎপা ঙম্নবা হোৎনবদা হকচাং ৱাখলদা অকিবা অমদি অশোনবা লৈহল্লোইদবনি। ৱাখন্দা অকিবা অমদি হকচাংদা অশোনবা পোক্লগদি আইডিয়েল ওইবা পুন্সি অমা ওইনা হিংবা ঙমদে। ৱাখন্দা অকিবা অমসুং অশোনবা লৈবনা ঐখোয় মীওইবনা ইশাগী ওইজবা থিবা লম্বীদা থবক তৌই অমসুং ফত্তবা থবকসু তৌই। মীওইবনা থৌনা লৈনা আইডিয়েল ওইবা পুন্সি অমা হিংবা ঙম্নবগীদমক স্ক্রিপচরনা মীওইবদা পাউতাক অমা পীরি মদুদি "নহাক্না অচুম্বা থবক তৌদুনা আইডিয়েল ওইবা পুন্সি অমা চৎনবা হোৎনবদা অকিবা অমত্তা লৈগনু, আইডিয়েল অমা ওইনবা হোৎনবদা নহাক্কী হকচাং শিবা য়াই, তৌইগুম্বসুং অচুম্বা তৌবগীদমক্তংদি নহাক্কী থৱায়দি শিবা করিসু লৈরোই। তশেংনমক য়াম্না মরুওইনা চেকশিনগদবদি ঈশ্বরনা অরানবা চুমদবা তৌবা মীশিংগী হকচাং অমদি থৱায় অনিমক্ মাংহনবা হাৎপা ঙম্মী। মসিনা তাকপদি অচুম্বগী শিবগদি মহৈ লৈ অদুগা অরানবগী শিবগীদি করিমত্তা মহৈ লৈতে।

ঈশ্বরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা চৎলিবা মখৈদি অফবা ঙাক্তা ওইগনি মপুং ফাবা আইডিয়েল ওইবা পুন্সি অমসু ওইগনি। অদুগা কনাগুম্বা মী অমনা অরানবা লম্বীদা মশাগী ওইজবা অতোংবা থীবগা লোয়নননা মশাগী মিংচৎ থম্নবা হোৎনরগদি হোৎনবা খুদিংমক অমাংবা ওইগনি, কান্নবা লৈরোই। ৱার্ল্ডলিনেস ওইবগী অপাম্বা থাদোকপা ঙম্লগদি পুন্সিদা

পাংথোক্কে খল্লিবা খুদিংমক পাংথোকপা ঙমগনি। অদুগা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবগী অপাম্বা থাদোকপা ঙমদ্রগদি থবক খুদিংমক মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্লোই। স্ক্রিপচরনা ইরি মদুদি হকচাং (বোডি)গী অপাম্বা থাদোকপা অমদি মপালগী মায়াগী পোৎশকশিংদা কল্লক্ মীহৌবা থাদোকপা ঙম্লীবা মখৈদি মী অমা ওইনা কুইনা হিংবা ঙমগনি অমদি মী অমা ওইনা হিংবগী মগুণসু লৈগনি।

******

Only those who want nothing are masters of nature. – Scripture

## Chapter 30

## Chapter 30

# ব্রায়েল্-বিচার

হোলি স্ক্রিপচরনা হায় মদুদি "অফবা মী অমনা অফবা থবক্ ময়াম অমা তৌবা ঙম্লিবসি মহাক্কী অফবা মগুণ ময়াম অমা মশাদা লৈবদগীনি। অদুগা ফত্তবা মী অমনা ফত্তবা থবক্ ময়াম অমা তৌবা ঙম্লিবসি মহাক্কী মশাদা ফত্তবা মগুণ ময়াম অমা লৈবদগীনি"। মী অমগী অফবা মগুণ লৈত্রগদি অফবা কান্নবা থবক অমত্তা মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্লোই। থবক অমা হেক তৌবা খুদিংগী য়েৎনবগী/প্রোব্লেমগী মচাক ঙাক্তা ওইহল্লি। অফবা গুণ চেনবা মীশিংনা পুকচেল শেংনা থবক অমা তৌবদা মতেং পাংবা, মপুং ফাহনবা, কান্নবা ওইহনবদা য়াম্না মতেং পাংবা ঙম্মী। অফবা মীদি চিন্না ঙাংবগা খুৎনা তৌবগা চপ্ মান্নগনি। মী অমনা অচুম্বা চৎলি নৎত্রগা অরানবা চৎলি হায়বসি পুক্সিগী অরোইবামতমদা/বিচারগী মতমদা শোইদনা খঙবা ঙমগনি। মতাং অসিদা মৈতৈগী পাউরৌ অমা নিংশিংবা য়াই মদুদি "মীনা শিবনা মচিন্দা অদুগা শাষন্না শিবনা খোংগুন্দা"। মসিগী অর্থদি মী অদু করম্বা মীনো, করম্না শিবনো হায়বদু মীনা ঙাংনবা মচিন্দগী খংবা ঙমগনি। অদুগা শাষন্না কদায়দা মাংখিবনো, কদায়দা শিখিবনো হায়বদু শাষনগী খোংগুন্দগী খঙবা ঙমগনি। মী অমনা অচুম্বা তৌবা নৎত্রগা অরানবা তৌবা হায়বসি

মহাক্লা মচিন্দগী ঙাংখিবা ৱাশিং অদুদগী অরোইবদা শোইদনা খংবা ঙমগনি। মীয়াম্মা মথং মথং ঙাংনরকপদগী অচুম্বা নৎত্ৰগা অরানবা হায়বদুদি অরোইবদা মীপুম খুদিংমক্না খঙবা ঙমগনি। মীওইবগী চিনবান অসি অচুম্বা অমসুং অরানবগী ঙাংফমনি। ঈশ্বরগী ৱাহে অমা লৈ মদুদি স্ক্রিপচরগী মরমদা জ্ঞান খর লৈরিবা মীনা অমুক্কা হেন্না স্ক্রিপচর নৈনদুনা মপুং ফাবা জ্ঞান ফংনবা হোৎনৈ অদুগা মপুং ফাবা কান্নবা মী অমা ওইবসু ঙম্মী। স্ক্রিপচরগী মরমদা করিমত্তা খঙদবা মীদা স্ক্রিপচরগী মরমদা তাক্লগসু মসিগী কান্নবা করিমত্তা লৌশিনবা ঙমদবনা মী অদুনা মপুন্সি হিংবদা করিমত্তা অর্থ লৈতে অমদি কান্নদবা মী ওই হায়বদি মী অদুনা হিংবদা হকচাং বোডিগী অপাম্বা ঙাক্তা মপুন্সিদা তৌই।

সংসার অসিদা মীওইবনা হিংবা ঙশ্লীবসি অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা, তিন্নদুনা, নুংশিনদুনা হিংলিবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা মী অমগা অমগা নুংশিনবা মতেং পাংনবা ৱাৎলক্লি। মী অমগা অমগা মত মান্নদবা য়েৎশিন্নবা, খৎনবা চৈনবা য়াম্না হেনগৎলক্লি। মীগা মীগা তিন্নবা য়ারক্তবগী মরুওইবা মরমদি অপাম্বা কল্লক্ মীহৌবা পোকপা, ঐগীনি হায়বনা মমাং থারকপা, ওইজবা থীবা, মিংচৎ থম্বা পাম্লকপা, ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা অমদি চুম্মী নৎত্ৰগা লাল্লি হায়বা য়েৎনবা থৌদোক ৱাথোক কয়া পুথোকপা অসিনি। হায়রিবা মরমশিং অসিদগী লাপথোকপা ঙম্লগদি অমগা অমগা তিন্নবা নুংশিনবা ঙমগনি। মী অমনা মীওইবগী মরক্তা করম্না হিংবা লোইনবা ঙমগনি হায়বগী তাক্‌পা স্ক্রিপচরদা য়াওবা অশেম্বা ফুঙ্গা ৱারি অমা লৈ। মসি নৈনবদা অসুক্কী মতিক কান্নগনি। ৱারি অদুদি অচৌবা পাৎ অমা লৈ। পাৎ অদুদা ঙা ময়াম অমা লৈ। ঙা ময়ামশিং অদু অমগা অমগা তিন্ন লোইনরগসু মতম অয়াম্বদা মখোয় মখোয়গী অপাম্বা ফংনবা হোৎনবদা খৎন-চৈনবা য়াওই। ঙা ময়ামদুগী মরক্তা ঙা অমদি খৎন-চৈনবা পামদে। ঙা অদুনা অসুম্না খল্লি মদুদি ফত্তবা খৎন-চৈনবা ময়াম অসিগী মনুংদা ঐ লৈনিংদ্রে। পাৎ ঈশিং অসিদগী পাইথোকখিবা পাম্লে হায়না। ঙা অদুনা অমুক্‌সু খল্লি- ঐগী হকচাংনা পাৎকী ঈশিংদা লৈদুনা হিংলিবনি অমদি ঙা ময়াম অসিগী মরক্তসু লৈদুনা হিংলিবনি। ঐনা ঈশিং পাৎ অসিদগী পাইথোক্লগদি ঐ শিবা তাবনি। অরোইবদা ঙা অদুনা মুন্না খল্লে মদুদি- ঐগী ৱাখল পুক্লিং অসি খর হোংদোকপা তারে, খাংবা কনবা তারে, অমদি ইশাগী

সেল্ফ কন্ট্রোল অমগা লোয়ননা ঙা ময়াম্মা লৈরিবা পাৎকী ঈশিং অসিদা ঐগী পুন্সি লোইবা ফাওবদি হিংবা তাবনি। অমদি ঙা ময়ামগা লোইনদুনা লৈবসু তাবনি। অরোইবদা ঙা অদুনা হায়রিবা জ্ঞান অসি ফংবা ঙমখি। ব্রারি অসিনা তাকপদি মী অমনা মশাগী সেল্ফ কন্ট্রোল তৌরগা মীওইবগী মরক্তা লৈদুনা পুন্সি লোইবা ফাওবা হিংবগী পাঙ্গল থৌনা খাংবা কনবা লৈবা তাই হায়বসিনি।

স্ক্রিপচরনা হায়রি - নহাক্না ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা পাম্লগদি নহাক্কী ওইজবা অপাম্বা থীবা খুদিংমক থাদোকউ, ব্রান্ডলিনস ওইগনু, টেম্পটেসন লৈগনু অদুগা য়াম্না চেকশিনগদবা অমনা নহাক্না নহাক্কী পুন্সি কনবা অমদি হিংবদি পাম্লগা নহাক্না তৌরিবা থবক্না অরানবা ঙাক্তা ওইরগদি নহাক্কী পুন্সি অদু কনবা ঙম্লোই, কুইনা হিংবসু ঙম্লোই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা মপুন্সি করম্না হিংগনি হায়বা থোইদোক্না খন্দবা অদুগা মহাক্না তৌরিবা থবক্না অচুম্ব। ঈশ্বরগী থবক্ ঙাক্তা ওইরগদি কুইনা পুন্সিবা ওইগান'. মসি হায়বগী অর্থদি ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎনবা হোৎনবদা শিবা ফাওবা কিদবা মীশিংনা কুইনা পুন্সিবা ফংগনি। মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা চৎপনা হেন্না ফৈ হায়বগী প্রমাণ পীবা খুদম অমা নৈনবা য়াই মদুদি মী অমনা লাল্ তৌদুনা সংসার অসি জয় তৌদুনা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক্ খুদিংমক মহাক্কী ওইরে হায়না খল্লসি। অদুবু থংনবা মিৎকুপ্ অমগী মতুংদা মহাক্কী পুন্সি শিরে। মদু ওইরগদি মহাক্না তোংলিবসি করিনো? করিমত্তা মাগী পুন্সিদা অতোংবা লৈতে। মসিগী অর্থদি অরানবা শক্তি শিজিন্নদুনা মিৎকুপ অমগী ওইবা মিংচৎ, মিৎকুপ অমগী নিংথৌ ওইবা অদু করিমত্তা কান্নবা তোংজবা লৈতে। মসিগী মহুত্তা অচুম্বা পুন্সি লম্বীদা চৎপনা হেন্না ফৈ অমসুং মীয়াম্নসু তমজনিংঙাই ওইবা পুন্সি অমসু ওই। হোলি লাইরিক্না হায় মদুদি সংসারদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক অফবা, অচুম্বা ফজবা ঙাক্তনি অদুবু মীওইবগী হকচাং ব্রাখলগী অপাম্বা কল্লক্ মীহৌবনা ফত্তবা ঙাক্তা ওইহনবনি।

******

Never lose faith in yourself,
You can do anything in the universe. – Scripture -

# Chapter 31

# অহেনবা অপাম্বা

ঈশ্বরনা মীওইববু শেম্বী শাবিবা মতমদা অমগা অমগা মান্নহন্দে খেৎনৈ। মান্নদবা খেৎনবগী মরম লৈরমগনি। ঐখোয়না খঙদবা বিচার অমদি ঈশ্বরনা তৌবিরমগনি। বিচার অদু নেচর লোগী কোজ এন্দ ইফেক্টকী (cause and effect) মখা পোনগনি। সংসার অসি শেম্বা মতমদা সংসার অসিগী নেচর লো পুম্নমক্ শেমখ্রবনি। মীওইবনা নেচর লোশিং অদু খঙনবা হোৎনবনি। নেচর লো মুন্না খঙবা মী অদুবু অশিংবা মী হায়না কৌই।

য়াম্না ঙকপা অমনা মীওইবা হায়বা জীব অসি য়াম্না কল্লক্ মীহৌই, অহেনবা য়াম্না পাম্মী। ঈশ্বরনা ঐগীদমক্তা পীরিবা শরুক অদুদগী হেন্না অমুক্ পাম্মী। ঈশ্বরনা পীরিবা ঐগী মতিকচাবা শরুক অদুদা ঐনা পেম্ছোকপা ঙমদে। মরম অসিদগীনি মীওইবনা কল্লক্ মীহৌবা, অহেনবা পাম্বা অমদি অমগা অমগা করিসু নত্তবদা মরৈ য়েৎনবা, খৎন-চৈনবা, ৱাথোক্-লাম্থোক কয়া ওইহল্লিবসি। মীওইবনা করি মরমদগী অমগা অমগা মরৈ য়েৎনবা হৌরকপনো হায়বা তাকপা ৱারি মচা অমা স্ক্রিপচরদা লৈ। মসি নৈনবদা য়াম্না কান্নবা লৈগনি ৱারি অদুদি - ইনাকখুনবা পুকচেন চাওবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মহাক্কী লৌ-ইখোল অদু মী নেত্তুনা মহৈ মরোং থাই অমদি মহৈ

মরোং মরাং কাইনা লোকই। নোংমদি মহাক্না ইঙ্খোন্দা লৌ লিংনবগীদমক্তগা অয়ুক ঙন্তাদা কৈথেলদগী মী নিপাল(৮) নেক্লুরে অদুগা লৌ লিংহনবা হৌহল্লে। নোংমগী লৌ লিংবগী অনেকমন মী অমগী লুপা ১০০ দা য়ান্নরে। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা ইনাকখুনবা লৌ মপু অদুনা অয়ুক্কী পুং মাপল (৯) তাবা অদুব্রাইদা অমুক কৈথেলদা চত্তুনা মী ৫মুক্ নেকলুরে অমসু লৌ লিংহনবা য়াওহল্লে। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা মাগী লৌ লিংবা অদু নুমিৎ অদুমক্তগদা লোইশিনবা পাম্বদগী নুমিৎ য়ুংবা পুং তরানিথোই (১২) অদুব্রাইদা কৈথেলদগী অমুকসু চত্তুনা মী নিপাল (৮) অমুক্সু নেত্তুনা লৌ লিংবা য়াওহল্লে। উচিন্ নাচিন্না নুমিৎদাংব্রাইরমগী পুং তরুক (৬) তাবা মতমদা লৌ লিংবা পুংলোই লোইরে। লৌ মপু অদু অদুক্কী মতিক নুংঙাইরে। লৌ লিংবগী মতম লোইরবনিনা খুৎশুমন পীথোকপগী মতম লাক্লে। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা ইকোন কোনবদা পুং তরানিথোইদা নেক্লুবা মী নিপাল অদুদা মী অমগী লুপা ১০০গী হিনসাপ্তা লুপা ৮০০ ইহান হান্না পিথোকখরে। অদুগা মথংদা পুং মাপলদা নেক্লুবা মীওই মঙাদুগীনা লুপা ৫০০ পিথোকখরে। অরোইবদা, অয়ুক ঙন্তাদা নেক্লুবা মী নিপালগী খক্তা মঙাইরে। মী নিপাল অদুনা অসুম্ন খল্লী মদুদি ঐখোয়দি অয়ুক ঙন্থাদগী শুবনিনা মী অমদা লুপা ১০০ হেন্না ফংগনি হায়না। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা মখোয় নিপাল অদু কৌশিন্দুনা মখোয়গী খুৎশুমন লুপা ৮০০ পিথোক্লে। মখোয় নিপালনা মখোয়গী শেল অদু লৌশিল্লে। মদুগী মতুংদা মখোয় নিপাল অদুনা অমগা অমগা ঙাংনবা খন্নবা হৌরে। মদুগী মতুংদা ব্রাফম অমা ইনাকখুনবা মপু অদুদা থাংগৎলে, মদুদি "ঐখোয়দি অয়ুক ঙন্তাদগী থবক লোইবা ফাওবা থবক শুবনি। অদুগা পুং ১২দগী থবক শুবা হৌবা মীশিংগা মান্নন খুৎশুমন পীবিরিবা করিগীনো, ঐখোয়না হেনফম থোক্তবরা, অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু হায়রম্মী।" মতাং অসিদা ইনাকখুনবা মপু অদুনা খুম্লক্লম্মী- "মী অমগী নোংমগী খুৎশুমন লুপা ১০০দা য়ান্নখিবনি,

মসিদা ঐগী অরানবা করি লৈবগে। ঐনা নুংশিবা মীদা ইশাগী পৈশা হেন্না পিবদা অকাইবা করি লৈবগে। ইশাগী পৈশা ঐগী অপাম্বদা শীজিন্নবা ঐগী রাইট লৈতবরা? ঐনা পুকচেল চাওনা পৈশা পীবা অসিদা নখোয় মশেল্ কল্লক্ মীহৌবা লৈবরা?'' মপুগী ব্রাহৈশিং অসি তারবা মতুংদা মখোয় নিশাল অদু মখা তানা হংবগী অর্থ লৈত্রবনিনা ময়ুম ময়ুমদা চৎখ্রে। ব্রারি অসিনা তাকপদি মীওইবনা মাগী মাগী চপ্ চাবা ফংঙিবা শরুক অদুদগী হেন্না ফংনিংবা, অহেনবা অপাম্বনা খৎন-চৈনবগী মচাক্ হেক হেক পুথোকই। মীওইবনা খৎনরিবা খুদিংমক অপাম্বা কল্লক মীহৌবদগীনি। থব্রায়না হিংবদা অপাম্বা কল্লক মীহৌবগী দরকার ওইরে। ঈশ্বরনা হায়বদি চারিবা চিঞ্জাক খরখক্তনা থব্রায়গী পুক্সি হাপকনি। অদুগা মমল্ য়াম্লবা সনা লুপা মণিমুক্তা, ফুরা দলাল, লকজরি মেটেরিয়েলগী পোৎশকশিংনা থব্রায়গী পুক্সি হাপ্তে। মরম অসিননি থব্রায়গী পুক্সি হাপ্পা ঙম্বা মচাকখক্তনা খঙ্ঙু, তাল্লু, শিজিন্নৌ হায়রিবসি।

কনাগুম্বা মী অমনা অচৌবা শকখংবা মী অমা ওইবা পাম্লগদি অহানবদা মী অদুনা মীওইববু সেবা তৌবা ঙম্বা তাই। মীওইববু সেবা তৌবা ঙমদ্রগদি শকখংবা অমা ওইবা ঙম্লোই। মীওইবগী সেবা তৌবা হায়বসিদা মতেং পাংবা খক্তা নত্তে। মসিদা য়াওরিবসি মীওইবনা করম্বা লমচৎ শাজৎ চৎকনি, পুক্সি করম্না হিংগনি, করম্না নুংশিননা লৈমিন্নগনি হায়বা তাকপা ঙম্বা অদুনি অদুগা মহাক্না মীনুংশিগী লম্দা থবক্ তৌবা তাই। ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীনা সংসার অসিদা লাকপা মতমদা মখোয়দা সেবা তৌবা পামদে। মখোয়না মীওইববু সেবা তৌবা লাকপনি, পাপ্ চেল্লবা মীবু পাপ্তুগী কোকপিনবা হোৎনবদা মখোয়গী পুক্সি ফাওবা থাদোকপা ঙমজে। কনাগুম্বা অমনা মতেং খর হংলকপা মতমদা মখোয়না মতেং পাংনবা হোৎনজে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরদা য়াওবা ব্রারি অমা নৈনবা য়াই মদুদি নোংমা ঈশ্বর ওইবা মী অমনা মহাক্কী নোংমগী মথৌ তৌরুরগা ময়ুমদা হুল্লকপা মতমদা য়াম্না অরাম খৌরাংবা পোক্লম্মী। মহাক্না লম্বীগী শোরোক্তা অচৌবা উপাম্বী অমা হৌবা থেংনরম্মী। উপাম্বী অদুগী মনাক্তা

উহৈ খর চাগে চংলম্মী। অদুবু উপাম্বী অদুদা উহৈ অমত্তা পাল্লমদে, মনাখক্তা পালম্মী। উপাম্বী অচৌবা অমনা উহৈ অমত্তসু পান্দবা অমদি জীবশিংদা উহৈ অমত্তা পিজবা ঙমদবা উপাম্বী অসি করিমত্তা কান্নদবা উপাম্বীনি হায়না ঈশ্বরগী মী অদুনা হায়রম্মী। মতম খর লৈরগা উপাম্বী অদু কংলক্নুনা শিরম্মী। রারি অসিগা চপ্ মান্ননা চাক্লি ফিনিবা মী অমনা করিগুম্বা মতেং খরদং য়াম্না ইনাকখুনবা মী অমদা নিজবা মতমদা করিগুম্বা খরদং ফাওবা পীবা ঙমদ্রগদি ইনাকখুনবা অদুগী পাঙ্গল-শক্তি থৌনা মিংচৎ; লনথুম খুদিংমক অদু নোংমা নোংমগী ময়েং তারক্কনি হায়বনি। অচুম্বদা থাজবা লৈরিবা মখৈ অচুম্বগী থবক খুদিংমক পাংথোকপা ঙমগনি। নুমিৎ খুদিংগী প্রেয়ার তৌবনা থাজবা ফেথ মপুং ফাবা ওইহনবা ঙম্মী।

******

The man used his power in an illicit love affair and
became a fallen soul. – Scripture –

## Chapter 32

# সেন্স ইন্দ্রি কন্ট্রোল তৌবা

হোলি স্ক্রিপচরনা হায় মদুদি ঐগী ইশা সেল্ফ অসি অহানবদা অফবা অচুম্বা অমা ওইবা তাই। ঐগী ইশা অসে অফবা অচুম্বা ওইদ্রি ফাওবদি ঐহাক্না অচুম্বা মপুং ফাবা অমত্তা তৌবা ঙম্লোই। মরম অসিননি ঐগী ইশা সেল্ফ অসি অহানবদা মপুং ফাবা অচুম্বা অমা ওইবা তাই হায়রিবসি। ইশা সেল্ফকী অচুম্বা মপুং ফাবা ওইরগদি ইশাগী পুক্নিগী ওইবা পন্থুং অদু ফংবা ঙমগনি অমসুং মীওইবগী সেবা তৌবসু ঙমগনি।

মীওইবগী হকচাং ব্রাখল অসি অঙকপনি। মিৎকুপ্ খুদিংগী অহোংবা ব্রাখল লৈ, মীৎকুপ খুদিংগী হকচাং ঈহুল টেম্পটেসন, অপাম্বা লৈ। হকচাংদা ফাওরিবা টেম্পটেসন অদু সেন্স ইন্দ্রিনা পাংথোক্লবা হোৎনৈ। ফত্তবা অরানবা টেম্পটেসন কয়া অমা ইন্দ্রি সেন্সনা মাগী মফম মতম তাঞ্জা য়েংদুনা পাংথোকই। শম্না হায়রবদা হুরানবা অমনা মপু লৈত্রিগুঁদা তাঞ্জা য়েংলগা পোৎ হুরানবগা চপ্ মান্নে। মীওইগী সেন্স ইন্দ্রিশিং অসি করিগুম্বা মতমদা অরানবা চুমদবা হেক হেক তৌই। মসি হেক্তা থিংবা ঙমদে। টেম্পটেসন থিংবা ঙমহৌদবা খুদক অদুদা অশোয়বা অরানবা হেক্তা তাই, মতাং অসিদা তোইনা থোকপা ব্রাফম অমা নৈনবা য়াই মদুদি ঐনা ঐগী নৎত্রগা ঐগী ইমুং মনুংগী অফবা অচুম্বা

কয়া অমা মপুং ফানা শেম্বা ঙমদ্রিবৈঙেদা, ঐনা মীগী ইমুং মনুংগী অশোয়বা ঙাংলুবা অদুগা অশোয়বা চুমদবা অদু ঐগী ইমুংদা অশোয়বা অদু চপ্ মান্নবা থোক্করে। মতাং অসিদা মৈতৈগী হায়নবা পাউরৌ অমা লৈ মদুদি ঐনা অতিয়াদা তিল শিৎকৎলগা ঐগী ইমাইদা অমুক হন্না তাই হায়বদুনি। মসিনা তাকপদি ঐগী সেল্ফনা মপুং ফানা অচুম্বা চৎপা ঙমদ্রিবৈগী মতমদা মীগী অশোয়বা চুমদবা পংঙাং ঙাংলুরগা ঐগীদা অমুক চপ্ মান্নবা থোকপা অদুনি। ইশাদি ফত্তনা মীগী ফত্তবা পংঙাং ঙাংগনু। মরম অসিনা মীকুপ খুদিংগী হকচাং ব্রাখলদা ফাওরিবা অরানবা টেম্পটেসন অদু মীকুপ খুদিংগী থিংবা ঙম্লগদি অরানবা অশোয়বা অমত্তা তৌবা ঙম্লরোই। সেল্ফ কন্ট্রোল পুরা তৌবা ঙম্লে।

হকচাং ইন্দ্রি মপুং ফানা খুদুম চনবা ঙমখিবা গৌতম বুদ্ধনা নিরভন্ ফংবা ঙমখি। মীওইবগী পুন্সি হায়বসি পুন্সিগী পান্দম অমদি লৈবা তাই। মীওইবনা পাঙ্গল থৌনা লৈরিবৈ, পুন্সিগী পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবা তাই। হোৎনরিবা খুদিংমক মহৈ ফংগনি লেম্না অমত্তা মাংলোই। মীওইবনা ব্রারিবসি মায়া সংসারনা পীরকপা শাফু হায়বদি ইনভাইরোনমেন্টকী মখা পোনবা অমদি হকচাং ইন্দ্রিগী, অপাম্বনা ওইহল্লকপা ঙাক্তনি। হায়রিবা মপালগী অমদি মনুংগী ওইবা ফোর্স অসি মাইন্দ কন্ট্রোল তৌদুনা খুদুম চন্নবা হোৎনবা তাই। মীওইবনা অচুম্বা হায়বদুসু খংবা তাই চৎপসু তাই। মীওইবগী ব্রাখল হকচাং থব্রায় অহুম অসি শেংনা চুম্না থম্বা তাই। ঐগী ইশা অসে অশেংবা লাইশং অমনি হায়না খনবা তাই অদুগা মপালগী ওইবা ফজবা পোৎশকশিং অমদি লাইশংনচিংবা খুদিংমক্ সেকেন্দরি ওইনা থম্বা তাই। ঐখোয় মীওইবনা সেল্ফতা থাজবা থম্বা নৎত্রগা অচুম্বা আইডিয়েল ওইবা মী অমদা থাজবা থম্বা দরকার ওই। থাজবা থম্বগা লোইননা থবক ওইনসু পাংথোকপা তাই। মসি ওইরগদি মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি অচুম্বদা চৎপা ঙম্মী। করিগুম্বা মতমদা অব্রাবগী থৌদোক্লা নৎত্রগা নুংঙাইবগী থৌদোক্লা মীওইবা অমগী থাজবা থাদোকপা নৎত্রগা কাওথোকপা য়াওই। থাজবা অদু মাংখ্রবনিনা লমচৎ শাজত্তা অহোংবা লাকই অমদি আইডিয়েল ওইবা অদুসু মাংখি। অচুম্বা থাজবা মাংলবনিনা মী অমগা অমগা থাজবা মাংনরে অদুগা অমাগা-অমগসু নুংশিনদরে। মতাং অসিদা

স্ক্রিপচরনা হায়- নহাক্না নহাক্কী অচুম্বা আইডিয়েল অদু নশাদা থমদুনা চৎলিবমখৈদি নহাক্কী পুন্সি অদু তেক্তা কায়দনা খুদোংথিবা অমত্তা লৈতনা হিংগনি।

অচুম্বা আইডিয়েলদা থাজবা থম্বা, মিৎশিং নাশিংনা লৈবা, পুন্সিগী মমল খংবা অমদি পুন্সি হায়বসি অতোংবা চাওখৎপা অমনি হায়বা ব্রারি মচা খর শল্লক্না নৈনবা য়াই।

অহানবদা, থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী সাসন্দা থবক তৌরিবা মীনায় অহুম অদু কয়াম য়াম্না শিংবগে হায়বদু চাংয়েং তৌবা পাম্লম্মী। মহাক্না অহানবা মীনায়দা লুপা ৩,০০০/-, মথংগী মীনায়দনা লুপা ২,০০০/- অদুগা অহুমশুবদনা লুপা ১,০০০/- পীরম্মী। অদুগা নিংথৌ অদুনা থা খরা মতম খরা মাগী লৈবাক্কী মপালদা চৎখি। অহানবা মীনায় অদুনা পৈশা অদু করবার মচা মচা তৌদুনা লুপা ১০,০০০/- মুক শেন্দোং ফংলে। মথংগী মীনায় অদুসু চপ্ মান্ননা করবার তৌদুনা লুপা ২,০০০/-গী শেন্দোং ফংলে। অদুগা অহুমশুবা মীনায় অদুনা লুপা ১,০০০/- অদু চফু মনুংদা হাপ্তুনা লৈবাক মনুংদা ফুমজিন্দুনা থম্লে। থা খরা লৈরবা মতুংদা নিংথৌ অদু লাক্লে অদুগা মীনায়শিংদা পীরম্বা শেলশিং অদু হল্লক্লো হায়রে। অহানবগী মীনায় অদুনা নিংথৌ অদুদা লুপা ৩,০০০/- অদু পীরে অদুগা লুপা ১০,০০০/- অমা শেন্দোংনি হায়না উৎলে। মদুদা নিংথৌ অদুনা মীনায় অদু অশিংবা পুন্সি হিংবগী মমল খংবনি হায়দুনা থাগৎলে। অনিশুবা মীনায় অদুনা মহাক্কী লুপা ২,০০০/- অদুগা শেন্দোং লুপা ২,০০০/-গা উৎলে। নিংথৌ অদুনা মীনায় অদুসু চপ্ মান্ননা থাগৎলে। অদুগা অহুমশুবগী মীনায় অদুনা মানা শেল অদু চেকশিন্না মাংহন্দনা চফু মনুংদা থমদুনা অমদি মদুদগী লৌথোক্তুনা করিমত্তা কায়হন্দনা লুপা ১,০০০/- অদু নিংথৌদা পীরে। ব্রারি অদু তাবদা নিংথৌ অদুনা শাওনা মীনায় অদুদা হায়রকই। "পৈশা অদুনা নহাক্কী নশাগী কান্ননবা

করিমত্তা ফাওবা তৌরমদবা মীনায় নহাক অসে কান্নদবা মীনি। পুন্সিগী মমল খঙদবা মীনি"। মদুদগী মীনায় অদু নিংথৌ কোনুংদগী তাম্থোকখি। ৱারি অসিনা তাকপদি মীওইবগী পুন্সি অসি করিমত্তা তৌদনা লৈগদবা নত্তে। অচুম্বা কান্নবা চাওখৎপা অতোংবা হায়বা খরদি তৌদুনা পুন্সিনা হিংবগী অর্থ লৈগদবনি।

অনিশুবগী ৱারি অমা, ওল্ড টেসটামেন্টদা য়াওবা অদুদি নৌৱা (Noah) কৌবা নিংথৌ অমনা ঈশ্বরনা হায়রম্বা অমা থাজে মদুদি চহি খরাগী মতুংদা ঈশিং ঈচাও অমা মহাক্কী লৈবাক্তা লাক্কনি। ঈশিং ঈচাও অদুদগী খুদোংথীবা ঙাকথোক্নবগীদমক্তা নৌৱা নিংথৌনা হি অচৌবা অমা শারম্মী। চহি ১/২ লৈরবা মতুংদা ইখং খংহৌদনা নোং শুক্লেপ্ লেপ্তুনা তাবা হৌরকখি। মতম অদু ফাওবদা নিংথৌ অদুগী প্রজাশিং অদুনা ঈশিং ঈচাও অমা লাক্কনি হায়না খংলগসু করিমত্তা থৌশাদনা চাবা থকপা, নুংঙাইথোকপা, নুপা নুপীশিং লুহোংদুনা লৌন-লৈনদুনা অদুম লৈথোকই। নোং লেপ্তুনা চুরকপদগী পাৎ তুরেলগী ঈশিং ঈমাই ৱাংখৎলক্তুনা নৌৱা নিংথৌনা মহাক্কী হি অচৌবা অদুগী মনুংদা মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওইশিং,চান্নবা চিঞ্জাক অমদি মহাক্কী নুংশিজরবা শাউচেকশিং পুম্নমক হাপচিন্দুনা ঈশিং ঈচাও অদুদগী নাম্থোকপা ঙমজখি। নিংথৌ অদুগী প্রজাশিং অদুদি ঈশিং ঈচাও অদুদগী কঞ্জনবগী শেম শাহৌদবনা ঈশিং ঈচাও অদুনা লোইনা হাৎখি। ৱারি অসিনা তাকপদি অচুম্বদা থাজবা থম্বা অমদি অচুম্ববু থবক ওইনা পাংথোক্লিবা মখৈদি অরানবনা জয় তৌবা ঙমদে। মীওইবনা স্পিরিচুয়েলগী পুন্সি লম্বী চৎলিবা মখৈদি মায়ানা জয় তৌবা ঙম্লোই। স্পিরিচুয়েল ওইবগী মিৎকপ্ থোক্লিবা মখৈদি অরানবনা খক চংবা ঙম্লোই। অসুম্না হায়বা য়াই-য়ুম অমগী য়ুম্মুনা মহাক্কী পোৎচৈশিং অদু চেকশিন্না মিৎকুপ্ নাহুম শিংনা থম্লীবা মখৈদি হুরানবনা কৈদৌঙৈদা পোৎশিং অদু হুরানবা ঙম্লোই।

অহুমশুবগী ব্লারি অসিনা অসুম্মা তৌই মদুদি থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমগী মচানুপা অমগী লুহোংবগী নুমিৎ অমা থোক্লম্মী। লুহোংবগী বর কৈন্য অদু সনা কোনুংদা থিল্লকপা অদু য়েংনবা লম্বী লম্বীগী মতাইদা মীয়াম্মা ঙাইরম্মী। মীয়াম অদুগী মরক্তা অশিংবা জ্ঞান লৈবা নুপী মঙা অমদি মখুত্তা মৈনম অমা পাইদুনা অমদি মৈনমগী থাও খর অমসু বোটল অমদা অহেনবা ওইনা হাপ্তুনা পুরক্তুনা সনা কোনুংগী মফম ফাওবা বর কৈন্যা অনি অদুগী মতুং ইন্নদুনা থিন্দুনা য়েংবা পাম্লম্মী। মীয়াম অদুগী মরক্তা অতোপ্পা নুপী মঙা অমসু মখুত্তা মৈনম পাইদুনা বর কৈন্যা অনি অদু য়েংনবা লম্বী অদুদা ঙাইরম্মী। অদুবু মখোয় মঙা অদুদি মৈনমগী হাপকদবা অহেনবা থাও অমত্তা পুরক্ত্রে। মখোয়না বর কৈন্যা অদু লাকপা ঙাইবদা মখোয় মঙাগী মৈনমগী থাও অদু লোইথোকখ্রে। মখোয় মঙা অদুনা মৈনমগী থাও অমুক হন্না হাপ্পবা থিবা চৎখিঙৈদা বর কৈন্য অদু লাক্তুনা নিংথৌগী সনা কোনুংদা চংখরে। অহানবগী নুপী মঙা অদুদি মখোয়গী মৈনমগী অহেনবা থাও পুরকপনিনা মৈনম অদুদা থাও অমুক হাপচিন্দুনা ঙান্না থাল্লগা মতম চানা সনা কোনুংদা বর কৈন্যগী মতুং ইন্দুনা চংহৌরে। মখোয়না বর কৈন্যাগী মশক অমদি সনা কোনুংগী কুম্মৈ খুদিংমক য়েংলে। অকোনবগী নুপী মঙা অদুনা মৈনমগী থাও ফংদুনা হাপচিল্লবা মতুংদা মৈনম অদু থান্দুনা নিংথৌগী সনা কোনুংদা লাকপা মতমদদি নিংথৌগী সনা কোনুং অদু থোংঙাকপনা থোং লোনশিল্লস্লে। মখোয়না মতম চানা সনা কোনুংদা থুংহৌদ্রবনিনা কোনুংদা চংবা য়াহন্দ্রে। মখোয়না বর কৈন্যা অনি অদু য়েংবা নংহৌদ্রে। ব্লারি অসিনা তাকপদি মীওইবগী পুন্সি অসিদা মফম মতম চানা থবক খুদিংমক শেম শাহৌ, মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমহৌ। অব্রাৎপা খুদিংমকসু মফম মতম চানা মেনশিলহৌ। মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বা পান্দম গোল লৈবা তাই। পান্দম অদু ফংনবা এট্টেমট(attempt)তৌবা তাই। পুন্সিগী পান্দম ফংদ্রগদি পুন্সিগী অর্থ লৈতে। পুন্সি হায়বসি অতোংবনি, অমাংবা নত্তে।

পুন্সিগী পান্দম পাংথোকপা ঙম্নবা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি ইটরনেল লাইফ ওইবা তাই। লমচৎ শাজৎকী মতাংদা স্ক্রিপচরনা হায় মদুদি মী অমগী লমচৎ শাজৎ অসি হ্যমেন নেচর ওইরগদি মহাক অদু ঈশ্বরগী য়েক্লবা অমনি। মহাক্না ঈশ্বরগী আইন লো নিয়ম নিতি, পাউতাক অমত্তা ইন্দে। তশেংনমক মহাক্না নেচর লো মুন্না খঙদে। হ্যমেন নেচরদা চৎলিবা মী খুদিংমক ঈশ্বরবু পেলহনবা ঙমদে। শম্না হায়রবদা হ্যমেন নেচরনা পাপ্কী লম্বীদা চৎহন্দুনা শিবা ওইহল্লি। স্পিরিটনা (Spirit) লমজিংলগদি অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্দুনা (Eternal Life) ওইহল্লি।

******

There is nothing holier in the world
than to keep good company( Holy Company). – Scripture –

## Chapter 33

# হ্যুমেন নেচর

মীওইবনা স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎপা ঙম্বা হায়বসি সেল্ফ কন্ট্রোলগী মখা পোল্লি। শম্না হায়রবদা স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিন অমগী মখাদা চৎপা মথৌ তাই। স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিনগী ব্রাংমদা চৎলগদি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইদ্রে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি মী খুদিংমক্না লমজেল চেনবা তান্নবদা শরুক য়াবা য়াই অদুবু লমজেল থোইবদি প্রাইজ ফংবদি ২/৩ খক্তনি। মসি হায়বগী অর্থদি মী খুদিংমক স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎপা ঙমদে। স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎনবা কন্না হোৎনরিবা মী অদুনা লম্বী অদুদা চৎপা ঙমগনি। লমজেল তান্নবদা থোইনবা লমথুংফম য়ৌবা ফাওবা চেল্লু হায়বনি। বোক্সিং শান্নবদা হায়রগনা নহাক্না থিল্লিবা পন্স (Punches) খুদিংমক্ মাংহনগনু অমদি শান্নবগী ডিসসিপ্লিন অদুগী মখাদা চপ চানা চৎনবা হোৎনৌ। শোইদনা থোইবা ঙমগনি।

স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি নহাক্কী পুক্সি অদু স্পিরিটনা লমজিংবা ওইসনু হায়বদি থৱায়গী অপাম্বা লম্বীদা চৎপা ঙম্মু। মদু ওইরগদি নহাক্না হ্যুমেন নেচরগী ওইবা লমচৎ শাজৎ অমত্তা চৎলোই। হ্যুমেন নেচরগী অপাম্বা অদুগা থৱায়গী স্পিরিটকী অপাম্বগা অনি অসি ওন্ন-তৈনৈ। অমারোমদা হায়রগনা অনি অসি অমগা-অমগা য়েংথিনৈ। নহাক্কী পুক্সিনা থৱায়গী অপাম্বা লম্বীদা

চৎলবা হায়বদি স্পিরিটনা নহাকপু লমজিংঙগদি নহাক অসি সংসারগী চৎনবী আইন লোগী ৱাংমদা লৈগনি হায়বদি সংসারগী ওইবা চৎনবী অফা অপুন বোন্দেজদগী মনিংতম্বা ফংগনি।

হ্যুমেন নেচর ওইবা মী অমা হায়রগদি মী অদুগী লমচৎ শাজৎ চুমদবা, মথোং মরম চাদবা থবক তৌবা, য়েংথিনবা, খৎনবা, কল্লক মীহৌবা, অশাওবা, ইন্দ্রিগী কাহেনবা নুংঙাইবা পাম্বনি। হায়রিবশিং অসে অচুম্বা অমত্তা নত্তে, ঈশ্বরগী অশেংবা পোৎশক অমত্তা নত্তে।

থৱায়গী অপাম্বা হায়বদি স্পিরিটনা লমজিংঙগদি নুংশিনবা পোকহল্লি, নুংঙাইবা পোকহল্লি, শান্তি লৈহল্লি। খাংবা কনবা, থৌজাল হৈবা, অচুম্বা থাজবা, অচুম্বা খংবা, মীনুংশি খংবা অমদি ইশাবু সেল্ফ কন্ট্রোল তৌবা ঙমহল্লি। হায়রিবশিং অসিদা আইন লোগী ৱাফম অমত্তা লৈতে হায়বদি অচুম্বা অফবগীদি আইল লোদা চংদে। ফত্তবা মীশিংগীনি আইন লো শেম্লীবা অসিনি। মীওইবনা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা ঙম্লগদি হায়রিবা হ্যুমেন নেচরগী ওইবা অপাম্বা লমচৎ শাজৎশিং অসে চত্তবা ঙম্মী। ইটরনেল লাইফ ওইবা মীনা পুন্সি শাংনা হিংবা ঙম্মী। ঈশ্বরনসু ইটরনেল লাইফ ওইনা হিংবা মীওইবগী পুন্সিবু কনবী।

ধর্ম্ম চেনবা মীনা অফবা অচুম্বা থবক তৌই। অৱানবা থোইদোক্লা লৈতে। পুকচেল শেংঙি, জ্ঞান তাই, মশাগী সেল্ফ কন্ট্রোল লৈ। য়ুমপানবগী লম্বীদা চংলগসু নুপী অমখক্তা থিগনি। য়ুমপানবগী নিয়ম নিতি থমগনি। মচা- মশু খরখক্তা ওইগনি। মহাক্লা মহাক্কী নুপী অঙাং মচা মশু ইমুং মনুংগী মীওইশিংবু তাকপি তম্বীবা ঙমগনি। লমলানবা মীবুসু পিজপিথক তৌবা ঙমগনি। ধর্ম্ম চেনবা মীদি ময়াই কাবা নিশা চাবা তৌরোই, ইং- তপকনি, অশাওবা লৈরোই। অৱানবা মীবু ঙাকপী কনবীবা ঙমগনি। পৈশা লুপা কাহেন্না পাম্বা কল্লক মীহৌবা লৈরোই। মাগী ইমুং মনুং নিংথিজনা শেম্বী শাবিবা ঙমগনি। অচুম্বা অফবা বেভ্যার লোনচৎ ইমুং মনুংদা চৎহল্লি। মতাং অসিদা হায়নবা অচুম্বা অমা লৈ মদুদি মী অমনা মশাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংবু নিংথিজনা শেম্বী শাবিবা ঙমদবা অচুম্বা নিয়ম নিতি চৎহনবা ঙমদবা মীনা লৈকাইগী মীয়ামগী সোসাইটিগী অচুম্বা থবক য়াইফনবা থবক তৌবা ঙমখিগদ্রা? মসিগী

পাউখুমদি "করিমত্তা তৌবা ঙম্লোই"। ধর্ম্ম চেনবা মীনা অচুম্বা থাজবা লৈ। মহাক্কা মীয়াম্বু ইকায় খুম্নে অদুগা মীয়ামনসু মহাকপু ইকাই খুম্নে।

ধর্ম্ম চেনবা মী অমগী ব্রাখল অসি মপুং ফাই, ইনাকখুনবগা চপ্ মান্নে। মঙোন্দা অৱাংপা অমত্তা লৈতে মরমদি মখোয়না মখোয়গী লৈজরিবা খর অদুদা পেম্মোকপা ঙম্মী, কল্লক মীহৌবা লৈতে। মখোয়না খল্লি মদুদি সংসার অসিদা করিগীদমক্তা অৱাবা পোৎলুম পুগদৌরিবনো? সংসার অসিদা ঐখোয়না করিবু থল্লমগদৌরিবনো নৎত্রগা সংসার অসিদগী করিবু লৌরগা পুগদৌরিবনো? করিসু থম্লিংঙাই, করিসু লৌনিংঙাই সংসার অসিদগী লৈতে। ঐখোয়গী ইশাদা মীনুংশি হায়বা পোৎশক অদুখক্তা থম্বা ঙম্লগা লোইরে। মসিগী মথক্তা চান্নবা চিঞ্জাক, শেৎননবা ফিরোল অমদি লৈননবা য়ুম শেলটর লৈবগা লোইননা অফবা লমচৎ শাজৎ চত্নুনা হকচাং ফনা থম্লগা পুম্নমক মপুং ফারে হায়না মখোয়না লৌজে। মসিদগী হেন্দোক্নুনা হেন্না ইনাকখুনবা পাম্লগদি ইশাদা টেম্পটেসন পোক্নুনা ফত্তবা চুমদবা অপাম্বা ময়াম অমা তৌরক্নুনা মাং তাকপা হায়বদু ওইবা য়াই। হায়নবা লৈ মদুদি পৈশা য়াম্না পাম্লগদি ফত্তবা চুমদবা তৌবগী হৌরকফম ওইহল্লি। পৈশা য়াম্না পাম্বনা অচুম্বা থাজবা মাংলকই। মদুগী ফলনা থম্মোয় কায়বা অৱা অনা তাবা ওই। মীওই খুদিংমক স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিনগী মখাদা চৎপা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। স্পিরিচুয়েলগী অফবা মহৈ শোয়দনা ফংগনি।

ভেডা- সাস্ত্রগী স্ক্রিপচরদা অসুম্না ইরি মদুদি থৱায় পানবা জীব খুদিংমক মীওইবা য়াওনা সংসার অসিদা পোকপবু পোক্লগদি অৱা অনা মাইয়োক্নে। সংসার অসিদা লৈবা জীব খুদিংমক অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা সাইকল অদুদা উংদুনা লৈ। সংসার অসিদা পোক্লগদি অৱা অনা অমত্তা থেংনররোই। অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা সাইকল (Samsara) অসিদগী জীব খুদিংমক্না নাম্থোক্লবা হোৎনবনি হায়রি। সাইকল অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লগদি পোকপা শিবা লৈত্রে। অৱা অনা লৈত্রে। অনন্দ, ব্লিস, মনিংতম্বা, ঈশ্বরগী মপোক ফংলে। মুনিশিংনা কন্না হোৎনদুনা হায়রিবা পোকপা শিবা সাইকল অসিদগী নাম্থোক্লবা হোৎনৈ হায়বদি মায়া সংসারগী চৎনবী

অসিদগী নাম্হোক্লবা হোৎনজে। মসিদগী নাম্হোকপা ঙম্লগদি মনিংতম্বা ইনাইনাইট(infinite) ফংলে। স্ক্রিপচরনা অসুম্না ইরি মদুদি সংসারগী মায়াগী পোৎশকশিংদা ঙাওরিবমখৈ অমদি ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা পাম্লীবমখৈদি হায়রিবা পোকপা শিবা সাইকল অসিদগী নাম্হোকপা ঙম্লোই। মায়াদা ঙাওরিবা অমদি ইন্দ্রিগী সেন্সকী নুংঙাইবদা য়াওরিবা মী অদুগী অচুম্বা অশেংবা জ্ঞান ফংবা ঙমদে হায়বদি সুপরকন্সিয়স ওইদে। সুপরকন্সিয়স ওইদ্রগদি সাইকল অসিগী মনুংদা উংদুনা লৈ। স্ক্রিপচরনা অসুম্নসু হায়- অনন্দা/ব্লিস/সেলভেসন্/মোকসা/ সেল্ফফকী মনিংতম্বা ফংবা হায়বসি ঐখোয়না হিংলিঙৈ মতমদা হায়বদি অহিংবা জিব ওইনা লৈরিঙৈদা ফংবা ঙমগদবনি। শিরবা মতুংদা ফংগদবা নত্তে। মরম অসিননি মীওইবনা হিংলিঙৈদা পাঙ্গল কল্লিঙৈদা হায়রিবা অত্মাগী জ্ঞান অসে ফংনবা হোৎনৌ হায়রিবসি।

******

None of you can be my disciple unless
he gives up everything he has. – Jesus said –

# Chapter 34

# নোরোক্কী থোঙ্গাল অহুম

স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুংইন্না মীওইবনা অৱা অনা তাবা লম্বী হায়বদি অৱা অনা তাবা থোঙ্গাল অহুম লৈ। থোঙ্গাল অহুম অদুদি লমচৎ শাজৎ কাম্বা সেক্সুয়েল্লিটি, অশাওবা অমদি কল্লক মীহৌবনি। মীওইবগী লমচৎ শাজত্তা ওক্লবা, মতম চুপ্পদা অশাওবা পোক্লবা অমদি অপাম নুংশি, মীগী মরল মথুম কল্লক মীহৌবনা থল্লবা মী অদুগী পুন্সি অদু অৱা অনা নোরোক্তা তাগনি। তামাজগী গুণ ওইবা মীশিংনা হায়রিবা ফত্তবা অহুম অসি চেল্লি। তামাজগী গুণ চেনবা মীওই খুদিংমক শা ঙা হিংচা য়াইতম্বগী লমচৎ শাজৎ চৎলি।

মীওইবনা খল্লিবা ৱাখল, তৌরিবা থবক মওং, মতৌ চাং ডিগ্রিগী মতুংইন্না মীওইবগী জ্ঞান য়াওদবগী মওং মতৌ অসি ফোর্ম মরিদা লৈ মদুদি (১) অপংবা মী - অপংবা মী হায়রগদি অচুম্বা জ্ঞান লৌশিনবা ঙমদবনি। মশাগী সেল্ফকী জ্ঞান অমত্তা মশাদা লৈতে। অপংবা মীনা খল্লি মদুদি সংসারগী নুংঙাইবা য়াবা পোৎ খুদিংমক ইন্দ্রি সেন্সনা নুংঙাইথোককদবনি। পুন্সি হায়বসি সেন্সকী নুংঙাইবা অদুখক্তনি হায়না খল্লি, (২) হন্থবা থাক্কী মী- হায়রিবা মীওইশিং অসিনা মশাগী সেল্ফ হায়বা অচুম্বা অদুদা চংশিনবা ঙমদে। মখোয়না মখোয়গী

সেল্ফকী মওং মতৌ নেচর অচুম্বা মগুণ অদুদি চাওরাক্পা খঙবা ঙম্মী। (৩) মায়ানা পুবা মীশিং- মীওইশিং অসিনা মশাগী সেল্ফকী জ্ঞান নোলেজ লৈজে অদুবু মখোয়না লান্না খল্লি মদুদি সেল্ফকী ওইবা লিচৎ শাজৎ জ্ঞান অসি থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্লোই মপুং ফাবা ঙম্লোই হায়না খল্লি। মখোয়গী ব্রিল পব্রার লৈতবা মরম্না মায়ানা মখোয়বু পুদুনা অরানবা লম্বীদা চৎহল্লি। (৪) হিংচা য়াইতম্বগী মী- হায়রিবা মীওই অসিনা সেল্ফকী নোলেজ খংলগসু সেল্ফকী লিচৎ শাজৎ অমত্তা চৎপা পামদে। হুরানচিনথি হিংচা য়াইতম্বা শাগী লিচৎ শাজৎ ঙাক্তনা চৎপা পাম্মী। হায়রিবা মীওই মখল মরি অসিনা পাপ্ ফত্তবা তৌবগী চাংসি মথং মথং চথৈ।

হোলি স্ক্রিপচরনা হন্না- হন্না হায়রি মদুদি- মী অমনা স্পিরিচুয়েলগী নিয়ম নিতি ডোক্ট্রিন খংলগসু মী অদুনা স্পিরিচুয়েলগী নিয়ম নিতি অমতং ফাওবা চৎপা ঙমদ্রগদি মহাক্না স্পিরিচুয়েলগী মরমদা খংঙি- ঙাংঙিবা অদু অরেম্বনি, কান্নদবনি, অরানবা চৎপনি, তৌশিন্নবনি। স্পিরিচুয়েল চৎপা মী অমনা থবক অমা পাংথোকপা, মায় পাকপা, থবক অদুগী মহৈ ফংবা মতমদা য়াম্না হরাওবা ফোংদোকপা পামদে। মরমদি মহাক্না খল্লি মদুদি অসিগুম্বা থবক অসি ইশাগী তৌগদবা ইথৌদাংনি। থবক তৌরুবগী ফংলকপা মহৈ অদুদা য়াম্না কল্লক মিহৌবা লৈতে। মহাক্না খঞ্জে মদুদি তৌরিবা থবক খুদিংমক থব্রায়গী আত্মাগী অপাম্বনি। মহাক্না সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা কল্লক মিহৌবা লৈতবনিনা মহাক্কী ওইবা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিং মাংখিবদা করিমত্তা অব্রাবা নুংঙাইতবা লৈতে। মহাক্না অফবা তৌবগী মহৈ খুদিংমক রিনাউন্স তৌবা ঙম্মী। মীওইবনা রিনাউন্স তৌবা ঙমদ্রগদি অফবা তৌবা, ফত্তবা তৌবা খুদিংমক ইশাদা মীখা পোনবা বোন্দেজ ওই। থবক তৌবগী মহৈ কথোকপা ঙম্লগদি মীওবগী ব্রাখল হকচাং থব্রায় অসি মনিং তম্না হিংবা ঙম্মী। মসিগী ফিভম মওং অসিবু ঈশ্বরদা পুরা কথোকপা

হায়বা কৌই। মসিবু মীওইনা মুক্তি, সেলভেসন ফংবা, পাপ্ কোক্পা হায়না কৌই। হোলি লাইরিক্তা রিনাউন্স এন্দ সার্ভিস হায়বা অমা লৈ। মসিদা মীওইবনা মীওইগী কান্নবা থবক তৌবনি। থবক তৌরিবা মী অদুনা থবক তৌরুবগী মহৈ অদু মশাগী ওইদবা মীয়ামগীদমক্তা কখোকপনি। মসিবু ট্যাগ তৌবা হায়নসু কৌই।

স্পিরিচুয়েলগী মী অমা হায়রগদি মহাক্কী ৱাখন্দা চান্নবা মরুপ, য়েক্নবা মরুপ হায়বা লৈতে। ইকাই খুম্নবীবা, ইকায় খুম্নদবা, নুংঙাইবা অৱাবা হায়বা অনি অনিগী ওইবা ৱাখল লৈতে। অপাম্বা খুদিংমক্তগী ফ্রি ওই মনিংতম্মী। মহাক্কী ৱাখল অদু আত্মাদা থম্মী অরেপ্পা অমা ওই। হোলি লাইরিক্তা অসুম্মা হায় মদুদি ঐখোয়গী হকচাং বোডি অসি ফিল্ড অমনি। হকচাং বোডিনা তৌরিবা থবক খুদিংমক অচুম্বা, অরানবা খঙঙিবা, হকচাং মনুংদা য়াওবা পোৎশক অদুবু সেল্ফ থৱায় হায়না কৌই। সেল্ফনা বোডিনা তৌরিবা খুদিংমক খঙঙি। হকচাংগী বোডিগী অপাম্বা তৌরগদি অরানবা ওই। অদুগা সেল্ফকী থৱায়গী অপাম্বা অদু বোডিনা তৌরগদি অচুম্বা ওই। অপংবা জ্ঞান য়াওদবা মীনা বোডিগী অপাম্বা পাংথোকপা হায়বসি অচুম্বনি হায়না লৌই। অদুগা অশিংবা যোগা তৌবা মীনা থৱায়গী অপাম্বা অদু হকচাংনা পাংথোকপা অদুবু অচুম্বনি হায়না লৌই। থৱায়গী অপাম্বগা হকচাংগী অপাম্বগা অনি অসি তোঙান তোঙাল্লি। মায়া হায়বা অরানবা পোৎশক অসিনা মীওইবগী ৱাখল হকচাংবু অরানবা লম্বীদা মতম খুদিংদা পুই। মীওইবনা মায়াদা ঙাওদবা অমত্তা লৈরোই। মায়ানা পুবা ঙমদুনা চৎলিবা মী অদু অরানবা চুমদবা লম্বীদা চৎলবনি। হায়নবা লৈ মদুদি মীওইবগী হকচাং অসি মায়াগী পোৎশক্তা শাবনি হায়না। মরম অসিননি মায়া হকচাংনা মায়াগী পোৎশক্তা পাল্লিবা অসে। অখঙ-অহৈ কয়ানা হায়নবা অমা লৈ। মদুদি মায়াগী অপাম্বা অসি হকচাং মনুংদা উ মরা তাবগুম্মা লৈ। ঐখোয়না উ পাম্বী অমা পুরা য়াম্থৎকে ফুক্তংকে হায়রগদি য়োৎপাক শিংজংনা উ অদুগী

মরা মরু পুম্নপ য়াওনা য়াম্থৎপা ফুক্তৎপা তাই। মতৌ অসুম্না মীওইবগী হকচাংদগী মায়াগী অপাম্বা অসি পুরা লৌথোক্কে হায়রগদি লেপ্পা লৈতনা হকচাং সেন্সকী অপাম্বা থাদোক্লবা হোৎনবা তাই। সেন্সকী নুংঙাইবা অমত্তা তৌগনু পামগনু হায়বনি। ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা থাদোক্লগদি মীওইবগী ব্রাখল অসি অশেংবা পিউরিটি ওফ মাইন্দ ফংগনি। পিউরিটি ওফ মাইন্দ ওইরগদি সেল্ফ কন্ট্রোল তৌবা ঙমগনি। সেল্ফ কন্ট্রোল হায়বা অসি করিশু নত্তে। মসি সেন্স ওর্গান্না পাম্লীবা সেন্স ওবজেক্টতগী লাপথোক্না লৈবা অদুনি।

মীওইবনা মায়া সংসার অসিদগী মনিংতম্না হিংবা অমদি মীওইবগী পুন্সিনা হিংবদা অর্থ লৈনা, মগুণ লৈনা হিংগে হায়রগদি থবক তৌবগী মওং মখল অনি পুন্সিনা হিংলিঙৈদা পাংথোকপা তাই। অহানবদা রিননসিয়েসন অনিশুবদা ট্যাগ তৌবনি।

রিননসিয়েসনগী অর্থদি অপাম্বা পোকপা থবক তৌদবা হায়বনি। খুদম ওইনা শম্না হায়রবদা ঐনা থবক অমা তৌরে। থবক অদু ললোম্লিতিক্কী ওইবা থবক অমনি হায়না খল্লসি। থবক অদু তৌবগী মহৈ য়াম্না ফংলে। মহৈ অদু সনা লুপা মনিমুক্তা ওইবা য়াই। ফংলিবা মহৈ অদু ঐগীতা ওইনা থম্বা পাম্লে হায়বদি অতোপ্পা মীদা মতেং পাংবা, মীওইবদা কান্ননবা তৌবা কথোকপগী থৌওং অমত্তা পামলক্তবা ওইরকপনি। পোৎশক খুদিংমক ঐগীতা ওইনা থম্বা হায়বা অসি ইশাদা অফা অপুন লৈ মনিংতমদে। অফা অপুন লৈতনবা মনিংতম্না হিংবা ঙম্নবা মুণিশিংনা মতম খুদিংদা রিননসিয়েসন তৌই হায়বদি অপাম্বা পোকহনবা থবক তৌদে। মুণিশিংনা ফেমিলিগী ইমুং মনুংগী ওইবা, সংসারগী ওইবা অব্রা অনা অরুম্বা পুবা অব্রাবা ব্রাখল অমত্তা লৈতে।

ট্যাগ তৌবগী অর্থদি থবক তৌরুবগী ফংলকপা মহৈ অদু কথোকপা ঙম্বা হায়বনি। শম্না হায়রবদা মী অমনা থবক অমা তৌরুবগী ফংলকপা মহৈ অদু মীয়ামগীদমক্তা কান্ননবা য়াইফনবা

পুরা কখোকপনি মসিনা হায়বদি মহাক্কা হিংলিবসি মীয়ামগী কান্নবনি য়াইফনবনি। ট্যাগ তৌবা ঙম্বা মী খুদিংমক অশিংবা অফাওবা মীওই ওইবা ঙাক্তনি। ট্যাগ তৌবা ঙম্বা মীদি অতাংবনি। ট্যাগ তৌবা ঙম্বা মী হায়বসি অসুম্বা প্রমান, খুদম পী- চাবা য়াবা উহৈ পানবা উনা মাগী পাল্লিবা উহৈ অদু মী শা ঙা উচেকশিংগীদমক চাননবনি। উপাম্বী অদুনা কৈদৌঙৈদা মশাগী উহৈ অদু চাদে। তৌরুবা থবক্কী মহৈ কখোকপা ঙম্লগদি হকচাংদা নুংঙাইবা অনন্দা অমদি মনিংতম্বা ফংঙি। তৌরুবা থবক্কী মহৈ ফল অদু কখোকপা থাদোকপা রিনাউন্স তৌবা ঙমহৌদ্রগদি ইশাদা অফা অপুন বোন্দেজ ওইবা অমা হেক্তা ওইহল্লি।

মীওইবনা হিংবা ঙল্লিবসি থবক শু- নোম্বা তৌদুনা হিংলিবনি। অমরোমদা হায়রগনা পুন্সি হায়বসি থবক্কী। হায়নবা অমা লৈ মদুদি মী অমনা থবক শুনোমদ্রবা হায়বদি করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদ্রগদি মহাক্কী হকচাং ফাওবা হিংবা ঙম্লোই। ফত্তবা থবক হায়বদি মীওইবগী পুন্সি মাংতাক্লবা ওইবা থবক্তি থাদোক্কদবনি তৌরোইদবনি। মীওইবনা থবক তৌবগী মহৈ অদু মীয়ামগী কান্নবদা কখোকপা, লৈতা লায়রগী মীশিংদা মতেং পাংবা ঙম্বা অমদি ইশাগীসু য়াত্তা- পাদনা হিংবা ঙম্লবা, ইচম চম্না শান্তি ওইনা হিংবা ঙম্লবগী থবকশিং অদুদি পুন্সিনা হিংলিঙৈদা তৌগদবা পাংথোক্কদবা ঙাক্তনি। হায়রিবা থবকশিং অসিদি থাদোকপা য়াদে। মীওইবনা হিংবদা তৌগদবা মরুওইবা ইথৌদাংনি। হায়রিবা থবকশিং অসি পাংথোক্লগদি মীওইবগী পুন্সিনা হিংবগী অর্থ লৈগনি অমদি মনিংতম্না বোন্দেজ লৈতনা হিংবা ঙমগনি। হায়রিবা থবকশিং অসিদি মীওইবনা হিংলিবা ফাওবা হায়বদি শিদ্রিবা মতম ফাওবা থবকশিং অসি তৌগদবনি, থাদোকপা য়াদে। মসিনা তাকপদি মীওইবনা থবক তৌবা ঙম্লীবা মখৈ হিংবা ঙমগনি হায়বনি। মীওইবগী পুন্সি হায়বসি তাংকক্ তাংকক্ কয়া থোক্না খাইদোকপা য়াই। শম্না হায়রবদা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি, য়ুথকী পুন্সি, মীয়াই চনবগী পুন্সি, অহল ওইবগী পুন্সি হায়না। তাংকক্ কয়া থোক্না খায়দোক্লিবা পুন্সি অসিদা তৌগদবা মরুওইবা মতিক চাবা থবকশিং অদু পাংথোকপা

ঙমহৌগদবনি। মী অমগী পুন্সিদা মরুওইবা মতিক চাবা থবক পাংথোকপা ঙমহৌবা মী অদু অশিংবা মী হায়না কৌগনি। মহাক্না নিংজরিবা পাংথোকপা পাম্লীবা অদু মপুং ফানা পাংথোক্লগদি পুন্সিগী পান্দম ফংলে, লাইনিংবা মপুং ফারে হায়না কৌবা য়াই। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়- নহাক্না অফবা অচুম্বা থবক তৌবা ঙম্লীবসিনা অফবা ওইহনলিবসি নহাক্না মমাংগী মপোক্তা তৌখিবা চুমদবা অরানবা থবকশিং অদুসু শেংদোকপা চুমথোকপা ঙম্লে অদুগা অমদি মতুংদা লাক্কদবা মপোক্তসু অচুম্বা চৎপা ঙমহল্লে।

মীওইবগী পুন্সিগী তাংকক্ তাকক্তা তৌগদবা মরুওইবা মতিক চাবা থবকশিং অদু থাদোকপা য়াদে। তৌগদবা মরুওইবা থবকশিং অদু পাংথোকপনা মীওইবগী পুন্সি অসি মপুং ফাবা মহৈ য়ানবা অর্থ লৈবা পুন্সি অমা ওইহল্লিবনি। মীওইবনা তৌগদবা থবকশিং অসি জ্ঞান তাহৌদবনা নৎত্রগা অরানবা চুমদবা ব্রাখলনা মরম ওইদুনা মীওইবগী পুন্সিদা পাংথোকপা ঙমহৌদ্রগদি মী অদুগী পুন্সি অদু শা ঙাগী পুন্সি, টামাজগী গুণ চেনবা মী হায়না কৌগনি।

মীওইবনা অচুম্বা পুন্সি অমা হিংগে অমদি অচুম্বা থবক ঙাক্তা তৌগে হায়রগদি আত্মা সেল্ফ মশক মুন্না খঙবা তাই। মরম অসিনা মীওইবনা নিয়ম- নিতি চুম্না চাবা থকপা তৌবা তাই অমদি নিয়ম নিতি চুম্না ইন্দ্রি সেন্সকী মথৌ তৌবা তাই। য়াম্না মরুওইবা অমনা ঐগী থব্রায় সেল্ফ আত্মা জ্ঞান নোজেল মপুং ফানা খঙগে হায়রগদি অহানবদা ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক অসি অশেংবা অচুম্বা অমা ওইবা তাই হায়বদি পিউরিটি ওফ ফুট ওইবা তাই। মথংদা ঐখোয় মীওইবগী ইন্দ্রি সেন্সকী অপাম্বা অরানবা চুমদবা পুম্নমক থাদোকপা তাই।

******

Transform the sexual energy into spiritual energy. – Scripture –

# Chapter 35

## অরানবা শক্তি

স্ক্রিপচরদা য়াওবা ফুঙ্গা ৱারী অমা লৈ। ৱারী অসি নৈনবদা কান্নবা ওইগনি। ৱারী অসিগী মনুংদা য়াওরিবা অর্থ অমদি মীওইবনা অচুম্বা স্পিরিচুয়েলগী লম্বীদা চত্তদুনা অরানবা মায়াগী লম্বীদা চৎলুবদগী অৱা অনা তাবগী ৱারীনি। অরানবা শক্তি শিজিন্নবা খুদিংমক অরোইবদা কান্নদবা ঙাক্তনি। ৱারি অদুদি অসুম্না তৌই। থায়না মমাংঙৈদা নুপা অমা লৈরম্মী। হায়রিবা নুপা অসিনা থবক ইশু শুদনা য়াম্না ইনাক খুনবা, মমিং লৈবা মীশক অমা ওইবা পাল্লম্মী। মহাক্না মুণি অমগী মনাক্তা চত্তুনা মহাক্কী অপাম্বশিং অদু ফংনবা বর নিজরম্মী। অহানবদা মুণি অদুনা নুপা অদুগী অপাম্বশিং অদু পীবা য়ারমদে। চম্না শুনোম্লগা হিংনবা পাউতাক পীরম্মী। অদুবু নুপা অদুনা হন্না হন্না হায়জবদগী মুণিনা নুপা অদুদা তৌবা ঙম্বা ভুট অমা থারক্লগে হায়খি। মুণিনা অমুকসু মখা তানা হায় মদুদি নহাক্না অপাম্বা খুদিংমক ভুট অদুনা নুমিদাং অমসুং অহিংদা পাংথোক্কনি। নুমিৎ খুদিংগী ভুট অদু লাক্কনি। নুমিৎ খুদিংগী থবক পীবা ঙমগদবনি। মুণিনা হায়বগী মতুংইন্না নুমিদাংদা নুপা অদুগী মনাক্তা ভুট অদু লাক্লে। নুপা অদুনা হায়বা খুদিংমক নুমিৎ খুদিংগী ভুট অদুনা পাংথোক্লে। অহানবদা ভুট অদুনা নুপা অদুগী ময়ুম শঙ্গোই পুখ্রি হৈকোল লৈকোল, লৌশিং উবা পুম্নমক তৌরে। মদুদা নুপা অদু ইনাকখুনবা মমিং লৈবা অমা ওইরে। মদুদগী মহাক নুপী থিরে অমসুং মচা ৪/৫ পোক্লে।

ভুট অদুনা নুমিৎ খুদিংগী থবক শুরবনিনা নুপা অদুগী লনথুম অদু নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে। ইনাকখুনবনা মরম ওইদুনা নুপা অদুনা অনিশুবা নুপী অমসু থিদুনা মচা ৪/৫ পোক্লে। ৱাত্ত- পাদবা, ইনাকখুনবনা মরম ওইদুনা মচা ময়াম অদু লাইরিক নিংথিনা তমদ্রে অমদি ফত্তবা নিশা চাবা ঙাক্তা ওইরে।

মপানা তানবা লনথুম কয়া য়োম্থোকপা হৌরে। ভুট শান্নদুনা লনথুম কয়া তানশিনবা খুদিংমক মচা ফত্তবশিংনা য়োম্থোকপা মাঙহনবা কয়াশিং অসিদগী নুপা অদুনা ভুট শান্নদুনা লনথুম অমুক হন্না তানশিনবা পাল্লক্লে। নুমিৎ খুদিংগী ভুট অদুদা থবক পীদ্রবনিনা ভুট অদুনা নুপা অদু হাৎনবা তান্নরক্লে। মতম অদুদা নুপা অদুনা মুণিগী মনাক্তা কনবীনবা চেনশিনখি। মুণি অদুনা নুপা অদুদা হুইগী মমৈ অমা ককথৎলগা ভুট অদুদা পীদুনা হুইগী মমৈ অখোইবা অদু চুমথোক্লবা হায়য়ু হায়রম্মী। মুণিনা হায়বা খুদিংমক নুপা অদুনা তৌরে। হুই মমৈ অখোইবা অদু ভুট অদুনা মখুৎনা চুমথোক্লবা হোৎনরম্মী অদুবু মখুৎ অদু হেক থাদোকপগা হুই মমৈ অদু হেক্তা কোনশিল্লম্মী। ভুট অদুনা থবক অদু পাংথোকপা ঙমদ্রবনিনা ভুট অদু চৎখ্রে। নুপা অদুগী মপুন্সি অদু মুণিনা কনবীদুনা চম্না শুনোমদুনা হিংনবা অমদি মীওইবগী সেবা তৌনবা পাউতাক পীখি। থায়নগী ফুঙ্গা ৱারী অসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি অরানবা শক্তি শিজিন্নদুনা হেন্না ৈনাকখুনবা পাম্বা, মিংচৎ পাম্বা খুদিংমক খুদোং থিনিংঙাই ওই। তশেংনমক ভুট লৈতে। ঐখোয়না অরানবা শক্তি শীজিন্নবনি। হোলি লাইরিক্তা হায় মদুদি অঙাং মচা- মশুগী অহানবা লমচৎ শাজৎ অসি মমা মপাগী লমচৎ শাজত্তগী তম্মী। মরম অসিনা মমা মপা ওইবশিংনা অফবা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপা তাই। মমা মপা অফবা অচুম্বা ওইদনা মচা মশু অফবা অচুম্বা শুংওই ওইরোই। অসিগুম্বা হোলিগী অচুম্বা ৱাহৈশিং অসি মমা মপা ওইবশিংনা খংবা তাই চৎপা তাই। মমা মপা অমসুং মচাগী মরী লৈনবা ফজবা লম্বী থমগে হায়রগদি ঐখোয়না গৌতম বুদ্ধগী পুন্সি ৱারী অমদি মহাক্তা তাকপীরম্বা পাউতাক ইনবা দরকার ওই।

গৌতম বুদ্ধনা হায়রম্মী মদুদি মমা মপানা মচা পোক্লগদি মচা অদুনা মতোমতা হিংজবা ঙম্বা ফাওবদি শেম্বী শাবিগদবনি। মচা ফত্তবা হায়বা ইন্দবা পোক্লগসু হুন্দোকপা য়াদে, য়োকপী থাকপিবা, ঙাকপি শেন্নবীবা, পুন্সিগী অচুম্বা লম্বী তাকপী তম্বীগদবনি। মতাং অসিদা গৌতম বুদ্ধনা অঙাং মচাশিংবু করম্না শেম্বী শাবীগনি হায়বা খুদম অমা পীদুনা তাক্লি। খুদম অদুদি ঐখোয়না উ চার মচা অমা লৈবাক্তা থাবে। মদুদগী উ মচা অদু হৌরে হিংলে। মতম অসিদা ঐখোয়না উ মচা অসি হুন্দোত্তুনা থম্লগদি উ মচা অদু শা ষণনা চাথোকখিগনি, নেংখাইখিগনি নৎত্রগা মীনা থুদেকখিগনি।

মদুদগী ঁউ মচা শিখিগনি। ঐখোয়না ঁউ মচা অদু মপুং মরৈ ফানা চাউড্রিফাওবদি উনা য়োৎনা শম্বল খাজিন্দুনা থম্লগদি উঁ পাম্বী অদু মপুং মরৈ ফানা হিংবা হৌবা ঙমগনি অমদি উপাম্বী অদুনা চহি ৪০০/৫০০ হেন্না হৌদুনা লৈগনি।

গৌতম বুদ্ধনা অমসু হায়রম্মী মদুদি- মমা মপাগী অপাম্বা অদু মচানা তৌ হায়বা য়ারোই। মচাগী অপাম্বা হংগদবনি অমসুং মচাগী অপাম্বা অদুদা মতেং পাংদুনা মচাগী অপাম্বা অদু মপুং ফাহনগদবনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি গৌতম বুদ্ধগী মপা নিংথৌনা গৌতম বুদ্ধবু নিংথৌ ওইহনবা পাম্মী। অদুবু গৌতম বুদ্ধনা মপানা হায়বা নিংথৌ ওইয়ু হায়বা অদু পামদে। মপা নিংথৌনা গৌতম বুদ্ধবু নমদুনা লুহোংবিখি অমসুং সনাকোনুংদা ফাজিন্দুনা থমখি। গৌতম বুদ্ধনা নোংমদি কোনুংদগী মপাল থোকপা তাঞ্জা ফংদুনা অনাবা হনুবা অশিবা মী উবা ফংখি। হায়রিবশিং অসি উরুবদগী সংসার অসি অৱা অনানা থনবা মফম অমনি হায়না খঙবা ঙমখি। সংসারগী ওইবা অৱা অনা অসিদগী মহাক্কী হকচাং, ৱাখল, থৱায় পুম্নমক মনিংতম্লবা হোৎনখি অমদি মমৈথংদা নির্ভান ফংখি। অশেংবা পুন্সি লম্বী চৎকে হায়রগদি ঐখোয় মীওইবনা মীনা ঈশ্বর ওনখ্রবা গৌতম বুদ্ধনা তাকপীরম্বা পাউতাক ইনবা তাই। ঐখোয় মীওইবনা তাইবঙপান সংসার অসিদা করম্বা লম্বীদা চৎলগা পুন্সি অসি মায় পাক্না চৎকদগে হায়বসি য়াম্না মুন্না খনবা দরকার ওই। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা ৱারী মচা অমা লৈ মদুদি - মমাংঙৈদা নুপী অমা লৈরম্মী। নুপী অদুগী মচা ৫/৬ পোক্লবা মতুংদা মহাক্কী মপুরোইবা নুপা অদু শিখি। চহি মীয়াই চল্লবা হকচাং শোল্লবা নুপী অদুনা মচা ৫/৬ অদু থাক্লবা হোৎনবদা ফত্তবা ওক্তবা লম্বীদা লোন্না চৎপা তৌখি। ইকায়- ইকি থাদোক্তুনা মচাশিং অদু মী অমমম্ ওইহন্নবা শেম্লবা হোৎনরম্মী। হায়রিবা লমদম অদুদা নুপা অমা লৈরম্মী। নুপা অদুনা নুমিৎ খুদিংগী কদায়দা হুরান চীম্থি তৌবা, ওক্তবা- ওক্তবী চৎপা, মীগী খৎন- চৈনবা থোকপগে হায়বনচিংবা থি, হংঙি, তাদুনা লৈ। অদুগা মফম অদুদা চত্তুনা হুরানচীম্থি, ওক্তবা- ওক্তবী তৌবশিংদা থিনা

